# অলিভার টুইষ্ট

গৌরকিশোর সিংহ

কংকম —

ওঃ কেঃ ষ্টোর

ইম্ফাল।

মমল লুপা ২.৫০

# চার্লস ডিকেন্স

(পোকপা ১৮১২ শিবা খৃঃ ১৮৭০)

হৌজিক্কী চহি চামরোমগী মমাংদা লণ্ডন সহরদা বড়দিন মনুংদা লাইরিক অমা থোরকই। লাইরিক অসি অঙাং মচাশিংগীনি। লাইরিক অসিগী মমিং "ক্রিসমাস্ ক্যারল" কৌই, অইবনা চার্লস ডিকেন্সনি।

লাইরিক মচা অসি পাবদা লণ্ডন সহর পূমক্তাও ঙাওনখ্রে। লন্থী অচৎ-অওকশিংনা উনবদা অতৈ অমা হায়নদে লাইরিক অদু পারবরা হায়নত্তা হংনৈ। অপাবা মীশিংনা ডিকেন্সপু কুইনা পুন্সিনবা ঈশ্বরদা প্রার্থনা তৌই।

সুমিৎ কয়ানিরোমগী মমাংদা আমেরিকাগী ইনাক খুনবা মর্গাননা লাইরিক অসিগী মেনসক্রিপ্ট অহানবগী খুৎনা ইবা বই অদু থিবা ইংলণ্ডদা লাকই। য়াম্না থিরবা মতুংদা অমনবা মেনসক্রিপ্ট অদু ফংলদুনা লুপা লাখ অনি হেন্না পীরম্লগা পুখ্রে।

চার্লস ডিকেন্স অসি য়াম্না নংনা হৌই। মরম অসিনা অঙাং ওইরিঙৈদা লাইরিক তম্নবগী খুদোংচাবা ফংলমদে। "অলিভার টুইষ্ট" কৌবা উপন্যাস অসিদা মাগী পুন্সিগী মমী তাই। অদুবু মহাক্কী মথরাই য়াওবা অমসুং উহল কনবদগী মঁহাক্না লাইরিক লাইগু মতোমত্তা হোৎনরম্মী।

অহানবদা ডিকেন্সনা থবক ফংন্রদুনা কোইঙাও ঙাওরম্মী। :লোম্না লোম্না বারী ইরম্মী। বারীশিং অসি ফোংনবগী দমক াহাক্না থাই। অদুবু উথিনি হায়বগী ইকাইবনা সুংদাং অমম্বদা

চৎলগা ডাকঘরদা থাদকুই। মমৈথংদা ডিকেন্স য়াম্না পুংভাইখি। মহাক্না উপন্যাস তরাতরেৎরোম ইরম্মী। আমেরিকাগী মহাকপু কোড্রুনা পুখি। মহাকী উপন্যাস অয়াম্বা জগৎকী লোন অয়াম্বদা হন্দোক্লে। মহাক্তি ইংলণ্ডগী কবি অমা ওইবদা নত্তে, জগৎ পুম্নমকী কবিনি।

ডিকেন্স অসি লাইরবগী মরূপ্নি। 'অলিভার টুইষ্ট' কৌবা উপন্যাস অসিদা ডিকেন্সনা সমাজগী অত্যাচারশিংদু মরেক শেংনা উৎলি। মিঃ বাম্বলবু ডিকেন্সনা হৌবদগী লোইবা কাওবা লংবৈ। ডিকেন্সকী মতমদা পুন্সিগী হীরম খুদিংদা র‍্যেডিকেল চোংথোক্লম্মি। রাজনীতি, সমাজনীতি, অর্থনীতি, লোনচৎ, ব্যবহার, ধর্ম্ম-কর্ম্ম পুম্নমক অসি নৈনদুনা অনৌবা অমসুং অচুম্বা মওংদা পুথৎনবগী হোৎনবা মী কাংবু কয়ামরুম থোকলম্মী। ডিকেন্সদি কাংবু-শিংসিগী মরক্তা অমতা য়াওদে, অদুম্নদি ওইরগা মমাংদৈদনু অসুম শেমদোক্লগা মতুংদসু ডিকেন্সনা সমাজগী অত্যাচারশিংদু মক্কম খুদিংদা উবা ফংই। সমাজগী আইন কানুন, চৎনবী রুহি, লোনচৎ, ব্যবহারশিংসিগী মরমদা য়াম্না থুপ্না চেল্লিবা চুমদবা অন্যায়-শিংদু চিংথোকই।

"অলিভার টুইষ্ট অসিদা তুজুংবা বাভাং অমসুং তুজুংবা থবক কয়ামরুম থেংনৈ। অদুবু অসিগুম্বা তুজুংবা বা অমসুং থবকশিং অসি ঐখোয়গী সমাজদা থোক্লি। অলিভার টুইষ্ট অসি উপন্যাসনি, অদুবু মসি পাওদা শাজিনবগী অমদি হায়জিনবগী

করিগুম্বা মমি তাদে। থোক্লিদা থৌদোক থুদিংমক কোং কোং শামা থোকপগুম তৌই।

আদিভার টুইষ্টনা মবুক থন্দ্রভুনা খরা হাপখো হায়না ইচম চম্না হায়রকই। কয়াদা শেংখ্রবা দাবীনো ? অদুবু দাবী অসিনা নোংলৈ-মুংশিংকুম্না সমাজগী ব্যবস্থা পুম্নমকপু মিকলম্মী। ডিকেন্সনা মকম থুদিংদা অভাং মচা অমগুম্না চংই, অমসুং সমাজগী তম্বকতগী ন্যায় বিচার ফংগনি হায়না আশা তৌই। লম্বীদা অত্যাচার, অনাচার, নত্ত ওইদবা কয়াম্রুম য়েংনৈ। অদুবু মহাক্না ময়ামসি উরগা মশাদা অশুকপা পোকই। ডিকেন্সকী অশুকপা ময়ামশিংহু মহাকী উপন্যাসশিংদা লেংশিনখিবদা মুমিৎ থানা লৈরিমখৈ মুত্তনা লৈরি। অশুকপশিংসি অতে কম্রিস্থ নত্তে ময়াল লৈজদবা অলি-ভারনা থোংকম থুদিংদা ফংখিবা অশুকপা অমসুং অকিবশিং অদুমি হায়বদি সমাজদগী চৎনবী, আইন, রুহি, ধর্ম্ম অমসুং কর্ম্মশিংনি।

মীওইবগী থম্মোইদা হৌরক্লিবা ঈহুনশিংসি ডিকেন্সনা য়াম্না মুম্না থগই। লাইরবা, অনংবা, মুপী অগাং, অহন, ইনাক-খুমবা, কম্নাইবা শেল্লুংবা অমসুং নিংথৌ—মীওই থুদিংমক অসিগী থম্মোইদা করি লৈবগে হায়বদু চিংথোক চিংথোক্তনা ডিকেন্সনা ময়ামগী মমাংদা উৎলি। মরম অসিনা মহাক অসিবু থাইদগী হেন্না চাউবা উপন্যাসিক অমনি হায়না জগৎনা য়ানৈ।

লাইরিক লেংবা—

# অলিভার টুইষ্ট

চহি চামরোমগী মমাংগী ইংলণ্ডনি। ইংলণ্ডগী শহর অমগী চিন্নাইদা, মমথুবা লৈরক অমগী কাচিন্দা খুম্ভাক লানশিংগী মশক ওইরবা শঙ অমা লৈ। শঙ অদুগী থোঙজিন্দা 'লমজা লোইশঙ' হায়না লাইরিক ইডুনা লৈরি। শঙ অসিদা নোংমা বারী অসিগী মপু হায়বদি অলিভার পোকখি

পোক্লবা মতুংদা অঙাং অদু শিবচংবা মক্ষম থঙদনা স্নর থবেৎ থবেৎ হোন্দুনা লেরম্মী। শাগৈ-নাতৈ, মনে মন্দোন, মথুড়া মামশিং অমসুং হৈশিংলবী চাবোকপী অমসুং ডাক্তরশিংনা কোইশিন্দুনা লাইকম্নরমদবদগী অঙাং অসি উচিন নাচিম্না হিংজহোই। মাগী মমাক্তে লৈরম্বা হায়ববু ডপায় লৈত্রবা হনুখ্রবী মায়য়োক্লবী অমগা চম্নত্রবা মাইবা অমগা অনি'সিতনি

পোক্লবা মতুংদা মমানা ত'ংফেৎ তাইরবা চিনবান্ন অম্বিন্না মৌনা পোক্লিবা অঙাংগী লাইবক্তা অমুক্তং অয়োইবগী ওইনা চুপ্পম্লগা অদুম্মক লেকথখ্রে। মাইবম' মীহুন য়েংলগা হায়রকই; "পূমলোই লোইরে।" হনুবীদা শনশিন্দূনা মাইবনা হংলকই; "নুপী অসি কনা চঙখোম্না উই মসি; কদাইদগী লাকপনো?"

হনুবীমা খুমলকই—ঙরাং অফিং লম্বীদগী খুল্লকপনি। মানা ভোংলিবা খোংঙপ অসি য়েংলবদি মসি য়াম্ন' থাপ্না মখোঙনা লাকপা ওইনা তোই। অদুবু মসি কদাইদগী লাকপনো। অদুগা কদাইদা চৎকদোরিবনো হায়বসিদি কনা-'তনা খঙদে।"

মাইবা চৎখ্রে।

অসিগী মতুংদা পোকপদা ভাইরিবা অলিভারগী দমক লমজা লোইশঙগী ভবোং থুংলরে। চরা নাম হেনবা, অরেবা শ্রীমাইদগী হেন্না তোনখ্রবা, মতমচুপ্পা কিল-লাং অমসুং মীরা-মীশা খাংবা, মীপুম খুদিংনা হঙোইনরবা অদুগা কনামতনা হন্না যেংথ্রক্কা গন্তি লৈত্রবা লমজাশিংগী মনুংদা আলভারসু অমা ওইরে।

থা তরাগী মতুংদা অলিভারবু অতোপ্পা লোইশঙ অমদা থারে। লোইশঙ অসিদা লৈরিব, মীওইদি পুলিসনা ফারকপা লমহেনবা অমসুং ওক্কবা অঙাংশিং ভাক্কনি। মফম অসিদা ওক্কবা অঙাং কুন-কুস্থ্রোম লৈ।

মিসেস ম্যান্না কচৌবা লোইশঙ অসি পায়। অঙাংশিংগী পুক্সিং হকচাং ফনবগী মরীদা মিসেস ম্যান অসি তৈশিংলবা অমনি হায়না থাজনৈ। মিসেস ম্যান অসি চিঙ্গাক ইযাম যামদনা অমসুং ফিজোন অতিং-তিংদনা করম তৌরগা অঙাংশিংবু নিজ্জান্ন যাবা মওংদা হিংহনগদগে হায়বদু খঙই মহাক্কা নিযমগী বাংমা লানবা পোং অমতা খাঙদুনা লৈতে মাগী অঙাংশিংনা করিগুম্বদসু নিয়মগী বাংমা লান্না অকন্নবা চিঙ্গাক অদুদগী মরিক অমা ফাওবা হেন্না চাবা লৈতে। অঙাং খুদংগী যোক-থাক্নবগী দমক সরকারনা মিসেস ম্যানদা পেনী তরেৎ তরে পী। চানা থকপা অমসুং শেৎ-চাবদা চিলহাও থিখিন হায়দুনা সরকারগী চাওরবা দান অসিদগী অয়াম্বা শরুক ককথদুনা মরম্নাইগী শেন তানশিল্লি। অওইবমক অঙাংশিং অদুসু যাম্না লম তেল্লি, মিসেস ম্যানবু ময়ামগী মমাংদা চোপহন্নবা হায়দুনা অঙাংশিং অয়াম্বা চাদবনা

থক্তবনা অমদি লাইনানা চাওত্রিবৈদা হেক হেক শিদোকই। অদুগা কনাগুম্বা অভাং অমনা মসিগী মরক্তগী হিংলকলবদি কয়ামুক চাদনা মী অমনা হিংবা ভম্বগে হায়বগী মরমদা জগস্তা অঙকপা ফিদম অমা ওইদুনা মীপুম খুদিংনা য়েংনৈ।

অসুম্না নিয়ম অসিগী মথা পোন্দুনা ফিদম্নকম ওইরবা চিক্লাক অত্ত চাদুনা অলিভারনা লৈরকপসি চহি মাপল শুরক্রে। অলিভারবু য়েংলগা মাগী মশাদা ঈ মরীক অমা পক্রি হায়বসি কনামতনা হায়বা ভমদে অদুবু অলিভার অসি পোকপদা অসি-গুম্বা পোৎশক অমা মশাদা চেল্লকই মতুদি মিসেস ম্যান্না কনা কয়া হোৎনদুনস্থ পোৎশক অসিবু মুথৎপা ভমখিদে। অলিভারগী মশক উবদা কনামতনা মুংশিদবা ভমদে।

অসিগুম্বা মতমসিদা লমজা লোইশঙ পাম্নবা মিষ্টার বাম্বল লাক্রে। মিঃ বাম্বলনা অভাং অদুগী মমিং অলিভার টুইষ্ট হায়না থোল্লি। কনা হোৎনদুনস্থ অলিভারগী মমামপা অমস্থং মরীমখোঙ থিবা ফংদ্রে; মরম অসিনা অভাং অসিবু লমজা লোইশঙগী থৌবুশিংগী মমাংদা পুখৎপা তারে হায়না মিসেস ম্যান্দা তাক্রে। মরম অসিনা মিঃ বাম্বলনা অলিভারবু পুক্রে।

থৌবুশিংগী বারোন মতুংইন্না অলিভারবু শহরগী লোইশঙ অমদা লৈহল্লে। অভাংশিংবু থবক শুক্তনবা হায়বসি থৌবুশিংনা পাম্বা মতনি; মরম অসিনা অলিভারবু থৌরী শেত্তোকপগী থবক্তা শিজিন্নরে।

অলিভারগী মরাইবক ফবনা মহাক হেক লাকপদগী লোইশঙগী থৌবুরেনশিংনা লমজাশিংগী চিঙ্গাকী চাং খরা হেনগৎনবা যারেপ তানরে। অনৌবা নিয়ম অসিগী মতুংইন্না অঙাং খুদিংমক্তা মোংমদা চনানগুম্বা ছাতু থাবৈ অহুম, অদুগা নোংমাইজিং খুদিংদনা মাখন খরগা ডবলরুটি তত্থাই অমগা পীবা হায়না লেপ্লরে।

চিঙ্গাকী চাং হেনগত্নস্ত্র অঙাংশিংনা পেনবা লৈতে। মরম অসিনা সুমিৎ খুদিংগী অঙাংশিংনা থাবৈদা চাথোক্কদবগুম মুন্না য়েংই; অদুবু কনামতনা খরা হাপ্লিয়ু হায়বা ঙমদে। মরমদি মখোয়না মুন্না খঙই। হায়রুরবস্তু ফংলোই, হাপ্লগী মহুত্তা দণ্ডিতুম ফংগনি। অসুন্না মবুক থন্দদুনা পুথম লেকপদগী পুথমশিং অদু পাদ্রিৎ পাখি।

নোংমদি অলিভারনা অঙকপা কুম্মে অমা তৌরে। মিত্তিগী চারিবা চাং অদুদগী খর হাপ্লু হায়না হায়জরুরে।

লমজা লোইশঙগী অমুক কুইররবা মতম অসিদা কনাগুম্বা অঙাং অমতনা হাপ্লু হায়রকত্রি চাকখুম পান্নবদু পুন্নমক ঙক্লে। মহাক্তা খুদক্তা চত্তুনা মিঃ বাম্বলদা অলিভারনা চনাম থাবৈ অমগা হাপ্লু হাযরে হায়না যাকৎলুরে। মিঃ বাম্বল চৌকিদগী কম চোংখৎলি অদুগা হায়রকই—"কয়াদা তৌ ঙক্লিবা! মাগী মতৌ তমদুনা অঙাংপুম্বা ফৎলরোই। তৌবিমল খঙদবা বেইমান।"

সুমিত্তুদগী থাবৈ অমতং হাপ্লিয়ু হায়রুবগীদমক অলিভার অমম্বা সেলদা অরাকম তারে। অঙাং অসিবু লোইশঙদগী তাস্থোকখগে হায়না মিঃ বাম্বলনা লেপ্লে।

মথংগী নুমিত্তা লোইশঙগী থোঙজিন্দা নোটিশ অমা থেংলে "থবক শিজিন্নবগীদমক অলিভারবু লৌবিনিংবা কনাগুম্বা মী অমদা পাউণ্ড মঙাগী মনা পীজগনি।"

চয়োল অমা হোৎখ্রে; অদুবু তৌ ঙম্বা লমজা অসিবু লৌথোক্নবা কনামত্তা লাকত্রে। মী চিক্লবা অমম্বা কাচিন অমদা অলিভার হিক হিক কপ্পুনা লৈরে।

নোংমদি মৈথু উত্তোং শেংবা মিঃ গ্যামফিল্ড লম্বীচুদা চৎলম্মী। দোকান মপুনা ভাড়া তকশিল্লকপসিদা মিঃ গ্যামফিল্ড ঙাওতুনা পৈশা থিবা চৎলম্মী। পৈশা পুবা ফংত্রবতুনা গ্যামফিল্ড য়াম্না নুংশুক নুংজানরম্মী। খঙহোদনা নোটিশ অদু হেক উরুবদা গ্যামফিল্ড য়াম্না নুংঙাইরে। থিন্দনা লোইশঙ পুবা অঙম্বশিংদা চংদুনা অঙাং অলিভারবু মহাক্কী থবক্তা য়াওহন্নবগীদমক হায়জরুরে। মমল য়াম্না হন্নরবা মতুংদা লোইশঙগী অঙম্বশিংনা পাউণ্ড মঙাগী মহুত্তা পাউণ্ড অহুম মখাই পীবা য়ানরে। গ্যামফিল্ডনা মদুদা অদুম্মক পেল্লে।

অলিভার অমগুং গ্যামফিল্ড পুরগা মিঃ বাম্বলনা ম্যাজিষ্ট্রেটকী মনাঙা চৎলে। ম্যাজিষ্ট্রেটকী হুকুম য়াওদনা অলিভারবু মৈথু উত্তোং শেংবগী থবক্তা শিজিন্নবা য়াদে; মরমদি মৈথু উত্তোং শেংবদা অঙাং থরা নুংশাম্বর থিংদুনা শিনখ্রে।

ম্যাজিষ্ট্রেটশিংনা অলিভারবু থবক অসিদা শিজিন্নবসি য়াম্না য়ারমদে। অদুবু মমৈথংদা উচিন নাচিন্না য়াবিরকই। তৌইগুম্বসুং মিঃ গ্যামফিল্ডগী অপৈবা মচিন্দা অলিভারনা কন্নি উরুরবনো গ্যামফিল্ডগা চৎমিন্নৌ হায়বা য়াদ্রে। মরম অসিনা অঙাং অসিবু ট্যামফিল্ডদা থাদোকত্রে।

মথংগী মুমিত্তা অলিভারবু থম্বা কনাগুম্বদা পাউণ্ড মঙাগী মমা পীনি হায়বা নোটিশ অদু লোইশঙগী থোঙজিন্দা অমুক থেৎলে।

মমৈথংদা অলিভারগী মপু লাক্লে। হন্দক লাক্লিবসি মিঃ সোয়ারবেরীনি। নিপা অসি মরেপ বাংই, মশামউ য়াম্না কৈ, শরু য়াম্না চাওই। মাগী থবক্তি অশিবগী কু শাবা অমসুং অশিবা পোৎলোইবনি।

অমুম্না পুরকপা মুমিৎ অদুগী অহিংদগী হৌনা অলিভারসু সোয়ার বেরীগী থবক্তা খোংদারে মিসেস সোয়ারবেরী মপান থোরকই। মুপী অসি ময়াং কংই, মশক থি, থবক্তা লাকচৎলবী চোকথরবী মীশক অমনি। মিসেস সোয়ারবেরীনা অলিভার এংংলগা হায়রকই; "এ য়াম্না পিথকইদনা 'সিদি!"

"উম পিক্লি," হায়রগা মিঃ সোয়ারবেরীনা অঙাং অদুদা য়াম্না মুন্না অদুক্তং য়েংই, অদুগা হায়রকই; "পিকই, অদুবু চাওরকনিদনা!" "হোই, চাওবুদি চাওরকনি করিনা ঐখোয়গী চাক এঙ্গাং অসিদি মগুণ য়াম্না লৈ" মিসেস সোয়ারবেরীনা খুম-লকই। অসিদগীদি খুরবা সিঁড়ি অমা লাম্থোক্লগা মমথুবা চাকশং অমদা পুশিনখ্রে অদুগা মনাইনুবী শার্লটদা অলিভারবু শা-থোংবা চজিক থরা পিজৌ হায়না য়াথং পীরম্লে।

শা থোংবা! অঙাং অলিভার মতিন চুম্বা হৌরক্লে। নমজা লোইশঙদা পঙমা ফংদে। অলিভারনা চাবা উরগা মিসেস সোয়া-বেরীনা থবাক য়ৈনা হায়রকই; "ইস, খোৎখোৎপা চাথোকক্লেনা!"

অদুগাং অলিভার থাকপদা চংগদোবা পোচ্চংগী হিসাব ভোৎনা মিসেস সোয়াবেরী হুমাং কাংলে।

মিসেস সোয়ারবেরীনা অলিভারবু দোকান্দা পুরগা হায়রকই; "চৎলো, টেবীল অসিগী মথাদা তুম্মু চৎলু। কু মরক্তা তুম্বসি নং কিত্রও? কিরম্বু উপায় লৈত্রে অদুদা অদুম তুম্ব। তারে।"

থোঙ লোনশিনখ্রে। অকোইবদা লৈরিবা কু ময়াম অদু উবদা মশা পুম্নমক হুমাং কাংনা কাংনা ভিপ্পদগী তুমথখ্রে। মতুংদা থোঙদা চৈনা কন্না পুরকপগী মথোল অমা ভাবদা মিকপ থোক্লে। থোঙ হাংদোক্লুনা য়েংবদা মঙোন্দগী হেন্না চাউরবা অঙাং অমা মাথনগা ডবলরুটি মচেৎ অমগা চিক চিক্লুনা চংলকপা উরে।

কু লৈবা লাকপা ওইরমাল্লে নিংলুদুনা অলিভারনা হায়রকই; "কু লৈবিগে হায়বরা?"

রা অসি তাবদা লাক্লিবা অঙাং অদু শাওবনা ফি ফি কাম্লখ্রে অমসুং হায়রকই; "মতুংদা অদুম অমুক হায়রবদি কু মসুংদা নংবু নমশিনগনি। খঙলবরা ঐগী মি নোবা ক্লেপোল কোহ, নডোন্দগী য়াম্না হেনবা মানি, খঙলবরা লমজা।" অসি হায়রগা অলিভারবু চৈনা কনথৎলে।

মতম অসিদা শার্লটি অমুক্তী চান-থক্লবা পুদুনা চংলক্লে। মীনাইসুবী অসিনা মবুঙোগী শরুক্তগী শাথোংবা খরা লোক্না নোরাগীদমক পুরকই, অদুগা অলিভারগীদি চা কপ অমতমক পুরকই।

অমুক্তী চাগদবা খরা অদু চান্না চানা য়াম্না কয়েম কথাইদনা নাক্না শার্লটিদা অলিভারগী রারী লিরকই; "লমজা অসিদু

সংসারগী মী খুদিংমক্না চংজফম পীদ্রবনি—মরীমতা, মমা-মপা কনা-মক্তা লৈত্রবনি...... .... হাঃ হাঃ।'

নোবা ক্লেপোলদু লমক্তা লোইশঙদা চাওরকপনি। অদুনা অলিভারগুম্বা নোবাদি মমামপা মশক খঙদব মী নত্তে। মাগী মমাক্থু থোবী সুপীনি, অদুগা মপানা লান্দগী হল্লকপা মথোঙ তেক্লবা যুদা ভাওদুনা লৈরবা সিপাহিনি কৈরোই লৈকাইগী অঙাং-শিংনা মগাকপু লংনরকপসি নোবানা খাংদুনা অস্নকুইবসি লৈরক্লি। ঙসি মঙোন্দগী হেন্না তোনবা অঙাং অমা থেংনরগসিদা নহানমথে চাকলকপা মৈচাক অদু মুৎনবা হোৎনরক্লে।

থা অমরোমগী মতুংদা মিঃ সোয়াবেরীনা মহাক্না সুপীদা হায়-রকই; "অঙাং আস ফনা কৈনকো! অঙাং অসিগী মমায় অসি অরাবগী লৈচিন অমনা কুপ্পগুন তেহ।" অরাবা আসনা মরম ওইদুনা অলিভার ফমথোন কারে। অশিবগী কু লৈবা লাকপা মীওইশিংদা অশি-অনাগী অরাবদা রামিন্নবা হৈবা মী অমা সো'য় বেরীগী দোকান্দা দরকার ওই মরমদি মসিন কুগী করবারদ' য়াম্না মতেং পাঙই অলিভারনা মসিগী অরাংপসি মেন্দুনা ফম কারে।

অমোবা ফমগোন অসিদা কারদুনা অলিভারনা অশিবগী মরী-মত্তাশিংগা য়াম্না খঙনা চান্নরে অমসুং ঊ-পাও য়াম্না তারে। অলি-ভারনা অস্নম য়েংই—ইনাক কৈরাক থুনবা মীনা শিরবদি মহাক্কী মরল-মথুম ফংহোদোরিবা মীশিংনা য়াম্না নোক খেদুনা তৌই; অদুগা শিরিবা মী অদুনা নারিঙৈ মতমদদি কায়রিবা মীশিংসিনা কল্লাইদগী লোকবা ঊরানো মপী শিল্লশিন্নৈ। অমুকসু অলিভারন

উই— মুপী শিরবা মপুম্মোইবনা মহাক্কী অবা-মৈচাক মচু য়াম্না হৈনা খাংই, অদুগা মপুরোইবা শিরবা, লুপ্তাবীনা অঙকপা ফংনা মশাবু মশানা খুদুম চন্নবা লাক্লবি।

অস্তুকুইবসি অলিভারনা নোবানা লংনবা অমস্তুং ওৎ নৈবা পুম্নমক তুমিন্না খাণ্ডলক্লি। অলিভারনা ফম কার্বসিদ নোবা য়াম্না কল্লক্ক মীহৌরে। মরম অসিনা মহাক্না অলিভারবু ছায়দগী হেন্না লংনবা অমস্তুং ওৎ-নৈবা হৌরক্লে।

নোংমা তুমিদাংগী চাক চামিন্নবদা অলিভারবু ওৎকে হায়দুনা নোবানা চানবা টেবীল মথক্তা মখোঙ থাংগৎলকই। অলিভারদি মিচ্চিনা কাওবা য়েংলকত্রে। মসিদা নোবানা ত্রি ত্রি শাখত্তুনা অলিভারগী মশম পাইদুনা চিংলুরে, অদুগা মনাম্ন লৈকরে। অলি-ভার অসিদম্ভু কন্নিমত্তা হাযদে, কপস্তু কপ্তে। অসিনম্ন অলি-ভারবু কন্নিস্ন তৌবা য়াম্রবসিদা নোবানা য়াম্না করেম কথাইনবা হংলকই; “লমজা। নংগী নমাদি করম তৌবা জাৎনো?”

অলিভারনা খুমলকই, “ইমা শিখ্রে—ইমাগী মন্নমদা ঐঙোন্দা কন্নিমত্তা হংগনু।”

অলিভারগী মমিত্তা ঈরা শিন্থগদৌবগুম তৌরকপা অদুদা নোবানা করেম্মনা হায়রকই, “কন্নিনো কপচেৎপা কন্নিগী কপকদৌবি?”

মমিত্তগী ইরা চদুম অত্ত শৎ-লাওনা তৈথোক্লগা অলিভারনা খুমকই; “নংবু কিদুনা কপ্পা নত্তে। চোকশিল্লু। ঐগী ইমা পান্দুনা থক তাং-শক্কনু।”

—'চ্যেকশিনবা ? বা ! অদুদি তাম্নো নংগী নমাদি য়াম্না ওক্কবীনি।'

—"করি হায়বা ?" অলিভারনা নোবাদা শংক্রিক য়েংদুনা লৈ।

নোবানা অমুকস্তু হায়রকই; "নংগী নমাদি ওক্কবীনি মাংন-তারুবগী মশক্কি, শিখ্রে, ফরে অবাবা কোক্লে।"

অলিভার শাওখিবনা মমাই ইচপমুক ভাংনা হৌগৎলক্লে। অদুদগী চৌক টেবীল কাওখাইরগা নোবাগী মখোয়ী চোংখত্নুনা পায়রগা কম্না নিক্লে।

—"হাৎলে হাৎলে, শার্লটি ঐবু কনবিয়ু ঐবু কনবিয়ু! অলিভার ভাওরে! শা-র্ল-টি।"—নোবানা শিরমদাইগী খোল্লাও থাদুনা লাওরে।

সোয়ারবেরীগী মুপী অমস্তুং শার্লটি চেনশিল্লক্লে।—"হায় লমজা! হায়রগা মীনাইমুবী শার্লটিনা অলিভারবু চেৎনা ফাজিল্লে অদুগা "তৌবিমল থঙদবা হুই, মী হাংপা ডাকু" হায়দুনা অলিভারগী মমায়, মবুক অমস্তুং মনঙন্দা কিল-লাংনা থিন্দুনা থিন্ধরে।

মীনাইমুবী শার্লটিগী পাম্বোম য়াম্না কল্লি, অদুবু মতুংদা অমুক তৌদনবা সোয়ারবেরীগী মুপীনা অলিভারগী মখুৎ নাম ফাজিল্লগা মশামকপু ইহিং নাহিং শাবমথৈ ফুধরে। অস্তুম অস্তুম ফুবসিনা মমৈথংদা সোয়ারবেরীগী মুপী অমস্তুং মাগী মীনাই-মুবী শার্লটি অনি অসি মশা পূমচোক চোকথরে। অদুদগী মবা-নিনা কয়লা থমফম অমম্বা কা অমদা অলিভারবু ফাদুনা থম্লে। অদুদগী সোয়ারবেরীগী মুপীনা নোবাদা হুকুম তৌরকই; "চৎলো,

মিষ্টার বাম্বলগীদা চেল্লে চৎলো, হৌজিকমক নোবা থিল্লম্ন। ঈ কাব্বিবা নমিং অদুগী মপাদা ছুরি অমা পায়দুনা চৎলু অদু ওইরবদি নমিৎ পোম্লিবদু থবা হন্থূনি।”

নোবা থিন্দনা বাম্বলগীদা চৎলে। মকোক্তা টুপি উপ্তে, ছুরি অমা মমিৎ মপাদা পাইরি।

নোবাগী মতৌ অসি উবদা মিঃ বাম্বল পূমডক ঙকখ্রে। মশা থক থক নিক্লা নো'বানা মিঃ বাম্বলদা হায়রকই; অলিভারনা ঙসি মিসেস সোয়ারবেরী, ঐ অমস্থং শার্লটিবু হাৎলমগদৌরে।”

বা অসি তাবদা মিঃ বাম্বল থিন্দনা নোবাগা লোইননা মিসেস সোয়ারবেরীগীদা চেল্লক্লে।

কয়লা থক্ষম কা অদুগী থো'ঙদা চৈনা ফুদুদা বাম্বলনা লাও-রকই; “অলিভার !”

মনুংদগী অলিভার ঙংদুন খুমকই; “থোঙ হাপ্পা হাংদোক-পীখো।”

মিঃ বাম্বলনা হায়রকই; “ঐগী খোন খঙবা ঙমলব্রা।” ‘খঙই।’

—“অদুবু নং কব্রিমত্তা কিদে ?”

—“কিদে।” য়াম্না ইচং থৌনা অলিভারনা খুমকই।

অলিভারদগী অসিগুম্বা পাউখুম অসি মিঃ বাম্বলনা থক তাখিদ্রি, মরম অসিনা মিঃ বাম্বল খোরপ তৌদুনা থোঙ মনাক্তগী চথোরকলে।

মিসেস সোয়ারবেরীনা হায়রকই; “তশেংনা ভাওরবদি, উবিদ্রা হুই অভাওবদোনা মিৎয়েং নায়েং তৌম্বিবসে ভাওদ্রবদি অচাং অমতম্বা অদোমগী মাংদা অস্থুক য়াম্না থৌনা কব্রোই।”

—"ঙাওবা নত্তে মিসেস সোয়ারবেরী, মসি শা চায়বগী ফলদি। শা চারুদুনা ময়াই কায়কপনি।" মিঃ বাম্বলনা হায়রকই।

মতম অসিদা মিঃ সোয়ারবেরী য়ুমদা হল্লক্লে। অমস্তুং বাম্বী পুক্কা তারে। মিঃ সোয়ারবেরীনা অলিভারবু কয়লা থক্কমগী থোঙ হাংদোক্তুনা ফুরিংকী ঙকশম পায়দুনা পুথোরক্লে অদুগা অমুক্তং কম্না নিক্লগা চুবাদা কিন্না শংরগা হায়রকই; "অসিয়া নংনা অকব শাশিন্নখিবদি? করিগী নংনা মোবাদা ফুরুই?"

অলিভারনা তপ্না খুমলকই: "ঐ করিমত্তা লান্দে মানা ঐগী ইমা পন্দুনা পংঙাংতা ঙাংই।"

মিসেস সোয়ারবেরীনা খুমলকই; ঙাংলগা করি তৌবগে! মংগী নমাদি চৈবনা মতিক চাই মোবানা হায়রিদুদগী য়াম্না হেন্না ফত্তে।"

—'নত্তে অদুক য়াম্না ফত্তবা নত্তে।' অলিভারনা য়েংচরকই।

—'ফত্তেনে।' মিসেস সোয়ারবেরীনা অমুকন্তু হায়রকই।

—'চিন্থিবা ৱাশি।' অলিভারনা ঙংদুনা খুমলকই।

পিকথুনা অঙাং অমা, অসিগী মথক্তা মীনাই অঙাং অসিনা মরেম্মা অমবু চিন্থিবা হায়না হায়রকপসিদা সোয়ারবেরীগী মুপী অসি ইকাই-নুংশি য়াম্নদুনা কপলক্লে। য়ুমলৈমগী মিত্না ঈন্না শিন্থবা উবদা মিঃ সোয়ারবেরী থাংবা ঙমলকত্রে অদুগা অলিভারবু অসি য়োমা শাথিনা শাজেনা ফুরে মদুদি য়ুমগী মবোক্ন মিসেস সোয়ারবেরী পূমপেন পেন্রে অমস্তুং মিঃ বাম্বলনা অমুক অঙাং অদুবু ফুকনবগী মফম থাকলমত্রে।

অহিং অদু মতোমতা অমম্বদা হিপ্লগা হিক্লা হিক্লা অলিভারনা কপই। কপ্পা কপ্পা তুমথখরে। নোং ঙানবগী শকীক হুল্লকপগা লোইমনা অলিভারনা খুরৌ অমা শেমদুনা লোম্মা থোঙ হাংদোক্তুনা মপান থোরকলে।

মতম অসি অময় কঙান শিন্নবনি। অলিভারনা থোংকাপ খরা থাংদোক্লগা মাবু তান্নরকপ্রো হায়না হয়া অমুক য়েংই। অস্নুন্না কিনা কিনা লাকপসিনা অয়ুকী পুং নিপানলোম তাবা মতমদা মাইল মঙারোম চংলক্লে। লম্বীগী নাকন্দা লৈম্বিবা মাইলগী খুটি য়েংবদা খঙলে মদুদি মফম অদুদগী লণ্ডন য়োংদবা মাইল হুম্ফু-তরা রাংলি। লাপ্লবস্থ মখোঙনা লণ্ডন তাম্মা চংকে নিংলে।

নুমিৎ তরেৎনি মখোংনা চংলবা তুংদা অমুক অঙনবদা বার্লেট শহর য়ৌরে। শাংথুবা লমশাং অসি মখোংতমা লাকপা-সিদা মখোঙ অদু চৎপা য়াদ্রে, শেক্লা শেক্লা চৎলে। মৈক্ষা মখোঙ থাংবা য়ারকত্রদুনা য়ুম অমগী থোঙজাও ময়াদা ফমথরে। অলিভারনা কনাগুম্বদগী করিগুম্বা অমতা নিগে খন্দে।

মতম অসিদা অঙকপা শকওংগী অঙাং অমা লাক্তুনা মাগী মমাংদা লেপ্লরে। অঙাং অদু মল্লবস্থ অমস্তুং শেগাইরবস্থ অহনগী পোষাক শেৎলি। অঙাং অদু মচিন মথা ফৈরেং ফৈরেংই। অঙাং অদুনা অলিভারবু কোক্তগী তোন ফাওবা অমুক্তং য়েংলগা হায়রকই: “কদাই, নংগী নয়ুম কদাইদনো?”

অলিভারনা খুমখি: “ইয়ুম লৈতে।”

অঙাং অদুনা য়াম্না লেম্না মঙক নোম্লগ। হায়ররকই: "খঙলে, নবুক্তম্নু কৱিমতা তাত্রে—নত্রদো ?"

অলিভায়না মমিৎ ঈৱা চেল্লদুনা হায়ররকই ; "তাত্রে, লাম্বনা খোঙ থাংবা থোকত্রে।"

—"লাও, ঐগা চৎসি—ৱাক্সু—ঐনা নংগী ফমমবা খোৎ খোৎপা শিনগনি—লাও। "—অসি হায়রগা অঙাং অদুনা অলিভারগী মগ্ৎ পায়রগা চিংদুনা পুরে। অস্তুম চৎলগা মী থুংকম শঙ অমদা চংদুনা তল খরগা শা অপোংবা খরগা লৈরে। চাবা লোইরগা অস্তুম ৱাৱী তৌনবদা অলিভার অসি উপায় লৈত্রদুনা থুংকম চাকম মফম ইথঙ খঙদনা লণ্ডন শহর তাম্না চৎলিবনি হায়বসি অঙাং অদুনা খঙলে।

অঙাং অদুনা অলিভারদা হায়রকই : "ৱাক্সু, লণ্ডন শহরদা নংগী লৈকম চাকম ঐনা শিনগনি—পয়সা তিংহল্লোই।"

অঙাং অলিভারগী থম্মোইদা তৌবিমল খঙবগী ৱাথলনা ফুইনা ঈথক হোৱক্লে।

মুমিৎ অদুগী মুমিদাংদি অমম্বদা অলিভারনা মাগী নোনা খঙনবা মরূপ মৱাম্না "কন্দ্রং" হায়না খঙনবা জ্যাক ডকিন্স কৌবা অঙাং অসিগা লণ্ডন শহরদা চংলক্লে। য়াম্না মুখ্রবা অমম্বং মমখুবা লৈরক মচা অমদা অস্তুম অস্তুম চৎলগা ফিল্ডলেনগী মনাক অদুৱাইদা লৈবা অতেকপা য়ুম অমগী মনুংদা অলিভারবু পুশিন্দুনা চংখ্রে। হেক চংবগা খোঙ থিংজিল্লি অদুগা মচিন্না

য়াম্না ঈজিং অমা জ্যাক ডকিলনা তৌই। য়ুম মমুংদগী খুম্নকই: "কনানো ?"

ডকিলনা খুম্মি: "বড়ই হৈঙান।"

অলিভারনা বাহৈ অসি অয়োনবা ঈজিংনি হায়না নিংই। মরমদি বাহৈ অসি তাবদা লৈরক্কী অতোপ্পা মাকল অমদগী মোমবাত্তিগী মুছি মুছিনা মঙাল অমা উবা ফংলক্লে, অদুগা মঙান অদুদা নিপা অমনা মূনা মূনা য়েংলক্লে। নিপা অদুনা হংলকই; "কনা য়াওরি ?"

জ্যাক ডকিলনা অলিভারবু মাংদা ইনখৎলগা হায়রকই; "অমোবা মরূপ— গ্রীনল্যাণ্ডদগী লাকপনি। ফাগিন, মথক্তা করি লৈবগে ?"

—"লৈবনি—গামছা অমা লৈবনি।"

ডকিন্সকী খুদাং পায়দুনা অলিভারনা অমনবা সিঁড়ি অমদা অসুম কাখৎলি। নেমথুবা, মমথুবা য়ুম অমনি। টেবিল অমগী মথক্তা লিক্লি মমুংদা মোমবাত্তি অমা থাল্লি। টেবিল মথক অদুদা খুম হাপ্পবা পাত্র অমা, তল মচেৎ অমা, মাখন থন্না অদুগা ছুরি অমগা লৈ। ফুঙ্গাগী মৈথক্তা থাং অমদা কয়িনো অমা ভোরি, মদুগী মনাক্তা মউল থুইরবা ইহুদী হমুবা অমা লেপ্পুনা লৈরি। ফিয়ানখোকতা রেশমগী রুমাল অমা য়াল্লি। য়ুম অদুগী মমুংদা ফক অমনবনা ইকোই কোইনা ফমুং থাম্লি। টেবলগী অকোইবদা অঙাং কয়ামরুম হিদাক্কী শরৈ চিংলি অদুগা য়ু থক্লি। অঙাংশিং অদুগী মমুংদা কনামতমা কল্লুংদগী চহি হনবা য়াওদে।

ডকিন্সনা হন্নুমদুদা লোনা বা খয়া হায়। অদুদগী অলিভার য়েংলগা কোংনা হায়রকই, "ফাগিন, মসিনি ঐগী মরূপ হায়রিবদু মমিংদি অলিভার টুইষ্ট কৌই।"

ফাগিন অমসুং মাগী কাংবুগী অভাংশিংনা অলিভারবু তরাম তরাম্না লৌশিল্লে। চাগদবা খরা চারগা ফক মথক্তা হেক তাখিবদা অলিভার টুইষ্ট ইশি-শিনা তুমগখরে।

অলিভারনা মিকপ থোয়রকপদা মুমিং ফনা য়াম্না থেংলম্লে। য়ুম মনুংদা ফমদুনা ফগিন্না কোফি শেমলম্মী। মপান্দা মখোন অমত্তং হেক তাবদা মমিং মনা হেক্তো থকই।

অলিভার মচিন মথা শেংদোক্লগা ফাগিনগী হুকুম মতুং ইম্না ইমুং বাই শিংলি। মতম অসিদা কন্দ্রং অদু মাগী মরূপ চার্লি বেটসকা লোইননা চংলক্লে। ডরাং অহিং তিদাক্কী পাইপ চিংবদা চার্লি বেটসসু য়াওই হায়বসি অলিভার খংহোই।

শা অথোংবা, মাখন অমসুং কোফি খরা থোঙাং তৌরগা মখোয় মরিনা অয়ুক্কী চরা চারে। চাব চানা ফাগিননা অলিভারদা মিৎথিনা শুক্না অমুক্তং য়েংলমলগা কন্দ্রংদা হংলকই; "অয়ুক্তা চখোকলুব্রা? করি ফংলকপগে?"

কন্দ্রংনা হায়রকই, "পকেট বই অনি ফংলকই।" অসি হায়রগা পকেট-বই অনিথক পুথোরকই—অমনা ডাংই, অতোপ্পদুনা শংঙ্গ। ফাগিন্না পকেট-বই অনি অদু য়াম্না চেংকশিন্না ফাক্ত্না য়েংই অদুগা হায়রকই, মমল অদুক য়াম্না য়াম্বা পোত্তা অত্তে, অদুবু য়াম্না চঙখোল্লি—করি হায়বগে অলিভার?"

অলিভারনা খুম্মি—"অওইবনি, য়াম্না চঙখোল্লি।" অলিভারগী য়া অসি তারগা চার্লি বেটসনা ফাক ফাক লাওনা নোকলক্লে মসিদা অলিভার পূমঙক ওক্লে।

চার্লিনা ফাগিন্দা তম্মি মতুদি মহাক্না রুমাল খরা ফংলকই। অসি হায়রগা রুমাল মরী পুথোরক্লে। ফাগিন্না পোংশিংদু য়েং-লগা হায়রকই; "পোংশিংসি ফনা ফৈ। অদুদা মার্কা থাবগুম তোই। মার্কাশিংসি লৌথোকপনা ফৈ। য়েংতুন্না করম হায়না মার্কা মুথংপগে হায়বদু এখোয়গনা অলিভারদা তম্বিগনি। করি হায়বগে অলিভার? হা—হা—হা!"

অসুম তৌরিঙৈদা ন্যান্সি অমসুং বেট কৌবী লৈশাবী অশিথক থুংলয়ে। মখোয়গী মশম মনা ইকা ফাই, চিনথানদদি ময়াং কাইনা মচু তৈরি। অনি অসি অদুক য়াম্না ফজব্রবসু নোই পেল্লি অমসুং মতম লৈখিবিক্তা মোমোন তোই।

ভাইহাক্তং ফমলবা তুংদ মখোয়গী য়ু শরুক থুংলয়ে। অদুদগী চার্লি বেটসনা মতম ওইয়ে হায়না ঈঙ্গিৎ তৌবদা চার্লি, কন্দ্রং অমসুং মুপীমচা অনি মখোয় মরীনা ফাগিন্দগী থয়চকী শেল লৌরগা মপান থোরকলে।

'অলিভার মকম অসিদা চৎনরিবা শাক্তৎ লিচৎ অসি করিমত্তা থত্তবা ওমদে। মতোন্দা রুমালগী মার্কা লোথোকপা তম্বিরি। অলিভারনা কন্না কন্না থবক অদু তৌরি। থবক তৌনা তৌনা মতোমতা খল্লি নিংতিগী অসুক য়াম্বা রুমাল অসি করম তৌদুনা পুররিবনো, অদুগা রুমালগী মার্ক লৌথোক্লিগসিনা করিগীনো।

থবক শংবা মতমদা অলিভারনা মপামগী অহাংবা মুংশিং মরক্ত থোকনিংই। অদুবু হন্নুবা ফাগিন্না আলিভারবু মপান থোকহন্দে

মমৈথংদা নোংমা মুমিং অমা অলিভারনা চার্লি অমসুং কন্দ্রংগা লোয়ননা মপান থোক্লবগী য়াথং ফংলে। চৎনা চৎন মরুপ অনিনা মভোন্দা য়েংবদা য়েংউ, বা ভাংগন্নু হায়না অলি ভারদা তাকই। লম্বীগী নাকন্দা ফম্লিবা দুকানশিংদগী চার্লি হৈ-রা অমসুং তিলকৌ হুরগা ফুরিংখাওদা কিং কিং নমশিল্লি মাগী ফুরিংখাওশিংসি অসি য়োনা চাল্ল মদুদি মানা লিংজিব ফুরিং অদু ফুরিংখাওডাক্তা ওইরবোত্ত নিংখ্রে। অলিভারনা অসি পুমডক ডক্লা ময়া কানা য়েংলে।

নৈরক অথুবা অমগী মচিন্দা কন্দ্রংনা খংলেপ লেপ্লদা অলি- ভারনা হংলকই—"কৈদোরে" ?

কন্দ্রংনা হায়রকই—"তুমিল্লেয়্! নিপা অসি উত্রা ? তে আদা লাইরিক য়োনফমদা লেপ্লিবা নিপা অসে!"

—"সড়ক খাংমদা লৈরিবা হন্নুবা ভদ্রলোক অসিরা ? হোই উরে।" অলিভারনা খুম্মি।

—"খাম্না ফরবা মালনি হায়"—চার্লিনা হায়রকই। চার্লিগা কন্দ্রংগা সড়ক খাংমা লাম্থেংলকুনা ভদ্রলোক অদুগী মনাক্তা লেপ লুরে। অলিভারনা তৌরম খঙদ্রদুনা মখোয়গী মতুং থোঙকাপ খরা ইরে।

ভদ্রলোক অদুনা লাইরিক অমা পুক্লিং চংনা পাম্মী। অলিভারনা উই—কন্দ্রংনা অহন অদুগী ফুরিংখাওদা মখুৎ নাম

শৎ থিংজিল্লি। অদুগা রুমাল অমা শাত্তোকররক্লগা চার্লিদা থংদোরকই। অদুদগী মবানি থরায় থুবাক্তা হাপ্তুনা কন্না চেল্লি। ফাগিনগী য়ুমদা নিতিগী রুমাল অস্থুক য়াম্না লাক্লিবসিগী মরম অদু অস্তুক্কুই-রবগী তুংদা অলিভারনা ভসিতমক খঙলি। মখোয় অসি ফুরিৎ-খাও চপ্পনি! অলিভার কিবনা মতু চুংলে। মহাকস্থু থরায় থুবাক্তা হাপ্তুনা কন্না চেল্লে।

মতম অসিমক্তদা ভদ্রলোক অদুনা ফুরিৎখাওদা মখুৎ হুম-জিল্লুবদা রুমাল য়াওরমদ্রে হায়বসি উরে তুংদা হন্না য়েংলক-পদা অঙাং মচা অমখক কন্না চেনবা উই। ভদ্রলোক অদুনা "হুরানবা থৎলো! হুরানবা থৎলো!" হায়দুনা কম্না লাওরক্লে।

অদুদগী সড়কতা চৎলিবা মী পুম্নমক্না "হুরানবা থৎলো" হায়না লাওনরক্লে। কন্দ্র'গ' চার্লিগদি হুরানবা পাকানি। মতম অসিদা চেল্লবদি হুরানবা হাত'ক্লরনি হায়দুনা য়ুমলোন অমা অমি চেল্লগা তপ্না চৎলে। অলিভারদি মতম অসি ফাওবদা কন্না চেল্লি। মরম অসিনা মী পুম্নমক্না অলিভারবু হুরানবনি খন্দুনা তাম্নরে।

ইকুই কুইদনা অলিভার ফারে। য়াম্না কম্না ইল্লক্তুনা অঙাং অসি সড়ক ময়াইদা উপথুননা তুরে। মী পুম্নমক মাগী মশক য়েংগদবগী কোইশিল্লক্লে "হন্দোকউ" - "মুংশিং মরম ফাৎলু" "ওঃ মাগী মুংশিং অমুক ফাৎখিদ্রা" "কদাই, ভদ্রলোক অদুদি"—'ও' লাক্লে, লাক্লে" 'লম্বী ফাৎলু, লম্বী ফাৎলু" অসি-মচিংবা মীয়ামগী খোল্লাওনা মফম অদু পুমনিল শিনখ্রে।

ভদ্রলোক অদুনা মীয়ক খাইদুনা চংলগা অলিভারবু য়েংলগা হায়রকই ; "উম, অঙাং অসি ওইরমাল্লে—ইস্ তুরুরমাল্লে য়াম্না খিনা শোক্লেদো !

—"তুবা নত্তে—এনা ইস্থু বনি—য়েংবিয়ু মা ফুবদা ইথুৎ-ইশা ভৎলে," অসি হায়রগা গুণ্ডা অমনা ভদ্রলোক অদুদা সলাম তৌদুনা মনা ফংনিংবগী মতৌ উৎলে।

থৌওং অসি উবদা ভদ্রলোক অসি চেন্নিংলে ; অদুবু মীয়াম ত্রিনবা উবদা পুলিস লাক্তুনা চৎপা য়াদ্রে। পুলিসনা অলি-ভার তুদুনা লৈবা উবদা বুটনা কাওরগা চৈরকই ; "হুরানবা, শয়তান !" অদুদগী জ্ঞান মাংলবা অঙাং অদুবু শ্রো শ্রো চিংদুনা পুরে। ভদ্রলোক অদুসু চত্তবা য়াদদুনা মতুং ইন্নরে।

পুলিসনা অলিভার অমসুং ভদ্রলোক অদুবু "মাটন হিল" পুলিসকী আদালত্তা পুদুনা হাজির তৌহল্লে। অলিভার হাজত্তা লৈরে, অমসুং পুলিসনা মশা পূম্নমক তলাস তৌবদা করিমত্তা ফংদ্রদুনা হাজত্তা অদুম্মক লৈবা তারে।

ভদ্রলোক অদুনা ম্যাজিষ্ট্রেটকী মাংদা চংলগা মহাক্কী মমিং অমসুং ঠিকানা য়াওবা কার্ড অদু টেবীল মথক্তা থম্লগা হায়রকই— "কার্ড অসিদা ঐগী মিং অমসুং ঠিকান য়াওরি, হুজুর।"

ফ্যাঙ্গ কৌবা ম্যাজিষ্ট্রেট অসি মুমিৎ অদুদা মন্দা কন্না মুংঙাইতনা লৈরম্মী। মুমিৎ খরগী মমাংদা ম্যাজিষ্ট্রেট ফ্যাঙ্গনা তৌবা বিচার অমগী মরমদা মফমদুগী খবর কাগজ অমদা য়াম্না খিনা ইরম্মী। খবর অদুদা ইরম্মী "মসিগী মরীদা মফমগী থৌরম

পুবা মন্ত্রীগী মিৎযেং ম্যাজিষ্ট্রেট ক্যাঙগী মায়য়োক্তা চিংশিনজরি।”
ভদ্রলোক্না ম্যাজিষ্ট্রেটকী মাংদা চংবা মতমদা ম্যাজিষ্ট্রেট অদু
শুকত্তোক্লুনা খবর অদু পারম্মী। মমিৎ শুকভোক্লুনা হংলম্মী।
‘নং কনামো ?’

ভদ্রলোক্না য়াম্না লেম্না খুমলম্মী; “ঐগী মিং ব্রাউনলো
কৌই, হুজুর। অদুবু ভদ্রলোক অমবু মরম চাদনা ইকাইবা পীবা
ভম্বা ম্যাজিষ্ট্রেটকী মিং খঙজবা য়াগদ্রা ?”

মথুক্তগী খবর কাগজ অদু লংখাইরগা পুলিসতা ম্যাজি-
ষ্ট্রেটনা হংলকই; “নিপা অসিগী মায়যোক্তা করম্বা রিপোর্ট লৈ ?”

পুলিসনা খঙহল্লি মদুদি নালিশ অদু ভদ্রলোক অসিগী
মথক্তা নত্তে, ভদ্রলোক অসিনা তৌরিবনি। ম্যাজিষ্ট্রেটনা ভদ্র-
লোক অদুবু থাশকহন্নবা পুলিসতা হুকুম তৌরে।

বিচার হোরে। রুমাল লোবা অভাং অদু অলিভার অসিনা
হায়বসি তাংদাংবা খঙদ্রে, অদুগা চৈরক অসিদা অভাং অসিনা
কংলিবা চৈনাখোম অসিনবু মতিক চারে হায়না ভদ্রলোক অদুনা
হায়রম্মী। অলিভারদি বিচারগী কম্বাক্তা হেক কাবগা থাক্লুম্না
তুপ্রে। মতম অসিদা পুলিসকী জবান লৌরে। পুলিসনা অলি-
ভারগী মিং কাওবা খঙলমদে; মরম অসিনা অমা শাজিন্নুম্না ‘টম
হোয়াইট’ হায়না কৌরম্মী। জবান খরসিত্তা লৌরগা ম্যাজি-
ষ্ট্রেটনা অলিভারবু থবক শুবা মিয়াদ তাহল্লে।

পুলিসনা অলিভারবু জেল্দা পুগদবগী তৌরে। মতক অসিদা
লাইরিক য়োনবা দুকান্দার অদু আদাজত্তা চংলক্লে। দুকান্দার

অসিদগীনি। ব্রাউনলোমা লাইব্রিক লৈবদু। দুকান্দার অদুনা হায় মদুদি রুমাল হুবা অভাং অদুদি অলিভার নত্তে; মরমদি অভাং অসিদি মতম লৈবখিবিক্তা ব্রাউনলোদগী থাপ্না লৈরম্মী। রুমাল হুখিবদি অতোপ্পা অভাং অনিননি। মাংজোননা লাকদবা দুকান থাদোকপা য়াত্রদুনা তোরবননি। ম্যাজিষ্ট্রেটনা কোইহং হংবদা মসিমক্সু খণ্ডনরে মদুদি ব্রাউনলোনা দুকান্দগী পুরকপা লাইব্রিক অদুগী মমল অদু মরাং মরাং তোবন্দা পীবা কাও-রমলে। বা অসি তাবদা ম্যাজিষ্ট্রেটনা ব্রাউলোবু থম্মোই শিল্লা করেম্নরে। ব্রাউনলো য়াম্না ইকাইরে।

লাইব্রিক য়োনবা দুকান্দার অদুনা প্রমাণ পীবদগী অলিভার অয়াকম তাদ্রে।

ব্রাউনলো অমসুং দুকান্দার অনিনা আদালত্তগী অস্থম থোরক-পদা সড়ক মথক্তা অলিভার জ্ঞাম মাংদুনা তুদুনা লৈবদু থেংনরে। ব্রাউনলোনা গাড়ী কৌদুনা অলিভারবু হাপকৎলগা পুরে।

সুমিৎ কয়ানিমরুমগী মতুংদা অলিভার অসি মভকাওনরে। অলিভার ময়াং কংলে, তাইকেৎ তাইখ্রে। মখোন মী মী লাউ-রদুনা হংলকই; "ঐবু কদাইদমো? য়ুম অসিদদি ঐদি খক হিপত্রি!"

হন্সুবী অমা মহাক্রী মাকন্দা চৌকিদা ফমদুনা লৈরম্মী। হন্সুবীদুনা হায়রকই; "তুমিল্লৈয়ু। বা ভাংলবদি মশা শোক্কনি।"

অসি হায়রগা হন্সুবী অদুনা অলিভারগী মোন অদু শেম-জিনবি। অলিভারনা হন্সুবীগী মখুৎ অদু চিংশিল্লগা তৌবিমল

খঙবা উৎপা ওইনা চুপ্লি। হনুবীনা মমিত্তা ঈয়া শিন্থনা "ইবুঙো" হায়না সুংশিনা কৌরকই।

অদুদগী হনুবীনা অলিভারদা অইংবা সরবৎ অমা পিথক্লে। অলিভার অমুক তুমথরে।

সুমিৎ হুমনিগী মতুংদা অলিভার খর হৌগৎ-কাংখৎপা ঙম্লে। য়ুমগী হনুবী য়োকচবীগা কোম্বনা অলিভার নৈহল্লম্মী।

অলিভারনা মশা ফরকপা উবদা হনুবী অদুনা মমিত্তা ঈয়া শিন্থরে। অলিভারনা হাযরকই; "কপ্লিবরা?"

— "এঃ করিস্ত মত্তে—হয়াওদুনা কপ্লিবনি কপ্লরোই, কপ্লরোই" অসি হায়রগা মপী তৈথোকই।

অলিভারনা হায়রকই—"ইমাগী থৌজান মপান্ নাইদে।" হনুবীনা হায়রকই; "বারেম ঙাংগনু। হৌজিক মহাক মহী-মনাই খরা চাবা তাই। হকচাং অদু কলহল্লু। ডাক্তর বাবুগী মচিন্দগী তাই মথদি মিঃ ব্রাউনলো ঙসি মহাকপু হংবা লেংলকপা য়াই।"

সসপ্যান্দা থক্লবা মহী-মনাই খরদং শাহল্লিঙৈদো হনুবীদুনা উরে মতুদি অলিভারনা মমিৎ কুপ্তুনা লাই অমদা য়ুম্না য়েংলি। খঙনিংলদুনা হনুবীদুনা হংই—"নং লাই য়েংবা পামব্রা?" অলিভারনা খুম্মি—"মদু ঐ খঙদে। পুন্সিসিদা লাই পংয়াম য়াম্না উদ্রি। অদুবু লাই অসিদা মুপীমচা অসিগী মচিনবান অসি কয়াদা অঙকপগী মশকনো!"

হনুবীনা হায়রকই—"মসি মুপী অমগী ফোটোনি।" অলিভারনা হংই—"কনাগীনো ইমা?"

হনুবীনা হায়রকই—"কনাগীনো—ঐস্নু তাংদাংবা হায়বা ঙমদে।" অলিভারনা হায়রকই—"মমিং অনি অসিদা য়াম্না অৱাবা অমগী 'মনি ভাই। অসিদগী য়েংবদা নুপা অসিনা ঐঙোন্দা য়েংবগুম তৌই। লাই অহিংবা মাল্লি, বা ভাংবদি ঙমদ ঐগী বাৱী শানিং-বগুম তৌই।"

অলিভারগী বাভাং-শভাং অসিদা হনুবীগী অকিবা অমা পোক্লে। হনুবীনা থল্লি হন্দক নাক্লবসিদা অলিভার অসি থোপ শোকশ্রমাল্লে। মরম অসিনা য়াম্না থুনা মচী-মনাই খরা অলি-ভারদা পিথক্লে। অলিভারনা চাব-থকপা লোইফাত্রিবৈদা মিঃ ব্রাউমলো চংলক্লে।

অলিভার ময়াং য়াম্না কংবা উবদা ব্রাউনলো য়াম্না নুংঙাইত্রে অমসুং হায়রকই—"নিপামচা, নংদি করম তৌরি?"

—"য়াম্না নুংঙাইজরি। ঐবু নুংশিবিখিবা অমসুং থোজান-বিখিবা অদু মতম চুপ্পদা কাওজরোই।" মখোন তনিক তনিক্না অলিভারনা হায়জে।

—"য়াম্না অভকপা অভাংনি!" ব্রাউনলোনা হায়, "হন্দক-মুকতি মহাকপু নিংথিজনা পিজ-পিথকউ মিসেস বেড়ুয়িন। করি হায়বগে টম হোয়াইট?" অলিভারনা মাগী মমিং টম হোয়াটি কৌদে, অলিভার টুইষ্ট কৌই হায়বা খঙহল্লে।

ব্রাউনলোনা হংলকই; "অদুদি ম্যাজিষ্ট্রেটতা টম হোয়াট কৌই হায়না হায়রিবদি করিগীনো? অলিভারনা হায়—"ঐদি হায়জদে।'

ব্রাউনলোনা অলিভারদা য়াম্না মুন্না য়েংই। অঙাং অসিগী মমায়দা মীমম্বগী করিগুম্বা মমি অমত্তা তাদে। অলিভারবু অসুম য়েংবসিদা ব্রাউনলোম' কনাগুম্বা অমগী শকফম নিংশিংই। ব্রাউনলোনা ফক্লাংদা থেংলিবা তসবীরদা অমুক অদুগা অলিভারদা অমুক খুদোনবীনা থিল্লগা মিসেস বেড়ুয়িন্দা হায়রকই—"অসোমদা য়েংউ, বেড়ুযিন, অ'সি করিনে ?" অলিভার অসি তসবীর অদুগী অহিংবা মুর্তিগা মান্নরে। ভদ্রলোকী শকল্প মওং মতৌ অমসুং বাঙাং-শাঙাং উবদা অলিভার জ্ঞান মমডুনা বাম্বখ্রে।

*　　*　　*　　*

## ফাগিনগী মকোন্দা অমুক য়েংসি -

—"অলিভার কদাইদা লৈ ?" মনিৎ-মনা ঙাংশং ঙাংনা ফাগিন্না হংলকই।

ফাগিনগী চরশিংদু ফাগিন্না শাওবা উবদ। তুমিন তুমিন লৈরে, বা অমত্তা ঙাংদ্রে।

কন্দ্রংগী ফুরিৎকী ভকশম পায়রগা ফাগিন্না হায়রকই—"কৈদোরে—খুমজ্রবদি হায়যু অঙাং, নত্রবাদ চরম য়েত্তুনা হাৎকনি।'

ফাগিন্না হায়রিবা বা অসি থাঙ্গেশে'না তৌরকবা মতৌ অসি মাগী মিৎয়েং মায়েং, শাজৎ-লীচৎতা ফোংদোরকপসিদা চার্লি বেটস কিবনা মশা থক থক মিকলক্লে।

—"প্রেপ, প্রেপ, খুম্মু।" ফাগিন অমুক ঙংদুনা হায়রকই.

কন্দ্রংনা যাম্না কিন খুমলকই—"পুলিসনা মাবু কাহৌরে। থাদোকউ—ঐবু থাদোকউ।" অসি হায়রগা ফুম্বিৎ মসুংদগী ফৎ লাউনা লিখোকখ্রে। ফুরৎ অদু ফাগিনগী মখুত্তা লৈহৌরে। অদুদগী মহাক্না ফাগিন্দা চৈ অমা লংই।

ফাগিন কিরদুনা য়াম্না থুনা চেন্থোকই। অদুদগী য়ুগী লিক্লি অমা পাযখত্তুনা লংগে তৌবদা চালি বেটসনা হৌনা লাওরকপা তাদুনা চালিরে'মদা লিক্লি অদু লংখরে।

মতম অসিদা কনানো অমনা মপান্দগী মখোল চাউনা হায-রকই - "কনানা লংলিবনে সিদ? লিক্লিদা য়ু ফনা যাম্না য়াওরি, নত্রবদি অমা মগবাই থাগদবদি। ফাগিন, তৌবিরসি করি মতৌনো? হায অত্তাং শগুন, মপান্দা লৈরিবদি করিগীনো? মসুং চংলকউ" অসি হাযনা হাযনা চহি কুনথুমগুারোম শুরবা গুগুা অমা মসুংদা চংলক্লে। মাগী মতুংদা মতু ত্তোনা চোম্ব' হুই অমা হন্নরক্লি।

য়ুম মসুংদ চংলগা ফাগিন কৌরগা হাযরকই—"হায মাই-থাবা, হিংচান! অত্তাংশিংবু কারগী ওংলিবনো? অত্তাংশিংসিনা তসিফাওবা লংবু হাম্রির্স মসিমুক হকপা অনি শুদে"

লিপা অসিগী মমিং বিল সাহকস কৌই। ফাগিন্না মাবু য়ু পিথগুনা লেমহল্লে। সাহকসনা কন্দ্রংদগী অলিভারগী বারী বাখোং পূম্নমক খত্তদোক্লে।

ফাগিন্না হায়রকই "ঐ য়াম্না চিংনৈ। মানা পুলিসতা ঐখোয়গী নরম পূম্নমক হায়দোক্কনা ঐখোয় থদোংখিবা তাগম্রা যাম্না চিংনৈ।"

সাইকলনা পাওতাক পি—"পুলিস-অফিসতা কনানো অমা চত্তুনা ঈরাং য়েংহনসি।"

অদুবু মখোঙ থোংনা পুলিসকী মনাক্তা মং থিরু হায়বসি কনামত্ত' য়ানদ্রে। মতম হাসিদা ন্যানসি অমস্তুং বেট চংলক্লে। ফাগিম্না য়াম্না হায়জবদগী ন্যানসিনা ঈ-পাও লৌব চৎকে হায়বা যারে।

মথুং নামনা থুম্মোক অমা পাযরে অদুগ নাম অমনা শো অচৌব অমা পায়রগা কপ্পা কপ্পা লম্বাদা লাওদুনা চৎলি - "অ'হা, মাবু করি, ওই'রগাদগে? মাবু ফাদুনা পুখ্রিনসি কদাই-দনো? চানবিদুন ত'কপিয় অভা'ওবু কদাংদা নৈনগে?" অসুম হায়না কপ-লাউদুনা পুলিসকী অফিসত চংলুরে। পুলিস অফি-সারনা হায়রকই "অলিভারবু পুন্না চৎখিবা ভদ্রলোক অদুগী মমিং-মথা খঙগৌদ্রে। অদুবু মহাক পেণ্টোনভিলদা লৈরম্বা য়াই; মরমদি গা'ড়ী কৌরগা পেণ্টেনভিল্লোমদা থোইহনখি।"

ন্যানসিনা হল্লক্লুনা পাউ পুদু ফাগন্দা তম্লে। অলিভারবু শিনা ওইরবস্ত চংনা ওইরনস্ত ফা'দুনা পুরক্লবগী দমক্তা ফাগিম্না মাগী চরশিংদা অকনবা হুকুম তৌরে। নহান য়াম্থকবা অদুদগী মিঃ ব্রাউনলো অমসুং মিসেস বেডুয়েন্ন। অলিভারগী মমাংদা তস-মীরগী য়া অসি পন্দনবা চ্যেকশিন্নখে।

থৌদোক অসিগী মুমিং তরেৎনিরোম লৈরগা অলিভারগা মিসেস বেডুয়িনগা য়ারি শাদুনা লৈরিঙৈদা মশ ভম্লবদি অলি-ভারবু ব্রাউনলোগী লাইব্রিক শঙদা উন্নসি হায়না কৌবা পাও লাক্লে।

ব্রাউনলোগী য়ুমদা চত্নুনা অলিভারনা থোক্লদা থিল্লুরে। অদুদগী শন্নুংদা কৌশিন্দুনা চংথবদদি—মাইকৈ মরিদা লাইব্রেরী লাইব্রেরিক ভাক্লা লৈরম্লে। ব্রাউনলোনা মিহুত্থোং ময়াদা কমদুনা লাইব্রেরিক অমা পারি।

অলিভারনা লাইব্রেরিকশিংদু মূল্লা যেংদুনা লৈবা উবদা মথুক্তগী লাইব্রেরিক অদু খুমজিল্লগা ব্রাউনলোনা হায়রকই—“য়ামদ্রদো লাইব্রেরিকশিংসে ?”

অলিভারনা খুম্মি—“য়াম্মি। অসুক য়াম্বা লাইব্রেরিক্তি ঐ কৈদৌরৈদসু উদি ”

“নিংথিজনা মরম ওক্লা লৈরবদি নং লাইব্রেরিকশিংসি পাবা ফংগনি। যেংউ, অসুম যেংবগী মতুম্বা লাইব্রেরিকশিংসি পাবনা হেন্না নুংঙাই অদুমকপু লাইব্রেরিক খুদিংমক্তি নত্তে; মরমদি অসি ওম্বা লাইব্রেরিকসু লৈ মখোয়দুদি পাবগী মতুত্তা মথুম য়েংবনা হেন্না নুংঙাই। করে, নং লাইব্রেরিক হগদবা ?”

—“ইজরোই, এদ লাইব্রেরিক পাজগে ” অলিভারনা খুম্মি

– “এঃ নং হাইবা লেখক ওইনিংদবা ?” হন্নুবা ভদ্রলোক অদুনা হংলকই।

অলিভারনা লাইব্রেরিক যোনবা মী অমা ওইনিংই হায়না মপুক্লিংগী অপাম্বা ফোংদোকই।

ভদ্রলোক অদুনা য়া অসি হান্দা মথবাই ভাম্না নোকচে।

মিঃ ব্রাউনলোদা পুক্লিং চংনা হায়রকই—“ঐনা হায়রিবগি মূল্লা তাও। ঐ নডোন্দা ইশেং-শেংনা য়া খল্লা হাযগে।” ভদ্রলোক অদুনা য়াম্লা চীংলেম্না য়া ভাংলকপা উবদা অলিভারনা

পাখৎলদুনা হায়জরকই -"ঐবু তাম্মোকপিগনু—মক্কম অসিদা ঐবু নমাই ওইমা থম্বিয়ু। ঐনা লাকপা মক্কমদুদা ঐবু অমুক হলহনবিগনু।"

হন্মুবনা হায়রকই -"রাকন্নু, নিপামচা, ঐ নংবু তাম্মোকপা য়াবা থৌদোক থোকহন্দ্রবদি, তাম্মোকই।"

—"নত্তে, নত্তে, অদুগুম্বা থৌদোক-রাথোক থোকহল্লরোই "

—"ঐনা আশা তৌই মদুদি নংনা অদুগুম্বা রাথোক থোক-হল্লোই করিনা ঐ অসিবু ঠক য়াম্না তৌবিরম্লে। ঐনা থবাই হকচাং য়াউনা থাজকুবা মীশক অদো মথোয়না ঐবু ঠক তৌরম্মী। ওসিদি মথোয় পূম্নমক শিঙ্গ্রে।"

ভদ্রলোক অসিনী বা তাবদা অলিভার তুমিন্না কমদুনা লৈরে।

অদুদগী নোকমি নোকমি তৌনা ভদ্রলোক অদুনা হায়রকই-"ঐনা হায়রিবসে নহাক অঙাং ওইরি, খঙবা উবা রাৎলি হায়-দুনা তৌবমি। নংস্ম ঐগী অরানা খঙলম্বা য়াই। কৌজিক্তি নংগী মরী-মথোঙ লিরো। কনানা নংবু মী ওইনবা য়োকলকই? করমতৌনা হুরানবা কাংবুগা তিন্নরুরিবগে? অচুম্বা বা হায়য়ু—নংগী মী রাৎলোই।"

মমিৎ ঈয় চেল্ল চেল্লদুনা অলিভারনা রারী হোরে। মতম অসিদা থোঙদা কন্না থিল্লক্লে। মীনাই অমা কন্না চেল্লক্লুনা মিঃ গ্রীমউইগ লাক্লে, অদুগা চা থকত্রিমখৈ লেংঙু য়াদ্রে হায়না হায়রে।

মিঃ ব্রাউমলোনা অলিভারদা খঙহল্লে মদুদি মিঃ গ্রীমউইগ অসি ঐহাক্কী মতম কুইনা তিন্নরক্লবা মরুপ্নি, মপান্মোংদা থরা কন্দানরবস্নু মবুক্তি কৈ।

মতম অসিদা চৈশুদা শৌর শৌরগা মশা-মউ করবা হুনুবা অমা ইমুং চংলক্লে মাগী মখোঙ নাম শোকলপ তৌই, মখুৎ নামমা কমলা মকু অমা পায়রি।

মনুংদা হেক চংলকপগা ঙংদুনা হায়রকই—"য়েংউ, কমলা মকুসিনা ঐগী খোঙ নাম লৌরমগদৌরে। কমলা মকুসিদা থবাই থাগদৌরিকো। অসিবু হেক শত্রুবাদ এ ইকোক অসে চাগে।"

মিঃ গ্রীমউইগকী মকোক অসি অাসয়োনা চাউই, অসি য়োনা মমাযদা পাউডর থানা থাই মচুদি মহাক নত্তুন কনামত্তনা মাগী মকোক চাবা ঙম্লোই।

—"ঐগী ইকোক অসে চাগে।" অসি হায়রগা অলিভারবু হেক উবদা হংলকই—"কনানো সিদি?"

ব্রাউনলোনা খুম্মি—"মাগী মমিং অলিভার টুইষ্ট কৌই। ঐনা নংঙোন্দ হায়রম্বত্ত মাগী মররিম্মি।"

অলিভারনা গ্রামউইগবু খুরুম্মি।

গ্রীমউইগনা হায়রকই, "মসি অকুম হৌরমাল্লে? ঙাইখো, মসিগী অঙাং অসি ওইরম্বা তাহ কমলা মকু থাদরক্লিবসে। মাবু হেক ওইরমদ্রবদি ইকোক চাবা শক্কে।"

ব্রাউনলোম্না নোক্ল নোক্লদুনা হায়রকই: "নত্তে, নত্তে, মানা নত্তে। সে, সে, ফমদুম ফম্মু।"

ঙাইহাক্তং গ্রো গ্রো খোংলম্লগা মিঃ গ্রীমউইগ তুমিন লৈখ্রে। অদুদগী অলিভারদা হংলকই—"করম ভৌরি অঙাং নংদি?"

—"য়াম্না নুংঙাইজরি।" অলিভারনা খুম্মি।

মিঃ গ্রীমউইগনা নত্ত নত্তবা ভাংলক্কদবা মতৌ উবসিদা ব্রাউন-লোম্না অলিভারবু মিসেস বেড়ুযিনগী মনাক্তা চা লোইরববা হংনবা থাখ্রে।

অলিভারনা চৎখিবসিদা ব্রাউনলোনা হায়রকই—"অভাংসি—মরম ওক্ক্রদো ?"

শুগৎলদুনা গ্রীমউইগনা থুমলকই--"খঙজদে, খঙজদে।" গ্রামউইগকা মমিস্তা অলিভার অসি কন্দুনা উই হায়বগী বা মন্থে, তশেংবাদ ব্রাউনলোনা ভাংবা ব খুদিংমক য়েৎপা অসি গ্রীমউইগকী কৌমশা ওইনা তৌবননি।

চা থক্লা থক্লা গ্রীমউইগনা ব্রাউনলোদা হংলকই—"অদু, মাগী মরী মখোঙ অসিদি কৈদৌঙৈ থঙ্গনি ?"

—"হয়েং অয়ুক। ঐ ইত্তোমতা ফম্লগা তাবিংই।......নং হয়েং অয়ুকী পুং তরারোম তাবা কান্দা লাকউ।"

—"ফগনি, স্যার।"—অলিভারনা খুম্মি।

গ্রীমউইগনা ফি ফি কাম্নদুনা হায়রকই—"মা কৈদৌঙৈদন্থ লাক্রোই, ঐনা হায়রিবসিনি।—নংবু নমথাক তৌগদৌগী তৌরি-বনি।"

ব্রাউনলোনা হায়রকই--"ঐ লাইশোন্দুনা হায়না ঙম্মি—মহাক নমথাক তৌরোই।"

—"মানা নমথাক তৌরবদি ঐ.......

গ্রীমউইগ লোইশিনবা ঙমদ্রে মখুত্তগী চৈ অদু কৈশাক মথক্কা তাখ্রে।

—"অলিভার অচুম্বা ঋা ঙাংই হায়বসিগী খরগীদমক ঐ ঐগী থৱাই ফাওবা চানবা ঙম্মি।" ব্রাউনলোনা হায়রকই।

—"অদুগা মহাক অসি মচিন থিবনি হায়বগী মরীদা ঐ ঐগী কোক অসি চানবা ঙম্মি।" অসি হায়রগা গ্রীমউইগনা টেবীলদা খুদুম্না থাই।

ব্রাউনলোনা অশাওবা ফাজিন্দুনা হায়রকই—"ফরে, য়েংনবা তারে" গ্রীমউইগনা করেম্নবগী মিশোক নোক্লগা হায়রকই, "য়েংনবা তারে।"

মতম অসিমক্তদা লাইব্রিক ময়োম অমা পুরগা মিসেস বেড়ু-য়িন মনুং চংলক্লে। লাইব্রিকশিংদু ব্রাউনলোনা ডুকান্দারদা থাবি-রক্লবা হায়রম্বনি। বেড়ুযিন্না থোক্কে হেক তৌবদা ব্রাউনলোনা কৌদুনা হায়রকই—"লাইব্রিক পুরকপা অঙাং অদু ঙাইখো হায়র বেড়ুয়িন।"

—"মাদি চৎখ্রে, স্যার।"

—"কৌরকউ, কৌরকউ। লাইব্রিকশিংদুগী মমল পিখিদ্রি। অসিদসু মত্তুনা, লাইব্রিক খরস্তু হেন্র থারক্লে - মসি হনবা তাই।"

মিসেস বেড়ুয়িনগা অলিভারগা চেন্দুনা অঙাংদু তাম্নক্লরে অদুবু ফংদ্রদ্রুনা অমুক হল্লক্লে

ব্রাউনলোনা হায়রকই- "অহো, তৌরিবসিদি ফত্রেদা! লাইব্রিকশিংসি ঙসি হলহৌবনা চুম্বনি।"

গ্রীমউইগনা করেম্নমা হায়রকই! "অদু ওইরবদি অলিভারবু থারোদম—মানা শোইদনা য়ৌমব তৌরুনি হায়নসিদি ভশেংনা খঙলিবহুনি।"

অলিভারনা হায়রকই—"হোই, ঐভোন্দা পীবিয়ু—ঐ চেন্দুনা থগ্গরুগে।"

গ্রীমউইগনা মশম মনা চপ চপ য়ুংবমখৈ করেম্মররক্লি। ব্রাউনলো থাংবা ভমক্লদুনা হায়রকই—"উম্, ইবুংঙো নং চৎলু—পাইরিকশিংসি হল্লু চৎলু। দুকান্দারনা ঐভোন্দগী পাউণ্ড মরী মথাই কংগদবনি—পাউণ্ড মঙাগী নোট অসি পুরো শিলিং তরা চলহল্লকউ।"

শেনগা লাইরিক পুদুনা অলিভার থোকখ্রে। লম্বী তাক্ল তাক্লদুনা মিসেস বেড়ুয়িন্না অলিভারবু থোঙ্গান ফাওবা থিন্দোক-পুরে। অলিভারনা চৎখিবদু যেংলগা মিসেস বেড়ুযিন্না মপুক্লিংদা মতোমতা হায়ক্লে—"মসিবু ঐ ঙাইহাক্তা থাদোকপা ঙমদে।"

অসোমদনা ব্রাউনলোনা টেবিল মথক্তা ঘড়ি থম্নগা হায়-রকই—"মিনিট কুনগী মনুংদা মহাক হল্লকনি।"

গ্রীমউইগনা হায়রকই—'অঙাং অসিবু হল্লকনি নিংলিব্রবে? কুরিং-খোংগ্রাও অনোবা ফংখ্রে, লাইরিক ময়োম অমগা পাউণ্ড মঙাগী নোট অমগসু মখুত্তা পায়খ্রে-হৌজিক্কি মহাক মাগী হান্নগী মমান্নবশিংগী মনাক্তা পন্দনা চৎখ্রনি অদুগা নংবু লংমন্নগনি। অঙাং অসিনবু অসিদা অমুক হল্লরুবদি ঐগী ইকোক অসি কেনগে।"

অদুদগী মরূপ অনিনা টেবীল মথক্কী ঘড়ি অদুদা মুন্না য়েং-দুনা তুমিন্না লৈনখ্রে। পুং মথং মথং চৌখ্রে। সন্ধ্যা চংলক্লে, অদু ফাওবদা মরূপ অনিদু ক'ম্ম। অনিমক ঘড়িগী কাটাদুদা মুন্না য়েংলি।

   

লিটল জ্যাক্রন হিলগী খ্বাইদগী মোৎপা মফম অমদা হোটেল অমা লৈরম্মী। হোটেল অদুগী মপালগী থোঙকাও মনাক্তা বিল সাইক্স চিন্তা তৌদুনা লৈরম্মী। মখোঙ মনাক্তা মমিৎ ডাংশং ডাংবা মতু ভৌবা হুই অমা মখোঙগী অনাবদু মরৈনা লেক লেক্তুনা কুম্লম্মী।

খঙহৌদনা সাইক্সনা ঙংদুনা লাউরকই—"ভুমিল্লৈয়, হায়াম-জাদা। ভুমিল্লৈয়।" হুইনা মরৈনা লেকপগী মখোন অদুন' বিল সাইক্সকী ধ্যান কাইরমাল্লে।

সাইক্সকী চৈ চাররসিদা হুই অদু অমদা অমুক চেন অমদা অমুক চেন তৌরম্বদগী মমৈথংদদি মপান থোকখ্রে। মতম অসিদা ফাগিন মন্নুং চংলক্লে।

মাবু উরগা সাইক্সনা য়াম্না শাওনা হায়রকই—"হায়, থিবোং-জাও, হুরানবা! নং অমুক লাক্লবরা, হুইগী মিচং চংবা?"

মতম অসিদা বার্নি কোবা ইহুদী পাখং অমা চংলক্লে। ফাগিন্না মঙোন্দা হংই—"অসিদা মী কনা কনা লৈ?" বার্নিনা চিংনরপ্না খুমলকই "কদাই, কনাসু লৈতেনা!"

মতম অসিদা অলিভারনা লম্বীদুদা লাইরিক হনবা চৎলম্মী। ফাগিনগী মনাক অদুক নক্লা চৎলি হায়বসি অলিভারনা খঙলমদে। ইখঙ খঙহৌদনা লৈশাবী মচা অমম "ইপ্‌া লৈরে" হায়দুনা অলি-ভারগী ভকশমদা মখুং অনিনা কোনশিনখ্রে।

অলিভার ইঙক ঙক্লদুনা হায়রমই—"এ থাদোকউ, থাদোকউ এবু থাদোকউ।"

অদুবু কনানা কনাগী বা তাগনি? নুপী অদুগী মখুৎ নামনা থুম্মোক পায়রি, অদুগা নামনা শো অচৌবা অমা পায়রি। নুপী অদুনা অমুক্তা হেন্না হৌনা লাওরকই—"ঐগী ইপ্বা; ঐগী ইপ্বা লৈরে! ঈশ্বরনা ঐগী ইপ্বাগা উন্নহল্লে। অলিভার মং অদুম তৌবা হৌনব্রা? নংগীদমক কয়া বাবয়ে, কন্না থিনরে! চৎসি চৎসি চৎলো।"

নিনখোংবা তাবদা লম্বীদা মী ওয়ে পুম্নমক্কা ভক্লেহুনা কদ্দি তৌরবগে হায়না হংই। নুপী অদুনা মপানা ইচোৎ-চোৎলদুনা খুদ্দি "অলিভারসি ঐগী ইপ্বানি। থা অময়োনগী মমাংদা য়ুমদগী চেনখ্রগা হুরানবা ডাকুশিংগা তিন্নরুরিবনি।"

নুপী অদুনা কপ্পা উবদা তিল্লিবা মী পুন্নমক্কা অলিভারবু চৈ থাংদুনা তৌরক্লে। অমনা চোংথোক্কুনা লমজা-ছাড়া হায়না চৈরকই। অমনা চৈরকই—"হায শা, য়ুমদা চৎলু।"

অলিভরনা ময়ামদা হায়জে—"ঐ নুপীসিবু খঙদে। ঐগী ইচে অমদি ইমা-ইপা অমতা লৈতে। ঐ পেক্টোমতিলদা লৈ।"

নুপী অদুনা হায়রকই—"তাবিয়ু তাবিয়ু কয়াদা থৌওই উশিত্তনা ওইদবা বা ভাংলিবনো!"

কাইনথংদা অলিভারনা নুপী অদুদগী মমায়দা মুন্না হেক য়েংলুবদা ভকচান্নবা হায়রকই—"ঐমা, ন্যানসি!"

ন্যানসিনা হায়রকই—"উবিয়েদনা ময়াম্না—মা ঐবু মুন্না খঙবনি ময়াম্না চানবিদুনা অঙাং অসি কায়গা মহুমদা হলহনবিয়ু, শত্রুবদি ইমা, পাজী অমসুং ঐহাক—ঐখোয় পুম্নমক শিবা তারে।"

মতম অসিদা নাক্কী য়ু-শুংবা চুকান অমদগী মী অমথক চেপ্পোয়ক্লে, মাগী মতুংদা হুই অমা ইন্নরি। মানা চংলক্লগা হায়-রকই—"এই অলিভার, নয়ুমদা থুনা চৎলো—নমাগী মনাক্তা চৎলো।"

অলিভারনা খরা নিংঙাই তৌরুবদা মথক্তগী লাইব্রিক মুল্লগা মকোক্তা শুপিরে। শোল্লবা অভাং অলিভার অদু চৈনাখোন অদুদা পংথখে। মতম অসিদ মহাকপু মখোয়না ফাদুনা পুখ্রে।

* * * *

সন্ধ্যা-য়াচংবা মতমদা পাওমৈ চুখৎলগ থোঙক্তাও হাংদোক্লুনা মিসেস বেড্ডুয়িন য়াম্না লাংতক্লনা লেপ্পুনা লৈ। মীমাইশিংনা লৈরক খুল্লক অমম্ভং সড়ক খুদিংদা অলিভারবু কন্ন হন্না পিরে। আদা অনি অদু ঘাড় মমাংদা থল্লগা মতম অদু ফাওবা কমদুনা লৈরি।

* * * *

মম্বনা শুক-শুখ্রবা লৈচিন য়াম্না থাবা অহিংনি। অলিভারবু পুরগা য়াম্না মোৎখ্রবা অমম্ভং শেগাইরবা য়ুম অমগী মন্থুংদা চংলে। অত্রদগী ন্যানসি অমম্ভং সাইক্সনা পোঙ পোয়োন চেৎনা লোনশিল্লে।

অলিভারবু উবদা কন্দ্রং হায়না খঙনবা জ্যাক ডকিন অসি শুগক্তুনা করেমৈ। চার্লি বেট্সন য়াম্না চৌনা নোক্তুনা হায়-রকই—"অঃ অঃ লৈরে লৈরে ফিজগী মণি। ও ফাগিন, সোমদা অমুক্তা য়েংলকউ, সোমদা অমুক্তা য়েংউ। হা কণানো নখোয় ঐবু অমুক্তা পায়য়ু, ঐ অমুক্তা নোকে।"

কল্লুংগা অলিভারগী ফুরিৎখাও পুন্নমক হুমহুনা য়েংলে। চার্লিনা অলিভারগী মমাংদা থাওমৈ অমা পায়রগা হায়রকই—"য়েংউ য়েংউ, কয়াদা মমল য়াম্লবা ফিরোন শেচ্চারিবনো! মথুত্তম্ম লাইরিক। ইমাইপেম্মা, চান্নবা বাবু ওইরেদনা 'সিদি"।

ফাগিন্না মপাস্থোংদা সলাম কয়ামুক তৌরগা হায়রকই—"নংগী চাউখৎপা উবদা ঐখোয় য়াম্না নুংঙাইরে। নংগী ফিরোন অফবসে মোত্তুনবা ডকিন্সনা ফুরিৎ-খোঙ্গাও অমা হোংদোক্লবা পীগনি। নং লাক্কনি হায়না হান্নবা ঐঙোন্দা চিঠি ইহুমা খঙ-হনদ্রিবা করিগীনো? খঙলবদি নংগী চান-থক্নবা-পুম্বা ফোং ফোং শামা থমলমগদবনি।"

মতম অসিদা কল্লুংনা অলিভারগী ফুরিৎখাওদগী পাউণ্ড মঙাগী নোট অমু ঙেক শঙোকরকপদা ফাগিন্না মুনখ্রে। মহু উবদা সাইক্স শোক্তুনা হায়রকই—"লুপাদু ঐগীনি ফাগিন!"

ফাগিন্না হায়রকই - নত্তে, নত্তে বিল্, শেন অসিদি ঐগীনি—লাইরিকশিংদু নং লৌ।"

অদুবু সাইক্স যানিংদ্রে। মঙোন্দা শেন পিদ্রবদি অলি-ভররবু অমুক থিল্লুক্কি হায়না সাইক্সনা হায়। বা ঙাংনা ঙাংবা সাইক্সনা ফাগিনগী মখুত্তুগী নোট অদু তাপ লাক্কুমা লৌখ্রে।

অলিভারন খোল্লুক্লা হায়রকই—"নোটকা লাইরিকসি ঐগী নত্তে—ঐবু য়োকপীবা মপুগীনি ঐ অকুপ্পা শিরমগদোরবদা মহাক্না ঐবু কণবিরকপনি। ঐবু 'সিদা ফাহুনা থমগে হায়রবস্থু

থখিদ্ব; অদুগা লাইব্রিক অদুগা নোট অদুগদদি মপুদা য়েৌহন-বিব্ব; মত্রবদি ঐবু হুরামবা ওংনা থনগ্রগনি।"

অসি হায়রগা অলিভারনা অঙাওবদোনা হৌদুনা ইমুংদগী মপান্দা চেম্লোকখ্রে। ফাগিন অমসুং মাগী চরশিংনা অলিভার ভায়খ্রে।

ন্যামসিনা থোংজাও থিংজিল্লগা লাখ্রকই—"হুইদু ফাজিন্দুনা থম্মু, বিল, মত্রবদি অঙাং অসি মচেৎ মচৎ কক্তুনা চাথোক-খিবা ভারে।"

সাইক্সনা হায়রকই—"উম্, মাগীদি মদুনা মতিক চাবনি। চৎথোকউ ইনাক্তা লৈম্মু, মত্রবদি মকোক অদু চেকপন্দা শুদুনা উফুল ওমগনি।"

—"হোঃ উফুল ওনহনগে ওলহল্লু, বিল, অদুবু ঐবু ফুরম-দনা নংবু হুইদি থাদোকহল্লয়োই।"

সাইক্সনা ন্যামসিবু য়ুময়াইদা ইন্থুরে। মতম অসিদা ফাগিনগী চরশিংনা অলিভার ফাদুনা পুররে। অলিভারগী পুক্সিদা অমম্বা তৈচিন অমুক থাররে।

কুমিৎ অসিগী সুমিদাংবাইরমদাইদা লমজা লোইশঙগা মপ্পী লৈনবা থবক অমগীদমক মিঃ বাম্বল লণ্ডন্দা থুংলৈ মী থুংনম হোটেল অমদা চংলগা চাক চারে, অদুগা য়ু গিলাস অমা মমাংদা পাল্লা থবর কাগজ অমা হাংদোকই। ইহাম ছানবদা মথাগী পাপ্পরাল অসি মথিংনা হেক উই—

## গিনী মওাগী মনা

হৌখিবা শগোলশেন মুমিত্তা অলিভার টুইষ্ট কৌবা অঙাং অমা পেন্টোনভিলদা লৈবা ময়ুমদগী চেনখ্রে, নত্রগা ফাহনা পুখিখ্রে। কনাগুম্বনা মাগী নত্রগা মরীমখোঙ ভাকপিরবদি হায়রিবা মনা অসি পীরগনি।

পাওজেন অদু হন্না হন্না মিঃ বাম্বলনা অহুমলক পায়ে। অদুদগী পেন্টোনভিললোমদা খোঙশায়ে। য়ুগী গিলাস অমু হায়না লৈরম্বা মফম অদুদা অদুম্মক লৈহৌরে। বাম্বলগী মচিন্দা অলিভার পনবা তাংদা মিসেস্ বেডুয়িন্না মহাকপু ব্রাউনলোগী মনাক্তা পুহনা চংলে মিঃ গ্রীমউইগসু মফম অদুদা লৈরম্মী।

অলিভারগী মরমদা বাম্বলনা য়াম্না ফত্তনা শাজিন্দুনা বারী তৌরে। বারী অদুগী বা-মচংদি অসিনি মদুদি অলিভার অসিমমা-মপা মশক খঙদবা খুল্লকপা লমজা ছাড়া অমনি—মীগী বিশ্বাস হাংপা তৌবিমল খঙদবা অমসুং মপূকচেন পিকপনা মাগী হৌনশানি।

বাম্বল চংখ্রবা তুংদা ব্রাউনলো ঙাইহাক ঙাহৌ ঙাহৌ চংলগা হায়রকই—"বেডুয়িন্! অঙাং অসি তশেংনমক হুন্নানবা জুবায়নি।"

অদুবু মিসেস বেডুয়িনদি বাফম অসি য়ানিংদ্রে। মনিংগী দমক্তা মিঃ গ্রীমউইগনা বেডুয়িনবু শাথিনা কুমৈন্নে।

মথংগী নুমিত্তা নুমিৎ য়ুংবগী অরবাইদা অতৈ মী খুন্নমক চখোকখিবা ভাঙ্গা আসদা ফাগিন্না অলিভারদা লেকচর অনাম্বা

অমা তৌই। ফাগিন্না হায়—"তৌবিমল খঙদবদগী কেন্না চাউবা পাপ অতে লৈতে। নংনা (অলিভার, হায়বা ইন্দুনা ইরেন্না লৈরবদি ময়াম পূন্নমক্না নংবু মরুপ মপাংগী ভাবতা পুংশিগনি। নত্তদুনা লমহেন্দুনা চেনগে-খোংকে তৌরবা নপ্রগা খৎন-চৈনবা তৌরবা অদু ওইরবদি—ঐগী চরশিংসিনা নংবু মতুপ মতুপ কক-খৎলগা গুহাদা থাদগনি। মংগুন্না অঙাং কয়া মতুপ মতুপ কক্তুনা গুহাদা থাদখ্রবনি মসি নংখক কাওগনু।" বা অসি হায়রম্লগা বাইখু-শো লোনশিল্লগা মপা'ন থোকপ্রে।

অহানবগী চযোল অদুদি অলিভারবু শো লোন্দুনা থম্মি। নোংমদি শো লোন্দ্রে। অলিভার অসি মনি'মখা তৌনা ইমুং মনু'দা চচ্চবা য়ারে। য়ুমগী মপান্দা থোক্তুনা কোইযেং যেংবদা উই মদুদি য়ুম অদু যাম্না মল্লি অদুগা মতম লৈনখিবিক্না খোঙ অমসুং মিহুখোং থিংক্তিন্দুনা থম্মি।

য়ুম অসিদা হদক্না কেজদগী থাদোরকপা চহি তরানিপামতা ভাইরিবা চিটলিং কৌবা নিপা মচা অম .লগা উরে। চিট-লিংনা অলিভারদা হুরান চিঙ্থিগী তুজু'লবা বারীশিং লিদুনা তাহল্লি।

নোংমা অয়ুক তুম্বা হৌগংলকপদা অলিভারনা য়াম্না ঙকলে; ময়মদি মহাক্না হান্নগী অমনবা খোংউপ অদু লৈরমদ্রে। মদুগী মহুত্তা শউন অথাবগী অনৌবা খোংউপ অমা লৈরম্লে।

নোংমগী অয়ুক্কী চারা চারিরৈদা অলিভারবু বিল সাইক্সকী লৈকমদা চৎননবা ফাগিন্না হায়। অদুগা অলিভারদা মসিমন্ন

হায়-"অলিভার চ্যেকশিল্লু, য়াম্ন চ্যেকশিল্লু। সাইক্সনা ঈ কাররুবদি অত্তোপ্পগী ঈ তাহনবা নত্তুনা মতাক অতৈ করিমত্তা তৌদবনি। মানা ভাংগে হায়বমখৈ ভাংজসনু, নচিন মেনশিল্লগা খাংদুনা লৈয়ু।"

ফাগিন চৎখ্রবা তুংদা অলিভারনা চুবা মেত্তুন বাখল তৌই। মতম অসিদা সাইক্সকী মনাক্তা পুন্নবা ন্যানসী থুংরে নোংম-তদা মাগী শকফম অসি য়াম্না শোকচিনখ্রে। ন্যানসীনা অলি ভারবু যেসা উপায় তৌদুনা বনগ ন হাযনা অলিভারদ হায। মাশা মসিমম্ভু হায মতুদি অলিভারগী মাচং চংলুবদগী মহাক চৈ যাম্না চারে। অদুদগী মাগী মখুৎ অমম্তুং লেংজুংদা লৈরিবা চৈক্ষমশিংদু অলিভারদা যেংশিল্ল।

সাইক্সকী মনাক হেক যৌবগা বা অমত্তা ভাংদনা রিভলভার অমা পুখোকই। বিড়লভার অদু অলিভারগী মমাংদা উৎলগা হায়রকই—"এনা হাযব বা ত দ্রবাদ, লম-চেল্লবদি—য়ংউ গুলি অমনা নকোক্কী লোংখুম ফক্কদবনি।"

অলিভার কিবনা উদগী ভাবগুম পংথখ্রে।

মঙ্গিগী মুমিদাংগী চয় চারনা মতুংদা সাইক্সনা নোংচাল-লমদাই পুং মস্তারোম তাবা অদুরাইদা হৌদোকলকউ হায়না হুকুম তৌরে। অদুদগী সাইক্স তুগখ্রে অলিভার সাইক্সকী হুকুম মতুংইম্না যুমগী লৈমাইদা হিপ্তুনা ফনা কুইনা মমিৎ পাংদুনা লৈ। অলিভারনা খল্লি ন্যানসীনা তাঞ্জা চাবা যেংদুনা মঙোন্দা পাওতাক পীরক্কনি। অদুবু ন্যানসীদি ফুঙ্গা মনাক্তা ক্ষমদুনা বাখল য়াম্ন খল্লি-সাইক্সপু মতম চান চৌদোক্লগীদমক মহাক অহিং মিৎশেং খাঙ্গদবগুম তৌরে।

পুং ৫ তাদ্রিবৈগী মমাংদা সাইক্স হৌগৎলকলে। মমায় মমিং প্রেপ প্রেপ তাপোক্লগা অতয়কোট অচৌবা অমা পুমক্লগা অলিভারদা হায়মকই ; "মসি নশাদা য়েংশিল্লু ." অত্তুদগী য়িত্তলভার অমা কুয়িংখাওদা হাপচিল্লগা অলিভারগী মথুং পায়ত্রনা চিংত্ননা পুমে। কদাইদা চংলিবনো, কমি তোগদোৗরিবনো অলিভার করিমতা খংদে। কিবনা বা অমা ফাওবা ঙাংবা ঙমদে। চংমা চংল ম্যানসী উত্রা হায়না হন্ন য়েংজে। অদুবু ম্যানসীদি মৈয়োমদা মুন্ন য়েংলগা করিনো অমা খল্লি—করিগুম্বদম্ম ন্যানসাগী ঈঙ্গিং ফংত্রে।

সাইক্সনা অলিভারবু চিংদুনা মপান থোরক্লে।

*    *    *    *

লৈচিম য়াম্ন থাংবা অয়ুক্তি। ঙরাং অহিংগী নোংমা লম্বীদ ঊশিং তুংত্রমা লৈরি। হৌজিকস্তু নোং কম্না চুরি, নোং মুংশিংব উরু-উরু শিংলি। মুমিং অদু কৈথেন মুমিংনি। ময়ম অসিব লম্বীদা মখল পুম্নমক্কী মী তিনবা হৌরক্লে।

অলিভারবু চৈ-থাংদ্রমা ইন্দূনা কাওক্তনা পুমকপমা হাইড পার্ক লাম্বোকত্নুনা কেনসিংটন যৌরে। অত্নদগী গাড়ী অম থামলগা অলিভারবু হাপ্তুনা মনুংদা ফম্লে। মতম খন্না লৈরগ "গাড়ী অমস্তুং শগোল" কৌবা মীথুংকম শঙ অমদা থুংলে মক্কম অত্নদগী মথোংভনা খন্না চংলগা হ্যাম্পটন সহর য়ৌরে সহর অসিগী মপান্দা লম্ফাং-তুহাংদা মতম লেল্লুমগা সন্ধ্যা য়াচংব মতমদা সহরদ' অমুক হঙ্গিল্লক্লে অত্নগা মল্লবা চাকচাকম অমদ মুমিদাংগী চম' চানবা থোৗরাং তৌরম।

চাক চাবা লোইরগা সাইক্সনা হ্যালিকোর্ড য়ৌবা গাড়ী অমা কায়ে অদুগা গাড়া অদুদা তোংদুনা শোপারটাউন্দা থুংলে। অদুদগী লৈখোম লৈনাং মরক্তা লৌবুক শমদুনা ফনা শাংনা চৎলগা অমনবা যুম অমগী মমাংদা থুংলরে। যুম অদু পুম্মন মশিং অমসুং ঈচিক চিক৳ · হেক য়েংবদা যুম অদুদা জীব অমত্তা লৈতবোই নিংই। মকোক্তবদসু যুম-কৈ লেবা উদে। অলিভারগী মখুৎ পায়রগা সাইক্সনা থোং হাংদোকদুনা ইমুং মনুংদা চংলে।

ইমুংদা মী লৈরমই। সাইক্সপু ইমুং অসিদা য়াম্না তত্থাম তরাম্না ওক্লিবসি টোবি ক্র্যাকিট অমসুং মনা খোংবা বার্গি অসি অসিদি সাইক্সনা অনি অদুদা অলিভারগী মরি মখোং লিরে।

ডাইচাক লৈরগা চান-থক্লবগী থোরাং তোরে। হেক ফমথবগা যুগী গিলাস চিন্দা চুপ্লগা হায়রকই, "ডসিগী খোডচৎ অসি মঙ্গল ওইবা ওইসনু।" অসি হায়রগা যুগী গিলাস মথং মথং থকপা হৌরে। মশানা য়াম্না য়াজপ্রবসু অলিভারবু যু খনদুনা থরা পিথক্লে। চাবা থকপা লোইদ্রগা পুম্নমক তুমদরে।

যুগী বেশানা অলিভারগী মশা অসি ইপং পংথরে। মহাক তুমথরে। তুম্বদা মঙ অমা মঙই। মঙ অদুদা মহাক অসি মমুক অচাং ওইবগী মতৌ তৌই। টোবিনা কবুংদগী চোংথংদুনা "পুং অমা মথাই তারে!" হায়না থংলাও লাওরবদা অলিভারবু অঙিং অকাই ওইনা মিকপ থোরক্লে।

মিৎকুপ অমগী মনুংদা সাইক্স অমস্তং বার্ণি হৌগৎলক্লে। সাইক্স অমস্তং টোবিনা শাল অনিনা মমায় অমস্তং মণ্ডক য়েং-শিল্লে। অদুদগী বার্ণিদগী খুৎশু-খুৎলাই থরা ফুরিৎখাওদা হাপ-চল্লে। বার্ণিনা মবানিমক পিস্তোল অনিথক পিয়ে অদুগা অলি-ভারবুনা য়াম্না চাউরবা অভরকোট অমা লিৎশিনবিরে।

অদুদগী অলিভারগী মথুং পাযরগা লৈচিন শাথুবা মমথুবা অহিং অ দা মপান থোরক্লে। সাইক্সনা লোম্না হায়রকই, "ভসি অহিংদি সহর শিনবা থুংনা চংলবস্তু কনামতনা এখোয়বু উররোই।"

অহিং নোংয়াই মতুং পুং অনিরোম তাবা মতমদা সহর লাম্লোকতুংগী চেকপন্ন কোইনা থাব য়ুম অমগী মনাক্তা লাক্লে। করিগুম্বদস্তু কনামতগী মখোন তাখিদ্রে। য়ুম মনুংদস্তু পুমচিক চিকখরে। মিকুপ অমগী মনুংদা টোবি ক্র্যাকিটনা চেকপন মথক্তা কাখৎলে। অদুদগী সাইক্সস্তু অলিভারগা লোইননা চেকপন মথক্তা কাখৎলে অদুগা চেকপন য়াংমদা কুমথরে।

অলিভার লেপ্পা ভমদতুনা কিবনা নাপী মথক্তা তুবক তুফাই চম্না ফমথে। সাইক্সনা য়াম্না শাউনা হায়রকই; প্রপ প্রপ হৌগৎলু ছুই; নত্রবদি নকোক অদু নাপীদা চাহখাইগনি।"

অলিভারনা মশা থক্ থক্ নিরু হায়রকই, মখোয়গী মখোংদা চংজরি। মখোয়না ঐহাকপু থাদোকপিয়ু।"

সাইক্সনা পিস্তল পুথোক্লগা অলিভারবু গুলিনা কাপকে ভৌরম্মী। অদুবু টোবিনা পিস্তল অদু মুন্দুনা লৌরে অদুগা অলিভারগী মচিন মেনাসল্লগা য়ুমলোমদা ইন্দুনা ইন্দুনা পুই

অদুগা হায়রকই, নচিন্দগী মখোল অমতং থোরকপদা নকোক অদু উফুল ওনগদবনি হায়, নং চৎলগা মিহুৎথোং অদু হাংদোক্লু, অদুগা ঐ মসি পাম্লগে। অসিগুম্ব অভাংশিংবু করম হায়না হায়রক্কদগে হায়বা ঐ খঙই।

ভাইহাকী মনুংদ সাইক্স্‌ন য়ুম মনিংগী মিহুৎথোং অদু হাংদোকলুরে। মিহুৎথোং অদু অলিভারগুম্বা অভাংদি ইরাই লাইনা লৎপা ঙংগনি। অদুদগী অলিভারগী মথুম্বা লেমটন মচা অমা পিরগা মিহুৎথোং মনুংদা হনশিল্লে অদুগা লোম্না লোম্না থোঙজাও হাংদোকররুবা অলিভারদা হায়রে।

মিহুৎথোং মনুংদা লেংশন্দুনা ইমুং মনুংদা হেক চংবগা মপু হৌদোকতুনা তাক্লে হায়না অলিভারনা মবুক্তা খল্লি। অদুবু খঙহৌদনা মনাকোংদা মথোন অমা তারে মদুদি সাইক্স্‌না মখোন কান্না লাওরক্লি, "হল্লকও হল্লকও!"

কিবন অলিভারগী মথুক্তগী লেমটন অদু তাপ্রে। মিৎকুপ অসিদা সিডি মথোংদ মুঙ্গি অনিথক চোংথোরক্লে অদুগা খঙহৌদনা মঙাংলগ লাকপা মপুংদা মপৈ অমা উরে। সাইক্স মপান্দগী মথুং তিংথোকতুনা অলিভারগী ফুরিৎকী চকশম পাযরগা চিংলি অদুগা মথুং নামনা সিডি মথোংদা লেপ্লবা নিপা অনিদুদা ওয়ল্লগা পিস্টল কাপ্লি।

মসিগা লোয়ননা অলিভারবু লেংবান্দা হুঙ্গৎলগ সাইক্স্‌না চেমবা হৌরক্লে। অলিভারগী মথোঙদা গুলি অমা পাল্লে, মরম মসিনা ঐ য়ামনা হাথরে। অলিভারবু লেংজুমদা অদুম পুদুনা

চেনবসি থুদোং চারকত্রদুনা লৈখোম লৈনাং মরক্তা খোংবান অমদা জ্ঞান তাবোই তাদবোই শনমলগা সাইক্র চেনখরে। অঁ হাণরবা মতুংদা অলিভার জ্ঞান মাংদুনা খোংবান অদুদা অদুম্মক তাদুনা লৈহৌরে।

হৌজিক লমজা লোইশঙদা অমুক য়েংসি। লমজা লোইশঙ অসিদা অলিভার পোকখিবনি। লোয়শঙ অসি পাম্বৌ মিসেস কর্নি মতোমতা ইমুংদা ফমলাম্ম মপান্দা অঙকপা কংনা চুই য়ুম মনুংদা থোং থোংজাও লোনশিল্লগা চা কপ অশাবা অমা পায়রগা পোত্থাদুনা লৈরম্মী।

চা অমুম থক্লা শক্লা মাগী লৈখিদ্রবা মপুরোয়ঙবা নিংশিংলক্লে। হেক নিংশিংলকপদা টি-পট অদুদা য়েংথোয়কপদা মতোমতা হায়রকই; "অসিগুম্বসিদি ঐ অমুক ফংলরোই।" হায়রিবসি লৈখিদ্রবা মপুরোইববুরা শজ্রগা টি-পটপুয়া থঙবা ঙমদে। মতম অসিদা মিঃ বাম্বল ইমুং চংলকলে।

মিঃ বাম্বল অমসুং মিসেস কর্ণি লমজাশিংগী মরমদা ঙাই-হাকতং বারী বাতাই তৌনরে বাকম অসিদা অনিমক্তী মঙ মায়ে হায়বদি লমজাশিংবু অঁ চুপ্পা অদুগা মখোয়গী ওইজবা তাবধা হায়বসি অনিমক্ৰা পাম্বা বাফাম্ন। ঙাইহাক বারী শারুরগা বাম্বল বিদায় লৌরম্মী; অদুবু মপান্দা নোং মুংশিং কম্না তৌবা মমম্বা ঙাইহাক্তুং পম্মদুনা চা কপ অমা থক্লবা মিসেস কর্ণিনা হায়রে

মরম অসিনা মিঃ বাম্বল হঞ্জিন্দুনা অমুক ফমলে। চা থকপা কম্বসিদা বারী অমা শারবা তুংদা মিঃ বাম্বলনা মিসেস বার্ণিবু

লুহোংনিংই হায়বসি খংনরে। মতম অসিদ হন্নুবী অমা চংলক্লুনা মিসেস বার্ণিবু খঙহল্লে মদুদি স্যালী হন্নুবী শিগদোরে মসিগী মরীদা হন্নুবী অতুনা মিসেস বার্ণিদা বা অমতা হায়নিংই।

বা অসি তাবদা মিসেস কর্ণিনা মি: বাম্বলবু ঙাইহাকতং ঙাইবিরমখো হায়রমলগা হন্নুবীগা লোইননা মপান থোকখ্রে।

মিসেস কর্ণি অসি চংগ্রগা অন্ধকূপগুম্না মমখ্রবা য়ুম মচা ৎ'গী মন্নুংদা চংখরে। মতম অসিদা হন্নুবী অমম্থু অনাবগী ৎাক্তা কমলম্মী অদুগা তমখৎলকপদা ঙায়রিবা মাইবা অমনা ৎচেক মতুনা য়ায়ক থিন্নবা চৈ অমা শেমলদুনা অনাবগী মনাক্তা লেরম্মী। অনাবা স্যালী অসি শিরুম শিরুম তৌদুনা লৈরম্মী।

মাইবগী মচিন্দগী খঙবা ঙমলে মদুদি পুং অনিরোমগী মন্নুংদা হন্নুবী স্যালী অসি শিরগনি অদুগা শিদ্রিবৈগী মমাংদা মহাক্না স্রাম তায়কপগী আশা উদে।

মাইবা হনখ্রবা তুংদা মিসেস কর্নিনা মচিন পৈথোক্তনা হংলম্মী, "হন্নুবীসি করম্বা কান্দা শিগনি, মাগী দমক্তা ঐ কয়া কুইনা পন্দুনা লিখিনি?"

য়ুমদা কমলম্বী হন্নুবী অতুনা হাযরকই—"কয়াবু কুইনা লৈগবনো ইবেম্মা। ঐখোয় অসিনা শিবগীদমক মী অমবু পংকুই কুইনা ঙাহনগদবা নত্রে।"

মিসেস কর্নিনা "তুমিলৈরেয়ু হন্নুবী" হায়দুনা হন্নুবীতুবু বা ঙাংবা লেপহল্লে! অদুদগী মাগীদা লাকপী অহানবগী হন্নুবী অদুগী মচিন্দগী খঙবা ঙম্নে মদুদি স্যালী অসি মসিগী মমাংদম্থু অমুম্না

শিগে শিগে হেক তৌই। বা অসি তানদ মিসেস চংলগে হায়না হেক হৌগংলকপদা হনুবী স্ত্রীলীনা ইখঙ খঙহৌদনা ফমুংদা হৌগত্তুনা ফমলগা মিসেস কর্নিগী মথুং নাম পায়রগা চৌকিদা ফমহল্লে অদুগা হায়রকই "ইবেম্মদ হাযগদবা ঐগী অরোনবা বা অমা লৈ। ময়াম অসি মপান্দা অমুক্তা তাম্থোকপিয়ু থরা থুনা তাম্থোকপিয়ু।"

হনুবী অনি অদু থোক্লিংদ্রবস্তু মিসেস কর্নিনা ইনবসিদা মপান থোকখ্রে।

শিরুম শিরুম তৌরবা স্ত্রীলীনা মখোন হৌন হায়রকই— "পুক্লিং চংনা ঐগী বা তাবয়ু। চাক কয়ামরুমগী মমাংদা য়ুম অসিদা, কা আসমদা অমসুং ফমুং আসনক্তদ লম্বাদগী থুল্লকপা নুপী অমথক হিপহল্লি। চহি কয়া শুরবনে ঐ হায়বা শুমত্রে। ঐনা নুপী অদুগা পোং অমা হুরাল্লে পোং অমা হুরাল্লুরে—" বা অসি হায়রল্লগা ফমুংদা অমুক তুথখ্রে। অদুদগী লাওথোংনা নাহেত্নুনা অমুক ফমুং মথক্তা ফমলগ হায়রকই "মাগী লৈজবা হায়ববু খুদোপ অসিমতান। মশাদা [illegible] অমত্তা পক্তে— মবুক্তসু কারমতা তাদে; অদুবু খুদোপ অসিদি মথাদা চেৎনা কোল্লম্মী। মাস মমল য়ামখ্রবা সনানি।" —"সনা।" কর্নিনা অঙকপগা লোইননা থবাক্ত য়াওনা হায়রকই—"হায়ু হায়ু— অদুদগী করি তৌরে অদুদগী কমদোবা ..."

স্ত্রীলীনা হায়—"সনা অসি ঐহোন্দা নুপী অদুনা থাজবগা [illegible] হায়রম্মী [illegible] অদু

হিংলবদি অভাং অদুদা সনা অসি পীবিয় হায়রন্মী। সনা অসি লৈরবদি লমজাদা লমজা হায়বমক্তুদি ওইরোই। অভাং অদুগী মমিং অলিভার কোই। অদুগা এনা হুরুবা মাগী সনাদো....।"

"হোই, হোই, হাযয়ু—গাযয়ু" অসি হাযনা হাযনা মিসেস কর্নিনা হনুবীগী মনাক্তা য়াম্না নকাশনখ্রে।

হনুবীনা অমক্তং য়াম্না য়ানা হৌগৎলম্লগা মচিন্দা মরুম মরুম থর শোল্লম্লগা কমুংদা লেকথখ্রে। মথক্রাই যাওদবা মাগী হকচাং অদু কমুংদা লৈত্রোরে।

*   *   *   *

অথাপ্পা মকম অমদা লমজা লোইশঙদা থৌদোক অসি থোক্লিভৈদা ফাগিন্না মাগী মকোন্দা ফুঙ্গা মনাক্তা ফমদুনা য়াথল মুন্না খল্লি মাগী চয় কন্দ্রং, চার্লিস বেটস অমসুং চিটলিংনা ফমদুনা তাস শান্নরি।

খঙহৌদনা থোঙদ মী লাক্কুনা থিল্লকপসিদা কন্দ্রংনা কনা লাকপগে হায়দুনা যেংগদবগী হৌগৎলি। অদি মতুদি ফাগিনগী ঈঙ্গিৎতগী তুমিন তুমিন্না লৈ।

কন্দ্রংগী মতুংদা টোবি ক্র্যাকিট চংলক্লে। ক্র্যাকিট অদু কোই য়াম্না চোম্লে, ময়াং কংলে অমসুং শিগংনরে। মসুং হেক চংলকপদা ফাগিন্দা হংলকই; "কমদোরি, ফাগিন?"

মচিন অমসুং মঙকশমদা যেংলিবা খাল অদ কন্দ্রংদা পিদুনা থমহল্লগা মফুরিৎ লোথোক্লবা হোৎনৈ অদুদগী ফুঙ্গা মনাক্তা

মখোঙ থাঙৎতুনা ফম্লগা হায়রকই ; "চারক্রবা কুইরে । বারী কোম্না তৌগে—অহানবদা করিনো খিত্তা চাখিগে ."

ফাগিন্না হায়বদগী কন্দ্রংনা ক্র্যাকিটতা চাননবা খরা পিরে। ক্র্যাকিটনা মথরাই য়াম্না তানা চারে । ফাগিন মপুক্লিংদা য়াম্না লাংতক্লরবস্তু মচিন্দদি করিমত্তা হায়দে ।

চাবা লোয়রগা টোবিনা অতে পুম্নমক মপান্দা তাম্থোকউ হায়রে । অসুম্না ময়াম পুম্নমক তাংস্থে থুবা তুংদা মানা হায়রকই "অহানবদা হায়খো, ফাগিন, বিল করনত্তোরে ?"

"করি !" ফাগিন্না অকিবগা লোয়ননা লাওরকই । লৈমায়দা মখোঙ খিল্লগা হংলকই ; মখোয় কদাই চংখ্রে ? সাইক্স অমসুং অলিভার কদাই চংখ্রে ? কদাইদা লোৎখরে ?"

টোবিনা শোম্থ্রংননা হায়রকই 'ঐখোয়গী খোংচৎ অরেম্ব তারে।'

ফাগিন্না খবর কাগজ অমা ফুরিংখাওদগী চিংথোক্লগা হায়রকই, "মদু ঐস্নু তারে । অদুগা মদুগী মতুংদা করি থোক্খ্রবগে হায়য়ু ”

টোবিনা বারী লিরে—মপুনা নোংমৈ কাপলকপদা অলিভারদা পাল্লে । সাইক্সনা মনঙন্দ অলিভারবু পোত্নুনা চেল্লি । য়ুম্মুনা তাগ্নরকই ; মমৈথংদা ফাগদবা খরতা ভাইরবা কান্ধ সাইক্সনা অলিভারবু লম্বী শাকনগী নালা অমদা থাদরমলগা চেনবা তারম্মী। অঙাং অদু শিথ্রবরা নত্রগা হিংলিবরা টোবি খঙবা ঙমদে।

অাকবা ফংবা খোল্লাংও অমা লাওরগা মথুং অনিনা মশম কোইর খোইরদুনা ফাগিন ময়ুম থাদোকতুনা মপান থোকখে ।

লম্বীদা গাড়ী অমা ভ'ড়া তৌদুনা তেং'খংলে অদুদগী পোৱা অমারোম চংলগা সাইক্সকী ময়ুম য়োৎত্তুনা গাড়ী থাদোকখ্রে।

সাইক্সকী ময়ুম চংলগ ন্যা'নসীনা মমায় যাম্না লাংশিন্না টেবল মথক্তা মকোক ঙাদুনা লৈবদু উরে। স'ইক্সকী পাও অমত্তা ন্যানস'না তাবা লৈতে, মরম অসিনা ন্যানসীনতুম ফাগিন্দা সাইক্সকী মরম হংলকই। ফ'গিন্না টোবিগী মচিন্দগী ফংলকপা পাও অদু তম্বা মত'নদদি ন্যানসী চিক্ হিক্ কপ্পা কৌরক্লে।

ফাগিন্ন হ'যরকই; "মন্নাহবক লৈবা অঙাং অদুগী মরমদা খল্লু ন্যানসী, মখোয়না মাবু খোংবান অমদা থাদরম্মী হায়বরা করিনো অমা হায় —"

ন্যানসী মমায হায়গৎতুনা প্রেপ প্রেপ খুমলকই; "ঐখোয়গা লৈমিন্নগদবগী শকক্তি অমদবু লৈরবস্তু অঙাং অদুগীদি ফরে। এনা খল্লিবদি বিলগী বানি। মহাক অক্তা-অপুন তৌদবা অসিতনি।"

থেংখ্রবা অহিংদা হল্লকতুনা ময়ুম অদু শো হাংদোক্কে তৌরি-ঙেসিদা য়াম্না লোন্না কনাগুম্বা অমনা "ফাগিন" হাযদুনা কৌরকই।

ফাগিন্না ঙক্লদুনা লৈদুনা ঘ্রেংলগা হাযরকই "কনানো মং?"
—"অ ......... ..ঐ নংবু ঙাইরমলিবা পুং অনিরোম শুরে—নং কদাই চংলুবগে?"

—নংগী শবক্তা চংলুই, মরূপ, নংগী শবক্তা পূম্নমক হায়গে—"

নিপা অদুগী থবাই য়াওবা মতৌ উবদা ফাগিন্না কৌশিন্দুনা মখুং চংলক্লে। অদুদগী মী লৈতবা কাচিন অমদা চংদুনা অশিনা চবোম চিবোন বারী তৌরে। লাক্লিবা নিপা অসিগী মমিং মঙ্কস

কৌই। মঙ্কসনা মথ্রাই য়াওনা অমশুং মখোল হৌনা হায়রগী "পোরম লাম্না শিল্লে। অসিদা ময়াম মরক্তা অস্তুম লৈচল্লগ মাবুস্ত কৃরিৎখাও চপ্পা য়াওহল্লগা অদুম্মক পোপ তাজরকনি।

মদু পোক্লবগী খুদোংচাবদু লৈতে হায়না কাগিন্না খঙকল্লি মতম অসিদা মঙ্কস অসি খংপ্রেক খ°না হায়রকই; করিনো মুপী অমা মমী-শামী ওইনা উখিবগুম তৌই।"

অনিমক মপান্দ প্রপ প্রপ চেপ্পোকতুনা য়েংই, মাইগৈ মং কোইয়েং য়েংই, অদুবু করিমত উদে। কাগিন্না হায়রকই "করিস্ত নত্তেদা। নমিক্তা পংউ উবা ওইরিনি।"

মশা থক থক নিরূা মঙ্কসনা হায়রকই; "নত্তে, নত্তে, পং উবা মত্তে, ঐ রাশকতুনা হায়বিবসিনি, তশেংনা উই—মুপ অমগী মূর্ত্তি অমা উরম্মগা শ্বাই মাংখি।"

❀ ❀ ❀

মিসেস কর্নিগী কা মমুংদা অস্তুম ফম্লগা মিঃ বাম্বলন য়ুমগী পোচিচশিংদু পায়-খোৎতুনা অস্তুম্মক য়েংই। মতম অসিদ মিসেস কর্মি ইমু° চংলকলে।

বারী বাতাই অস্তুম তৌবদা বাম্বলনা খঙলে মদুদি মিসে কর্নিনা সরকারগী মান্দগী মশাগী শিঙ্কিরনবা মোমবত্তি অমসু কয়লা লোম্না ফংই; অসিগী মথক্তা মাগীদি য়ুমগী ভাড়া তিংদে মতম অসিদা মিঃ বাম্বলনা লুহোংবগী ব হোদোকই। ডাইহার নিংজিং মাংজিনবগা মিসেস কর্নিনা লুহোংবগী বাকম অদু য়ারে।

মতম খরগী মতুংদা কনিনা হায়জবদগী নোং-মুংশিং মরক্তা মিঃ বাম্বলনা সোয়ারবেরীগী য়ুমদা হন্নুবী স্যালীগী কু লৈনবগীদমক চেনখ্রে।

সোয়ারবেরী মতৈমনাও মতমদুদা য়ুমদা লৈরমদে। নোয়া-ক্লেপোলনা অহাংবা মতম অদুদা শার্লটিগা লুহোংবগী ৱাফম হোদোক্লে। মতম অসিদা মিঃ বাম্বল মফমদুদা থুংলুরে। লুহোংবগী ৱা তারগা মিঃ বাম্বলন' সোয়াদা ধমকা তৌই; "অ্যাঃ লুহোংবা—লুহোংবা চ্যোর্কশিল্লু, লুহোংবগী ৱা অমুক হায়রক্লবদি—মঙক অদু লৈখাদ তাক্লান। তাও, নংগী নবুংভো লাক্লগা হয়েং অমুক হন্নুবী অমগীদমক কু অমা থারকতবা য়াদে হায়য়ু।......লৈবাক অসি মাংবা তারে লুহোংবা—লুহোংবা—লুহোংবা!"

ৱাহৈশিংসি হায়রগা বাম্বল মফম অদুগী মপান পোরক্লে।

* * * *

মী অহুম্না হুই পুদুনা সাইক্ল অমসুং হুয়ানবা অতৈগী মতুংদা তাম্নরম্মী। ফনা য়াম্না শাংনা তাম্নরবা ভুংদা মখোয় অহুম লেপ্পুনা ৱা তাম্নৈ

কাংবু অদুগী মনু'দগী খ্বাইদগী নোইবা নিপা অদুনা হায়রকই—"ঐগী মত্তি ঐখোয় ওল্লকসি হায়বসিনি।"

অনিশুবা নিপা অদুনা হায়রকই—"মিষ্টার জাইলসনা হায়রিবসি ঐস্ত পা ম্ম" নিপা অসিগী মরমদা অকিবগী মমি তারি।

অহুমশুবা নিপা অদুনা হায়—"মিঃ জাইলসগী ৱাফম অসিদা ঐগী করিস্ত ৱেৎনিঙ্ডাহ লৈতে" ৱা ভাংনা ভাংনা ময়া অহু থক থক নিক্লম্মী।"

“নং কিরবরা, ব্রিটলস্,” মিঃ জাইলসনা হায়রকই। “ঐবো? কদাই, কিদেনা?” ব্রিটলস্‌না খুম্মি। “নচিন থিরে নং।”

ব্রিটলসনা হায়রকই—“থংনিনে চিন থিরিবদি, জাইলস্।” অতোপ্পা নিপাদুনা মরৈ অদু তেমশিল্লে মানা হায় অশেংবা বা হায়রবদি, ঐখোয় পুম্নমক কিরে।”

*　　　*　　　*

সাইক্সনচিংবা হুরান্‌বশিংনা শগুন তৌরিবা য়ুম অদুগী খানসামানা ব্রিটলসনি অদুগা ব্রিটলনা “বয়” নত্রগা অঙাং ওইরিবা মীশাইনি। অঙাং ওইরিঙৈদগী হৌনা য়ুম অসিদা ব্রিটলস থবক তৌরকপনি; অদুবু হৌজিক চহি কুনথ্রা হেল্লবা ফাওনা অসিদম্ব মহাক্কী—‘বয়’ হায়না মমিং অসি কোকত্রি। অতোপ্প নিপা অমনা মপানগী মীনি, কোন-ক্ষোংপনি। মহাক অসি হুই অনিগা লোইননা শঙ্গোইদা হিপ্পনি।

মখোয অহুম অসি চেংনা লেঙ্গোম্নদুনা কিনা কিনা য়ুম পাংনা চল্লক্লে।

অসোমদা অয়ুক্কী অইংবা মুংশিং ফংদুনা জ্ঞান মাংলুরবা অলিভার অসুম অসুম জ্ঞান তারক্লে। কদাইদা লৈরিবনো, করি তৌরবনো অলিভার করিমতা খঙদে। তপ্না তপ্না হৌগৎলগা কপ্পি। তৌইগুম্বসুং হৌগত্তুনা কম্নবগী হোৎনবদা চৈনাখোম্না “ইমা” হায়দুনা অমুক জ্ঞান মাংদুনা তুগখ্রে।

ভাইহাক লৈরগা জ্ঞান তারক্লে মানা খঙলে মদুদি মালা অসিদা অসুম্মক তাদুনা লৈরবদি মক্ষমদুদা অদুম্মক শিবা তারে।

মরম অসিনা কয়া তোংনদুনা নালা অদুদগী হৌগত্তুনা মখোঙনা চংকে তৌই। মকোক ভাওয়ে, মখোঙ থক থক নিক্রে; অদুবু চংপা কয়া হোৎনরি।

খরা চংলগা মাংদা অচৌবা যুম অমা উরে। মফম অদুদা চংলগা মতেং নিগে হায়না মপুক্লিংদা লেপ্লে। অদুবু খোঙ্গান হেক কার্নশিল্লুবা মতমদাদ অলিভার খংপ্রেক খংলে; মরমদি ভরাং শগুন তৌরুবা চংলুবা যুম অদু মসিনি। অহানবা চেনগে খল্লি; অদুবু কদাইদনো চেনগদবা? নৈক্কবা পাঙ্গল শিজিন্নদুনা খোঙজাও ক্কাওবা চংশিন্দুনা খোঙগী খোঙনা নিকলুরে; অদুবু মশা চোকথ-মনখিবনা জ্ঞান মাংদুনা তুথখ্রে।

মতম অসিদা মিষ্টার জাইলস্, ব্রিটলস্ অমসুং কোন-কোৎপা নিপা অহুম অসি চা থক্ক থক্কদুনা ভরাং অহিংগী ৰাখিবা অদু তন্দোক্লম্মী। জাইলসনা যুমগী মানাইগরি; মরম অসিনা মহাক অসি অতৈ মীনাই মচাশিংগা কয়া পংতোং তোংনদে। অদুবু অশিবা, মৈহৌ-লাংপোক অমসুং হুয়ান-চিম্থিগী মতমদদি মীওইববু চপ মান্নবা তেম্মি। মরম অসিনা জাইলসনা ভসি লিথৎপগী মকু খোকতোক্লগা পুম্নমক্কা তিন্নদুনা ভরাং অহিংগী ৰারী লিরম্মী। যুমগী য়োকচবী অমসুং চাক-থাংবী অসিনা ময়া কাদুনা তারম্মী।

জাইলসনা হায়রম্মী—"অহিং নোংয়াই মতুং পুং অনিম্নোম তারম্লগনি। মতম অসিদা মখোন অমা তাদুনা হৌগৎলি। হানবদা মঙ ওইরবোই নিংলুই অমুকসু মখোন অমা তারে। মতম অসিদা কমুং মথক্কা হোগৎলগা কম্লে।"

"অতকপা মত্তৌনি।" চাক-থোংবীগা য়োকচবীগা অনি অদু জাইলসকী মনাক থরা নকশিন্না ফম্মি মিঃ জাইলসনা অমুকস্ন হায়রকই—"থল্লি, ব্রিটলস হোদোক্লগা মথক্তা কৌথৎকে নিংই। নত্রবদি তুম্লিন্তেদা হুরানবশিংনা হাৎত্তোক'পরমগনি—মাদি খঙহৌ-রোই; মরম অসিনা তপ্না তপ্না চৎলগা মতাকপু কৌথৎলুরে—'কিগন্নুম্ন' হায়বা শারুই।"

চাকথোংবী অদুনা চংলকই; "অদু নাবু থাম্না কিনা উব্রা?"

জাইলসনা খুম্মি; "এঃ কিদে। ব্রিটলসনা এগুম্না থোনা ফত্রদো।"

য়োকচবিনা হায়রকই; "ঐ ওইরবদি থুদক্তা কিমনখিদুনা শিরগদবনি।" ব্রিটলসনা হায়রকই; "নখোয়দি নুপীনিদনা।"

জাইলসনা হায়রকই; "তশেংবদি ব্রিটলস—নুপী অভাং-শিংগীদি মদু নত্তনা করি তৌনিংঙাই লৈবগে?"

মতম অসিমক্তদা থোঙগী থোঙনা থিংলকপদা জাইলসনচিংবা মী পুম্বা থংপ্রেক থংনরে। য়োকচবী অমসুং চাকথোংবী নুপী অনিদুস্ থোনফম থিনা লাওরক্রে।

জাইলসনা হায়রকই; "পোঙজাওদু কনানো অমা হাংদোকউ" অদুবু কনামত্তা হোগক্রে। কিবনা মমায় মকশিল্লবা ময়াম্ বু অমুক্তং চাওরাক্লা য়েংলগা জাইলসনা হায়রকই; "অস্নক ভম্না থোঙ নম্লিবসি কনানো? য়াম্না চিংনিংঙাইনি! ফরে, কনানো অমা পোঙ হাংদোকউ।"

অসি হায়রগা মহাক্না ব্রিটলসদা য়েংলকই ; অদুবু ব্রিটলসদি নাগী মায়থোংদা অসিগুম্বা ভাব অমা ফোংদোক্লম্মী মদুদি জাইলসনা মতোন্দা থবক অমগী ভার অদু পীনিংদে কোনফোৎপদুদ' য়েংই। কোনফোৎপদুদি তুমথখে। অদুগা মুপীশিংদুদি পল্লুদুনা কান্নদে।

ডাইহাক তুমিন লৈরগা জাইলসনা হায়রকই ; "ব্রিটলসনা কিরবদি ঐখোয সাক্ষী ওইননা মহাক্না চৎমিন্নবা যাই।"

তুমদুনা লৈরম্বা কোনফোংপা অদুস্ত খঙহৌদনা ফুক চৌগৎ-তুনা হাযরকই ; "ঐস্ত য়াই।"

মমৈথংদা মখোয় মযাম ইন্ন-কাপনদুনা গোঙজাও অদু হাংনবা তৌরে অলিভারবু উপদা জাইলসনা ইচক ঙক্না লাউরকই ; "মাই, অঙাংনিনে 'সিদি। অঙাং অসি মশক খঙব্রা ব্রিটলস ?"

অসি হায়রগা অলিভরবু মখোঙ শাম অমগুং মখুৎ নাম পায়রগা শ্রো শ্রো চিংদুনা লময়াইদা পাং তিংদুনা থম্লে। অদুদগী মুদগী মা অতৈশিং হৌনা কৌরক্লে ; "হে তাবোকবেম্মা, হো সনাইবেম্মা, হুরানবা ফারে। ঙরাং এন' লোংমৈনা কাপ্লদু হুরান-বসিনে।"

লৈশাবী মচা অমা সিড়ি মতোন্দা লেপলম্মী। মহাক্না হেক উবদা ডাক্তর কৌরুনবা ব্রিট্টলসবু থাখে।

হন্নুবী অমগা লৈশাবী অমগ মচ হি তরাতৎক-তরেৎ শুরবী অমগ: ময়ুক্কী চাগদনা খনা ৎরি লৈশাবী অদু য়ামনা কজে জাইলসনা সেবা চংলি।

হন্নুবীনা হংলকই ; "ব্রিটলস ১৫খিবা কয়া কুইরে ?" জাইলসনা ঘড়ি য়েংলগা হায়রকই ; "পুং অমগা মিনিট তরানিথোইনোম কারে ইমা ।"

হন্নুবীনা হায়রকই ; "এঃ কুইরেনা !"

জাইলসনা খুন্নকই ; ব্রিটলস হায়বা নিপামচা অসি মতম চুপ্পদা লেংঙম শাওমদে ।

নোকমি নোকনি তৌরদুনা নৈশাবী মচাদুনা হায়রকই : "নিপামচা অসিনা লম্বীদা মমান্নবগা শান্নদুনা নৈথোখ্রবদি ফত্তে ।"

নৈশাবী মচাদুগী মতৌ ঙমদুনা জাইলসস্থ মোমোন তৌগে খল্লিঙৈদা মশা মোইরবা নিপা অমা ইমুং মন্নুংদা কম্ন' চেনশিল্লক্লে অমস্তুং মানা হায়রকই ; "আঃ মিসেস মেইলি, ঙরাং অহিং হুরানবা চংই কায়রনা তাই । ঐঙোন্দা তাকপিরকত্রিবা করিগীনে' ? কয়াদা অকিবগী মশকনো ? অহিংদা হুরানবা চংবা ! আঃ মিস রোজ !"

হুরানবা হাযবসি তারিখ পুংজা লেপ্লগা চংবা ওইরমাল্লে । হায়না নিপা অসিনা খল্লি ।

নিপা অসি ডাক্তর লসবার্ননি ।

রোজ কৌবী নৈশাবী অসিনা থিন্দনা ডাক্তরবু অলিভারগী মনাক্তা থারে । অনাবদু ডাক্তরনা মতম য়াম্না চংনা য়েংলে অদুদগী মথাদা কুমথরক্লগা মিসেস মেইলী অমস্তুং মিস রোজ অনিবু কুদুনা অলিভারগী মনাক্তা অমুক চংলে ।

মখোঙ তপ্না থাংদুনা অলিভারগী মনাকতা চংলে। রোজনা অলিভারগী মনাক্তা চংশিল্লগা মশম মনা নামবি। মসিদা অলিভার মফিং পাংলক্তুনা মোমোন তৌরম্মী।

মিসেস মেইলীনা হায়রকই—"উম্—অসুক পিক্লিবা অঙাং অসিনা হুয়ানবা কাংবুদা যাওবা হৌনদে।"

ডাক্তরনা হায়রকই—"মপাম্তোংগী মায়থোং য়েংলগা মসুংগী রাখল খঙবা ঙমদে।"

রোজনা হায়রকই—"অদুবু অসুক অঙাং ওইরিবসিনা করম্না ..." ডাক্তরনা হায়রকই—"চহি-নৌবা অমসুং ফজবা হায়বসি পাপকী ফরবা মকোন্নি।"

রোজনা হায়রকই; "অঙাং অসি মমাগী নুংশিবা অদুগা য়ুমগী নুংঙাইবা ফংত্রমাল্লে। মীওৎ-মীচৈ খংবা ঙমদ্রদুনা মক্রগা চানিংঙাই লেত্রদুনা, গরি লৈত্রদুনা ফত্তবা শঙ্গদা তিল্লম্বা য়াই। অমবু ওইরবসু, ইন্দোনবেম্মা, অঙাং অসি জেন্দা থমবিগনু—অঙাং অসিবু থৌজানবীয়ু।"

অঙাং ওইরিবা অঙাংগী শকফম উবদা রোজগুম্না মিসেস মেইলীগী থম্মোয় পেৎখ্রে। মরম অসিনা রোজনা হায়জরকপগা মপা চানা মিসেস মেইলীনা অলিভারবু কনবীগে হায়বসি য়ারে। মরম অসিনা মিসেস মেইলীনা ডাক্তরগা যা তান্নরে।

ফনা কুহনা থল্লবা তুংদা ডাক্তরনা হায়রকই; "অঙাং অসি কমবা য়াগনি। অদুবু অহানবদা ব্রিটলস অমসুং জাইলস অসি অসি থমকা তৌদুনা তুমিন লৈহনবা ঙাই। মাসগীদমক মিসেস

মেইলীনা মখোয়দা বকশিল থরা পিবিবা য়াই। এমা হায়না থবক থরস্থ পায়থচরবনি। অলিভারগী ফিভম অসি য়াম্না খুদোং থিরি হাযদুনা কনষ্টেবলবু থামদুনা থমহৌরি—অভাং অলিগা উন্নহন্দ্রি।”

মিসেস মেইলী অমস্থং য়োজ অনিনা ডাক্তরগী বা অদুগী মতুং ইম্না থবক চথবা য়ারে।

চাকশঙদা জাইলসনা সভা অমগী সভাপতি ওইরম্মী। কোনফোংপা, চাক-থোংবী অমস্থং য়োকচবী মী অহুম অসিগী মমাংদা ব্রিটলসনা মাগী অঙকপা থোংগী বা়রী লিরম্মী। কনষ্টেবলস্থ মসিগী ভাবক অমা ওইরম্মী। মতম অসিদা ডাক্তর লসবার্ন মফমদুদা চংলক্লে।

বা অমা অনি ভাংনরনা তুংদা ডাক্তরনা হায়রকই- “জাইলস নং ভুল তৌরমাল্লে হায়না নিংই ফরে, নং ধর্ম্ম শাস্ত্রদা থাজেদ্দমা?”

—“করি থাজদনি।” জাইলসনা খুম্মি।

– “অদুগা ব্রিটলস নংদি?”

—“লেপ্ন থাজে। মিঃ জাইলসনা থাজরিবা পোৎ অদু ঐস্থ থাজে।”—ব্রিটলসনা হায়রকই।

ডাক্তরনা মতম অসিদা ধমকা তৌদুনা হায়রকই—“ফরে, নখোয় বাংশকপা ভমত্রা য়ুম অসিদা নৈরিবা অঙাং অসি ভয়াং অহিং শগুন তৌরকপদা চংলকপা অঙাংদুনি হায়বসি নখোয় বাশক তুনা হায়বা ভমত্রা? নিংশিংউ, মখোয়গী আন্দাজ অদু

শোইরবদি ঈশ্বরনা যমগী দূত থারক্কুনা মখোযবু নশম পায়রনি। কনষ্টেবল, মখোয়গী জবান অদু ইশিল্লু।”

জাইলসগা ব্রিটলসগদি মহৈ মহৈ ওনশিন্নদুনা য়েংনদুনা লৈরে। তাল্লক অসিদা থোঙজাওদা থোঙনা খিংলক্রে। পুলিস অফিসার লাক্লে।

পুলিস আফসার ব্রাদার্স অমসুং মাগী মতেং পাংবা ডাককী মকমদা ডাক্তর লসবার্ননা যাম্না ইংনা তপ্না বারী পুম্নমক নীরে।

পুলিস অফিসারনা হায়রকই—“মসি লাঙ্গোলগী থবক নত্তে, করি হায়বগে ডাক ?”

ডাক্তরনা হায়রকই—“লাঙ্গোল হায়বসি লোৱাই থোৱাইগী অর্থদা শিজিন্নবা ওইরবদি অওইবমক য়াম্না চুম্না হায়রবিরি মসি লোৱাই থোৱাইগী থবক নত্তে।”

অদুদগী ব্রাদার্সনা হংলকই—“করে, মীনাইশিংনা ফাবা অঙাং অসিগী মরমদা হায়রম্বদু.... .”

লসবার্ননা খুমলম্মী—এঃ বারেম্নি। থককতুনা পংঙাংদা ঙাং-লিবনি। হুয়ানবগী থবক অসিগা অঙাং অসিগা মরী লৈমদে।

লসবার্নগী বা তায়রবসু দারোগানা অমুক্কং চপতুনা মচিম য়াম্না হংনিংলি। দারোগানা হায়রকই—“অঙাং অদু কমানো ? কদাইদগী লাকপনো ? মা শোইদনমক আকাশতগী তায়কপদি ওইরোই।”

ডাক্তর লসবার্ননা পুলিস অফিসারদা খঙহল্লি মদুদি অঙাং অদু শিব-চংবা মকম খঙদনা লৈরি। ডাক্তর অমা ওইনা কঙাং

অদুবু ৱাহং পাওখুম খুম্মু হায়বসি হায়বা ওয়োই। মাগী মচিন লৌবসিদি খর থিন্নবা তারি।"

ৱ' অসি তাৱগা মীনাইশিংবু হান্না চপ্পুনা হংলগা হুরানবদু কদোমদগী লাকপগে হায়বদু খঙদোক্কে হায়না পুলিস অফিসারনা খল্লে।

ডাক্তর লসবার্ননা ধমকা তৌরম্বদুদা জাইলস অমসুং ব্রিটলসদি অসি য়েৌনা পাখৎখ্রে মদুদি পুলিসনা হংবা ৱাহংশিংদু শেরাম তুরামনা থুম্লে। মরম অসিনা অলিভারবু পুলিসনা চিংমরম্বদু অস্নম অস্নম খর কোকখি।

মীনাইশিংগী মচিন হংবা লোইরগা ডাক্তর লসবার্ননা পুলিস শিংবু পেন্না য়ু পীথক্লে। মতম অসিদা পুলিসনা অলিভারবু চিংনরম্বা কোকখ্রে। পুলিসশিংনা মখোয মশেন খন্নরম্মী—হন্দকী থবক অসি কনানা ওইরম্বা য'বগে হাযবগী মরীদা খন্নর ী। অফি-সারনা হায়: "অসি কে'ঙ্কি চীকউইডকী থবক ওইরম্বা য়াই।"

ডাকনা হায়রকই; নত্তে, মসি যুমজাওমচাগী থবক্নি।"

চৎলমদাইদা পুলিসশিংনা অলিভারগী মশক য়েংখিদি হায়ববু ডাক্তরগী ৱা মতুং ইন্না কম্বিগুম্বা ৱাহং অমতা তৌরমদে চৎলম-দাইদা ৱা অসিমদি হায়রম্মী মদুদি অলিভার ফয়ক্লবা মতমদা কোর্টতা অমুক হাজির ওইবা তাই। মহাক হাজির ওইরম্নবগী দমক মিসেস মেইলী অমসুং ডাক্তর লসবার্ননা জামিন যাগদবনি। ডাক্তর অমসুং মেইলীনা ডাক্তরগী প্রস্তাব অসিদা য়ারে। অদুদগী পুলিসশিংনা চৎলমদাইদা মখোয় অমমমদ গিনি অমমম্ লসবার্ননা পীরে।

অলিভার য়্যাম্না কন্না নাই, অতুনা ফরকপস্ত মতম য়্যামনা কুইনা চংই। চযোল কযামুক্কী মতুংদা থরা ফয়রুবা মতুংদা মানু চংক্ষম পীরিবা মবেম্মশিংদা তৌবিমল খঙবা উৎলি। অলিভারনা মহাক্কী পুন্সি য়ারী অদু মবেম্মশিংদা লীরে। অদুদগী মখুৎ অনি লোয়রুনা অলিভারনা হায়রকই; "করিনো তৌ হাযবা থবক অদু হয়াওনা তৌজগে। ঐবু শন্বাদকুন্দ হুন্দোকপীগনু।"

অলিভারগী খম্মোই শোকপা য়ারী অসি ভাবদা ব্রোজগী থম্মোই পুবা য়াদ্রে। ব্রোজনা অলিভারগী অবাবা কোকুবা হায়-রকই, "ঐখোয়গী দমঙ্গা নগাক্ক থোইনা য়ারুগদবা অমসুং মোম-লিকদবা করিস্ত লৈতে নংনা তম্বা নংগী অবাবা পুন্সি অদো মতুদগী ইন্দোন্না নংবু কনবসিদা ঐ যাম্না নুংঙাইরে। ইন্দোন্না মতিক চাদবা মীদা নুংশিরুবা নত্তে হাযবসি তশেংনা খঙবা ভয়বদি মতুদা ঐনা কযা যাম্না হয়াওগদগে হায়বদু নহাক য়াখন্না ফাওবা লাম্বা ফংলোই।"

য়ারী অসুম তৌবদা অলিভার অসি ব্রাউনলোগা য়ামনা উনমিংই হায়বাস খঙবা ঙম্লে। মরমদি অহন ওইরবা ভদ্রলোক অদুনা অলিভারবু হুরানবা জুবারনি হায়না চিংনরম্বা য়াই।

থরা খিজুং ফররুগা অমসুং মশা থরা কল্লগা ব্রাউনলোগা উনবা য়াগনি হায়না ব্রোজনা অলিভারবু শেমজিল্লি। নুমিৎ থরগী তুংদা অলিভার অসি চথোক খোজোপা ঙমলে। মতম অসিদা নোংমা অলিভারনা মিসেস মেইলী শগোল গাড়ীদা ডাক্তর লসবার্নগা লোইননা মিঃ ব্রাউনলো থিবা থোরকলে।

মঙ্কম য়োরগা অলিভার মিঃ ব্রাউনলোগী য়ুম খঙদ্রে। য়াম্না হং- খোংলবা ভুংদা ব্রাউনলোগী ময়ুম ফংলে। অদুবু অবাবনি! ব্রাউনলোনা য়ুমগী মাঙ্গোন্দা সাইনবোর্ড থেংলম্লে; "ভাড়াদা শাল্লি।"

অসিদগী ডাক্তর লসবার্নিনা তাকপা মতুং ইন্না য়ুমথংমবদা হংলুবদগী মপোং-মচৈ খোং খোংপা যে'ংস্নোক্লগা মিঃ ব্রাউনলো ওয়েষ্ট ইণ্ডিজদা হোংখ্রে হায়বা পাও ফংলে। ব্র'উনলোনা মাগী সুপী অমসুং মরূপ অমসু পুখি হায়বগী পা'ওসু ফংলে।

অলিভার পম্মোই শোক্লা নিংবা কাইরে নাহিঁবৈ মতমদা কমুংদা হিপ্পা হিপ্পা মগাক্লা খল্লি মিঃ ব্রাউনলো অমসুং মিসেস বেডুইন্না মহাকপু অমুক উবা ফংবদা য়াম্না হরাওজগনি। মমৈ- থংদা লাইব্রিক য়োনবা দুকান্দার অদুগী মনাক্তা চংলগা ঈ পাও লোবা চংলুনবগী ব্রা হায়রুবদা ডাক্তর লসবার্নিনা হায়রকই; "অমুক য়াম্না আশা তৌনা কোইথি থিরুরে; অদুবু ফংলকদ্রে। তৌজিকপু অমুক থিরুবগী করি কান্নগদগে? লাইব্রিক য়োনবা দুকান্দার থিরুবদা শিগ্রে মল্লগা মশাগী ময়ুম অদু মশানা মৈ থাদোখম্রে মত্রগা চেনখ্রে অসিনচিংবা অমুক হায়রকনি মস্তে, কান্নদে, য়ুমদা চংলসি।"

উপায় লৈত্রবা অলিভার অসি য়ুমদা হনবা ভাবুনা হল্লক্লে। মতম অসিদা মগাকী মবুক মনুংদ' লৈ'রবা বাথল অদু অন্তর্য্যামী ঈশ্বরতনা খঙবা ওম্মী।

থা মখাই অমম্বোম লৈরগা মিসেস মেত্রলীনা রোজ অমস্তুং অলিভার পুরগা খুঙ্গংগী য়ুমদা লৈরুনবা চৎলি।

মফম অসিদা লাকপদ' অলিভ'র মথৱাই য়াম্না নুংঙাংরে। অশেংবা নুংশিৎ, অশংব নাপী-শিংবীনা কুপ্পবা চাংদ্রুম মচাশিং যেংখি যেংখিবদা মাইগৈ নবীদ মশংবা অমস্তুং অঙ্গংবা ঙাক্তা উবদা মমিত্তুগী মাযাগী কুযোম কেনখ্রে। অনকপদ যংনদা নিংথিজরবা গিৰ্জ্জা মচ অমা লৈ, গিৰ্জ্জ কংশিগী অকোইবদা মে 'ফম কয়ামরুম্ চাইনা লৈরি। অলিভারনা মোংফম ময়াদা বোইনা কোইনা চৎলি অমস্তুং মমাগী ৱা নিংশিংলুরগা মানস্তুগ ঈৱ শিংখ্রে

মফম্ অসিদা অলিভারন যাম্না শান্তি ওইনা মতম লেপ্লে। নিত্তিগী অয়ুক্তা যাম্না জ্ঞান লৈবা অহল অমদা লাইরিক তম্বা হেক হেক চৎলি। নুমিদাংৱাংৱনদন মিসেস নংগী অমস্তুং রোজগা লোইননা হৱা চাক বোংখোংগ। নুপী অনি অসিন তোঙান তোঙানবা লাইরিকী মৱমদা ৱারা শাহ অলিভারনা মতু পূম্নমক পূক্নিং চংনা তাহ। কার করিগুম্বা মতমদনা উখোংদা ফমদুনা নুমিৎ তাদ্রিং-ফাওবা রোজনা লাইরিক পা দু তাদুনা লৈ। মসিগী মরক্তা মখোযনা লৈ হেকলুচো তাযনা পাখোন শিরক্রবদি অলি-ভারনা হরাও হরাওনা কুক হৈগকুনা লৈ হেকই। য়'চংনা মতুংদা য়ুমদা হল্লকই। রোজনা পিযামো খোংদুনা মখোন নুংশিনা ঈশৈ শকই—অলিভার পূমশুম শুদ্ধৎতুনা রোজগী ঈশ তাই।

থৃাইদগী নুংঙাইরদি নোংমাইক্তিং নুমিৎ অসিনি। থুনগী মীপুম খুদিংমক লাকুনা অয়ুক্তগী হৌনা গিৰ্জ্জগী লাংনিং সভাদা

পূল্লে। মখোয়শিং অসি লাইরররবস্থ থরাই য়াওনা ময়ামগা লোইমনা লাইশোন ঈশৈ শকমিন্নে।

অলিভারদি থবক য়াম্না চিল্লি। মাগী থবক্কী অয়োইবা লৈতে য়ুমগী লৈতেংনবা লৈ-শু হেকপা, মেইলীগী অয়োকপা উচেকশিংগী.........., থুনগী অভাংশিংগা লোইননা ক্রিকেট শান্নবা, অদুদগী থঙন-চান্নবশিংগী দমক্তা খাটানচিংবা থুম্পিবা অসিনচিংবা থবকশিংসি অলিভারনা য়াম্না হরাওনা তৌই।

অস্থম তোনা থা অহুম লৈরক্লে। অলিভার অসি ইমুং অসিগী মী অমা হায়বদু চান্নবা ওহরে। মহাক্কী বাভাং শাভাং অমস্থং ব্যবহার আসদা নভাক অসি মপান্দগী লাকপনি অমস্থং মীতোপ্পি হাযবসি কাওনখ্রে।

বসন্ত চংলক্লম্লগা অমুক তৌখ্রে। কালেন থা যৌরে। খুঙ্গং অদু হান্নদগী অমুক্কা হেন্না ফজরে, অমুক্কা হেন্না খোইথুম্লরে।

নোংমা মুংথিল অমা য়াম্না শাই। অহিংদি মুংশিংনা লিরি লিরি হুম্লদুনা যাম্না মুংভাইরে অমস্থং নিংথিজরে। মিসেস মেইলী, রোজ অমস্থং অলিভার অহুম অসি মপান্দা কোইথোকলুবদগী য়ুমদা হল্লক্লে। রোজনা পিযানোগী মমাংদা ফম্লগা মঙলান্দা ভোবগুম পিয়ানো খোংলম্বদগী থংলেপ লেপ্তুনা ওঃ খোংনা কপলক্লে।

মিসেস মেইলীনা ইঙক ঙক্লদুনা রোজদা য়েংলুবদা রোজ অসি মশা ঙমদ্রে হায়বা খঙলে। রোজনস্থ মশা ঙমদ্রে হায়না হায়রে। অদুগী পিয়ানো খোংবা থিংদুনা মেইলীনা রোজবু তুমহল্লে।

য়োজ মপা ভমদবসিদা মিসেস মেইলীদা নত্তনা অলিভারস্থ য়াম্না লাংতক্লরে।

ভাইহাক লৈরগা মিসেস মেইলীনা অলিভারদা চিঠি অমা পীরগা হায়রকই—"অলিভার" হৌজিক চিন্তা তৌদুনা লৈবনা করিমতা কান্নরোই। চিঠি অসি ডাক্তর লসবার্নদা য়াম্না থুমা পীরুবা ভারে। মসিদগী মাইল মরিরোম লাপ্পদা কৈথেল ওইনা তৌবা সহর অমা লৈবনি। মফম অদুদা মীথুংফম শঙ অমা লৈবনি। মফম অদুগী মীশিংদ চিঠি অসি পীরবদি মখোয়না শগোল-গাড়ীদা চত্তুনা শোইদনা ডাক্তর লসবার্নদা য়৷ৌহনগদনি। নংনা থবক অসি নিংথিনা পাংথোক্লগনি হায়না নিংজৈ।"

অলিভার করিমতা খুমদে; অদুবু চিঠি পুদুনা প্রপ প্রপ মপান থোক্লিংবগী আশা অদুদি মহাক্কী মায়থোংদা নিংথিনা ফোংদোক্লে।

মিসেস মেইলী মথুক্তা চিঠি অমস্থ লৈরম্মী। চিঠি অদুগী খাম মথক্তা হ্যারী মেইলীগী মমিং ইরম্মী। হয়েং ফাওবগী মনুংদা য়োজগী ফিভম করিনো খঙদ্রিবা ফাওবা চিঠি অসি থাখিরোই হায়না মেইলীনা হায়।

চিঠিগা খরচ ওইনা খরগা পুদুনা অলিভার থোরক্লে। মহাক মনিং তম্না মখোঙ য়াংনা চৎলে, অদুদগী লৌবুক লক্কাং কয়া লাম্বোক্তুনা চৎলবা তুংদা মমৈদা "জর্জ্জ" কোবা মীথুংফম শঙ অমদা থুংলুরে। মফমদুদা লৈরম্রিবা মীশিংদা য়াম্না হায়জ-চঞ্চদুনা ডাক পুবা শগোলগাড়ী অমদা ডাক্তর লসবার্ন য়োনবা চিঠি অদু থাখে।

অদক অসি নিংথিনা পাংথোকপসিদা হয়াওমনখ্রবা মশা যাংবা উচেক্সুনা পাইশিন্নকপদা খোঙ মন্নুংদগী থোরকপা অবাংবা নিপা অমগ লেঙ্গাইনরে। অলিভারমা প্রপ প্রপ চৌগত্তুনা ঙাক-পিয়ু হায়না হায়ক্লে।

নিপা অদুনা নাওরকই—"এঃ এঃ করম্বা ভূতনো! অশিবা! মোংফমদগী চৌগত্তুনা লাক্লগা এঙোন্দা যেৎলমি হায়বসি করানা লাম্বা ফংগদগে?" অসি হায়রগা ময়া ক্রক ক্রক চিক্তুনা থুহুম শিংদুনা অলিভাররোমদা পাইশিল্লকপদা লেমখাংদ বাস্থদুনা ভুখ্রে। মশা অদু লিংথম্ম মথেক মথেক কোনশিল্লে অমস্তুং মচিন্দা কোঙ্গোন কারে।

অলিভারনা শঙ অদুদগী ময়া কোদ্রুন বাস্তরিনদুবু লাক্লহল-লমলে অদুগা নিপা অগী মঙুং মত্তৌ অদু য়েংবদা যাম্না ঙক্লা ঙক্লা ময়ুমলোনদা খোঙশাল্লক্লে।

য়ুম থৌরগ রোক অসি অনাবা তেঞ্জিল্লে হায়না তারে।

ডাক্তর লসবর্ন মুমিং অসিগী অতিং অথেংবদা থুংলরে। রোজবু মৃনা য়েংলগ অনাবসি লুহ—. তিংনবগী আশা অসি য়াম্না বাংল, হাদাক পীজদুনা ভুম্মাল্লি. ভুম্বা চৌগৎলকপদা মাগী অরোইবা ওইবা অমা নত্রগা অস্তুম থরকপা অমা ওইবা য়াই হায়না ডাক্তরনা হায়রে।

ডাক্তরগী বা অসি তাদ মিসেস মেইলী অমস্তুং অলিভার অনি অসি বা মচে অনতা ঙাংদনা মুংনংনদুনা মচি মচিদা চাদ থক্তুনা লৈখ্রে।

মথংগী নুমিৎকী সন্ধ্যা য়াচংবা অদুবাইদা মপান্দা মী লাকপগী মখোন অমা তারে। অনিমক চেন্থোকতুনা থোঙ হাংদোক্লে,রে। ডাক্তর লসবার্ন ইমুংদা চংলক্লে।

য়াম্না খোৗরাংনা মিসেস মেইলীনা হংলকই: "রোজ করম তৌরবগে? হায়ু—রোজ করম তৌরবগে?"

ডাক্তর লসবার্ননা মিসেস মেইলীবু তপথহল্লগা হায়রকই—তপথবিয়ু ঈশ্বরগী থৌজান মপান নাইদে রোজ মতম কুইনা ঈশ্বরগী সেব তৌরগনি।"

ডাক্তরগী ম ংন্দা মখোয় অনিমক ভমখৈ লৈতনা হরাওরে।

*  *  *  *

নুমিদাংবা হরম গুইশিল্লক্লে। মতম অসিদা রোজগী কমুং শেমশানব অলিভার লৈ হেক্লগা ময়ুম মাইগে পাংলকই। মতম অসিদা অচেনবা শগোল গাড়ী অমা মাগী মপাদা খংলেপ লেপ্লম্মী। গাড়ী মনুংদগী লিপা অমা থৌনা কৌরকই; "অলিভার, কমদৌরে? —মিস রোজ কমদৌরে?"

রোজগী মমিং তাবদা গাড়ী মনাক্তা প্রেপ প্রেপ চংশিন্দুনা অলিভারনা খুম্মকই: "কনানো; জাইলসরা?"

জাইলসনা করিনো অমা হায়গদবগী তৌরিভেদা পাখং মচা অমা জাইলসবু ইন্থোকতুনা মমাংদা থোয়রক্লগা হংলকই—"মাহৈ অমতংনা খুম্মু—ফরব্রা ফাত্রিবরা?"

অলিভারনা প্রেপ প্রেপ খুম্মি: "ফরে—য়াম্না ফবে।"

—"ঈশ্বরগী জয়নি!" পাখং অদু হরাওবনা মথুম মরাং হৌরে।

"শোইদ্রেকো অভাং ? ঐবু ঠক তৌবদি নত্তেকো ?"

অলিভারনা খুম্মি ; "নত্তে, স্যার, অচুম্বনি -ডাক্তরনা মিস রোজ য়াম্না পুন্সিখিনি হায় ।"

পাখং অদুনা জাইলসতা হায়, "মং গাড়ী তোংলগা হান্না চংখংলম্মো, ইমাদা পাও পীরুরো । ঐদি খোঙনা তপ্না তপ্না অমুক্তা অম্বাবা হন্দোকপা ওইনা অস্নুম্মক যৌরক্লগে"

জাইলসনা হায়রকই-"ভাকপিয়, মিষ্টর হ্যারী । পাও পীবগী থৌদাং অদু গাড়ীবালাদা পীবিয় । ফিজেৎ অসিদা ঐ চৎনিংদ্রে ।"

হ্যারীনা মোমোন নোক্তুনা হায়রকই- "ফরে, অদুবু মংগী ভুম্বদা উপনবা টুপী অদু হোংদোকত্রবদি মীনা গৈখোয়বু অভাওবনি হায়না খনবা তারে ।"

জাইলসনা মাগী টুপী অদু প্রপ প্রপ হোংলে । অদুদগী গাড়ীবালা অদু পৌগৎখিনবা হায়রগা মখোয় অছুম তপ্না তপ্না মখোঙনা চৎলে ।

মিসেস মেইলীবু হেক উবদা হ্যারীনা হায়রকই—ঐভোন্দা হান্না চিঠি পীরকত্রিবা করিগীনো, ইমা ?"

মিসেস মেইলীনা খুম্নকই—"পীগে খনবনি— অদুবু ডাক্তর লসবার্নগী অরেপ্পা বা অম তাদ্রবদি ফত্রে হায়দুনা তৌবনি ”

ডাক্তর লসবার্নস্থু ইমুংদা লৈরম্মী । লসবার্ননা হ্যারীগা খুৎ শোক্নরগা অনাবগী পাও পুম্নমক তম্লে । অদুদগী ডাক্তরনা জাইলসদা হায়রকই—"কমদৌবা জাইলস, মরক অসিদা কনাগুম্ববু গুলি-নকা কাপ্লেদনা ?"

জাইলস ইকাইরপ তৌনা খুম্মকই—"কাপ্তে, থোক্টদোকপা কনাবুম্থ কাপ্পুবা লৈত্তে।"

—"হুয়ান চিঙ্গিস্থ কা-লাক্কেদনা?"

—"ফাদে, স্যার।"

—"তাবদা য়াম্না অয়াবগী মশক্তি; ময়মদি নংদি হুয়ানবা কাবা য়াম্না হৈবনি ফয়ে ব্রিটলসদি করম তৌরি?"

—"অভাং অদু মুংভাইরি। অভাং অভুনা ইবুঙোবু খুক্লম-জয়ক্লি।"

—"ফয়ে, ফয়ে। তাও, সোমদা নংগী পাও অমা লৈরে জাইলস্", অসি হায়রগা লসবার্ননা জাইলসবু কাচিন অমদা পুশিনখ্রগা চিবোন চিবোন বা থরা লোম্না ভাংনরে। অদুদগী জাইলসনা চাকথুমলোমদা চেনশিনখ্রগা মীমাই মীশন পূম্নমক কৌরগা পীজ-পীথক্লে। মহাক্নগী হুয়ামবা চংলকপদা জাইলসনা য়াম্না থৌনা ফবগী মতৌ উৎখিবগী দমক য়ুমগী মবেম্মনা পেল্ল-ভুনা মভোন্দা পাউণ্ড কুনমঙাগী বকশিস পীবিরে হায়বসি জাই-লসনা ময়ামদা খঙহল্লে।

*  *  *

মথংগী নুমিত্তগী নিতিগী অলিভারনা য়োজগী ফমুং লৈত্তেংগী দমক লৈ হেকপা চৎলি। হ্যারী মেইলীস্থ মাপা লোইননা চৎলি। য়োজ তপ্পা তপ্পা হৌগৎ-কাংখৎপা ভুম্নক্লে।

হন্দকমরক অসি অলিভারগী থবক কয়া লৈত্তবমা লাইরিক লাইশু য়াম্না পুক্লিং চংমা পারে। মসিদা মহাক অসি য়োনা থুনা

চাউথংলে মদুদি মহাক মশামকন্থ মচাক্কী লাইব্রিক হৈবগী খোঙচৎ অসিদা পুমঙক ঙকখ্রে।

নোংমা সন্ধ্যা যাচংবদা মিহুথ্বোং ময়াদা ফমদুনা লাইব্রিক অস্থম পাবদগী হেক উত্থখ্রে উইনা উইনা অলিভারনা মঙ অমা মঙবগুম তৌই। মঙ অদুদা মহাক অসি ফাওনী নকোন্দা অমুক লৈরে হায়না তৌরম্মী। মাগী মমংদা ফাগনগ শপা ক্বগা কম্বগুম তৌই। নিপা অদুদি মীনা মশাক শংগোন যগা মচা-গুম মমায় লৈখোকই। ফাগিন্না ভাগগুম তৌ গন্না অতোপ্পা নিপাদুনা হায়বগুম তৌই "ভুংশৈরেবু, অদু অদুনি। চংশিল-লকউ।" অতোপ্পা নিপাদুনা হুম্মকপগুন তৌই—"উম, মানি! ঐ মাবু খক লাল্লরোই। ভূত কাংবু অমনা মাগী মশক লৌদুনা লৈরবা, অদুগ অলিভারনা মরক অদুদা চংখ্রব অদু ফাওবদা ঐনা অশেংবা অলিভারদুবু খন্দোকপা ঙমগনি। ফুট যাৎথে লুনা অলিভারবু ফুমজিল্লনা ফাওবদা মুমজিনবা মফমদু খুদম লেপ্ত্র-ফাও মফমসিদা অলিভার যম্মি হায়বাসি ঐ হেক্তা খঙনি।"

যাহৈশিংগসি নিপা অসিনা অসিগুম্ব কল্লক-যেংথবগা লোইনন। হায়রম্মী মদুদি অলিভার অসি খংপ্রেক খংদুনা মিকপ থোক্লে। অলিভারনা কমুং মথক্তা ফম্মি। মচাক্ক থাগৈশেংনমক উরে মদুদি মী অনিথক মিহুথ্বোং মযাদগী শ্বাঃ মাংখ্রে গবোম্বাগী নিহুন তিং তিং চোংলে, বা ভাংবা থোকত্রে মিহুথ্বোং অসিদনি—মিহুৎ অসিগী মযাদনি—যাম্না নকই খুৎ তিংগোক্লবদি শোকপা ফংগনি। অলিভারনা তশেংনা উরে। মদুদি ফাগিন্না মুন্না মুন্না

মাথু য়েংলি। অদুগা নাকন্দা লেপ্পিবা নিপাদুনা মীথুংকম শঙদা হাম্বহৌবা নিপাদুনি।

মিংকুপ্পা অমতনি। মিংকুপ অদুগী মতুংদা মখোয় শ্বায় মাংখি! অদুবু মিংকুপ অসিগী মনুংদা মখোয় মাবু শক খঙখ্রে, অদুগা মামস্থু মখোয়বু খঙহৌরে। অলিভার চমম্লদুনা জ্ঞান মাংলে, অদুদগী মিন্থখোংলোমদা চেম্না চেম্না কোইরাও লাওরে।

অলিভারগী খোল্লাও তাবদা ধুমগী মা চেন্থে ক্লরক্লে। হ্যারী, মেইলীনা চৈতুপ অমা পায়রগা চেন্থোরক্লুনা "কদোম চেনখ্রে?" হায়রনা হংলরে।

অলিভারনা হায়রকই—"অসোমদা চেনখ্রে।"

—"অদু ওইরবদি খোংবান মনুংদা লুমদুনা লৈরমগনি ঐগী তুং ভল্লিবমখৈ কম্না ইন্নরকউ।" অসি হায়রগা হ্যারীনা শস্বম ফম চোংদুনা তেনজৈমুক য়াংনা তান্নখ্রে জাইন্স অমস্থুং ডাক্তর লসবার্নস্থু তান্নবা য়াওরে।

অদুবু পূন্নমক শরেম্বা ওইরে। অকোইবদা কনামতা লৈবা উদ্রে হ্যারীনা হায়রকই -"নং মঙ মঙলে, অলিভার।"

অলিভারনা মতু চুংনা হায়রকই—"নত্তে, নত্তে, মঙ নত্তে— ঐ তশেংনা উই মী অনিথক উই।"

—মী অনিদুদি কনানো? হ্যারীগা লসবার্নগনা চপ মান্নবা হংলকই।

—"অমনা ফাগিল্লি, অমনা ঐবু ফুগে চেনশিল্লকপদা থাম্বদুনা চুহৌবা নিপাদুনি।"

বা অসি তাবদা হ্যারীনা অলিভার পুন্নমা মীথুংকম শঙ অদু তাম্না চৎলে অমসুং হায়রিবা নিপা অনি অদু কোইথি থিরে। অদুবু নিপা অনি অদু থিবা ফংদ্রে।

অসোমদনা রোজ অসি মশা য়াম্না থুনা হক্সংলক্রে। মসিদা পরিবারগী মী পুম্নমক ছরাওনা মথুম মরাং হৌরে। রোজনা অলিভারবু খক মিৎয়েংগী কারল লাম্থোকহন্দে মরক মরক্তা রোজ অসি বাখল য়াম্না লুনা খল্লি। অলিভারবু লোম্না য়েংলগা মমিত্তগী মপী তৈথোকই।

মুমিৎ খরগী তুংদা নোংমা অমুক অমদা হ্যারীনা রোজবু লুহোংনিংবগী বা হায়রে। অদুবু রোজনা য়ানিংদে অমসুং হায়রকই—"ঐদি উপায় লৈত্রবীনি, কনামত্তা লৈজদবীনি। অসিগী মথক্তা ঐগী পুন্সি অসিদি লৈখ্য তারবনি। ঐনা নংগা লুহোংলগা নংগী পুন্সিদা তিংখং অমা ওইনিংদে। অসিগুম্বা বদনাম লৈহুনম্ব তশেংবদি ঐ থোইনা লাজ্জদনা লৈ। অদুম ওইনমক ঐনা কনাগুম্বা অমবু বদনাম অসিগা মরী লৈনবা পামদে। অদুগা বা অমমা ঐগা হায়ফেৎ মান্নবা ফিভমদা লৈরম্লবদি থোইনা খল্লোক্তদবনি অদুবু ঐগোন্দগী য়াম্না হেনবা থাক্তা লৈখিবনা ঐনা নহাক্না লুহোংলগা মীনা ঐবু লনথুন অমসুং মিংচৎ পামদুনা তৌরিবনি হায়নগনি।"

হ্যারীনা রোজগী বাঙা অসি তারগা মথা চৎথনা খুম্বা ঙমদ্রে। অরোইবদা হ্যারীনা রোজদা মসিমা হায়রম্মী মদুদি চহি অমগী মতুংদা বাকম অসি রোজদা অমুক হায়গনি। চহি অসিমগী মতুংদা রোজনা য়াম্না মুম্না খনবিনবা হ্যারীনা হায়রম্মী।

লমজা লোইশঙগী বৈঠকখানাদা মিঃ বাম্বল ফমদুনা লৈরম্মী। মাগী মনিং অনি অদু ফুঙ্গাগী মৈদা মুম্না য়েংলি। মমায়দা অষাবগী মমা ত্তারি—বাম্বল অসি মাগী হৌখিবা পুন্সিগী মরমদা ষাখল খল্লিমাল্লে।

মাগী ফীজেৎ চাকশেৎ য়াম্না হোংলে. লমজালোইশঙ পাম্নবগী ফিজোন অয়াংবা কোট অদু লিত্রে। হৌজিক মহাক লমজালোইশঙ পাম্নদ্রে। মিসেস কনি লুহোংলবা মতুংদা মহাক অসি আশ্রমগী মপু অশুপ্পা ওইরে, অদুগা পাম্নবগী থবক অদুনা অষৈ অত্তোপ্পা অমনা তৌখ্রে।

মুংশাস্বর মপী তোন্দুনা মিঃ বাইবলনা হায়্নরকই—"হয়েংদি থা অনি পুন্না ফারনি। যুগ অমা তৌখিবগুম শাংই। ঐসি খল্লুবদা ঙকই—চামচ ত্তকক ক্নপাগী কপ অনি, শঙ্গোম হাপ্নবা পট অনি অমনবা পোৎচৈ খর অমস্তং পাউণ্ড কুনগীদমক্তা ঐসি ইতোমতা য়োম্লোকচম্বে। ও ওম্লোক্না হোংমা য়োম্লোকখ্রেদা উফুল-ব্রাইফুলমুক হোংমা।"

"হোংবা।" ভুংলোমদগী অয়াকপা খোঙ্গেন অমমা লাওয়রকই, "অংবু লৈরিবা মমল অদো য়ামলবস্ম য়ামদ্রবস্মু মমল অদুনা নংত্তোন্দগী হেল্লি !"

হম্না য়েংলুবদা মাগী নোনা লুহোংলুবী মুপী অদু লেপতুনা লৈবা উই। বামবলনা মাগী মহোশাগী অকনবা খোনকম্না লাও-রকই—"কনানো, করি ত্তোরে ?"

মিঃ বামবলগী মিৎয়েং-নায়েং উবদা আশ্রমগী মী পুম্নমক কিবমা

তয়ৎ তয়ৎ চিংশিনবনি। অদুগুম্বা অখাবা মিৎয়েংমা মাগী মোনা লুহোংলুবা মিসেস কনিদা য়েংলকই। অদুবু মিসেস বাম্বল অমত্তি কনি অদু বাম্বলগী মিৎযেং অদুদা কয়িমত্তা নাচুংদে; অহোই মতুম থোঁওই উশিক্তনা নোকলকই।

মিঃ বাম্বল শুগত্তুনা ফমদুনা লৈরম্মী। মিসেস বাম্বলনা হংলকই—"নংবু অদুদা অদুম নাখোক্তুনা মুমিৎ চুপ্পা লৈরগেরা?"

মিঃ বাম্বলনা খুমলকই—ঐগী খুদাঁনি না-খোকনি য়া কাদুনা লৈগনি—নোকনি, কপকান—ঐনা তৌনিংবত্তা তৌগনি—মসি পুন্নমক তোবদা শোইদনমক ঐগী অধিকার লৈ।"

য়াম্না অশাওবা খোনফম্না মিসেস বাম্বলনা হায়রকই— অধিকার!"

—"উম, ঐগী অধিকার। নিপা হায়বসিদি থবক পুন্নমক তৌমবগী অধিকার লৈ। মুপাগী অধিকারদি—নিপানা হায়বা ইনবা অসিতনি।"

মিসেস বাম্বল শাওখিবনা কৈ অমোমগুম্না ভংদুনা হায়রকই— "মরুদি নংগুম্বা শাতনা হাযগদবনি, মতৌ কনানম্ব হায়রোই। মংদি মী মক্তে শানি ......" অদুদগী মিসেস বাম্বলমা উপায় লৈত্রদুনা শাওখিবনা ও খোংনা কপলক্লে

মিঃ বাম্বলদি কয়িগত্তা নাচুংদনা হায়রকই—"উম্, কপ্পু, য়াম্না কপ্পু! য়াম্না কপ্পগা মিংকী পিনা মায়-মিংকী অমোংপা কোকই—মিংকী শাক্তেলনি— অশাওবগী মৈ মুংনৈ খত্তলক্লে? য়াম্না নিংথিজনা কপ্পু।" অসি হায়রগা য়াম্না কায়দা তৌনা

হোৌগত্তুনা ট্রাণ্ডকারগী ফুরিৎখাও অনিদা মখুৎ হুমজিন্নগা মপান খোক্কদবগী থোৱাং তোরে।

মিঃ বাম্বল থোঙ মনাক য়েৌবদা ভাইরি মতম অসিদা মহাক্কী মকোক্তগী টুপি অদু ফৎ পাইথোকখ্রে। মাগী মুপীনা মহাকপু ওকথি চপ্পগা কিলনা থিল্লে। অদুদগী মপুরোইববু ইমুং মনুংদা চিংশিন্দুনা চৌকিদা ফমহল্লগা হুৎ অঙাওবদোনা খুজিন্না মমায়দা খোৎলে। মশম খুদাপ অমা পায়দুনা চিংলগা মুপীদুনা হায়রকই—"হৌগৎলু প্রপ প্রপ! হৌজিকমক মফম আসদগী মপান্দা থোকখো! নত্রবদি অসিদগী হেন্না খুদোংথিবা ফংগনি।"

মিঃ বাম্বল কিরুপ কিরুপ তৌনা টুপি লেন্নৌগা মপান থোরক্লে। মপান থোরকপদা য়ুম অমগী মনুংদা লমজা লোইশঙগী অঙাং মুপীমচা খরা খৎনরম্বদু থেংনরুরে। মপুনি হায়বগী ভাবত্তা মনুংদা চংলগা মিঃ বাম্বলনা হাযরকই—"কৈদোরে? অসুক য়াম্না লাংলিবা করিগীনো?" মতম অসিদা মাগী মুপীদু পাইথোরক্তুনা মফম অদুদা যৌরক্লে। মপুরোইবা উবদা শাওমনখিদুনা হুংদুনা লাওরকই—"হৌজিক ফাওবা চল্লিবরা?"

ঈশিংদা তাররা হোদোংদোনা মিঃ বাম্বল হায়রকই -"মখোয়সি খৎনরম্লিবনিনে।"

—"খৎমরম্লে, মসিদা নংগী মথৌ করি লৈ? খৎনরম্নু, লাংসমু, নংগী মথৌ লৈতে। খবরদার! অঙাংশিংসিগী ময়মক্তা অসুক হৈ-পা শাবা খক তৌগনু, চৎকো, লাপ্না চখোকক্লো।"

মিঃ বাম্বল মায়থোং লাংশিন্না মপান থোরক্লে। থোঙ্গান্দা অস্তুম থোরকপদা অশাওবা উৎননবগী দমক থোঙ্গাম শংবা লমজা অমবু চুবাদা কিন্না থিল্লম্লে। অদুদগী লম্বীদা কোইনা চৎলুবদা ভুংদা পুক্লিংগী মুংঙাইতবা মৈচাক থন্না কোক্লে। মতম অসিদা নোং জম জম লাওনা চুথরক্লে। অদুদগী মুগী হুকান অমদা চংলগা য়ু গিলাস অমগী দমক হুকুম তৌরগা ফমথরে।

হুকান অদুদা মতমদুদা গী অমথক্তা লৈরম্মী। নিপা অছু য়াম্না মাংঙ, মচু মাওথাংনৈ, মশাদা য়াম্না চাউরবা কোট অমা লিংলি। বাম্বলগা নিপা অসিগা হুন্নাখ মিৎয়েংনা মহৈ মহৈ য়েংনৈ, অদুবু মাদি অমতা ঙাংমদে।

ঙাইহাক লৈরগা অচিকপা থুগাইদুনা নিপাদুনা হোরকই; "মমাংঙৈদা অদোম্বু অমুক উথিবগুম তৌই। ঐনা উজবা মতমদুদদি অতোপ্পা মওংগী ফিজোন শেংপগুম তৌই"

বাম্বলনা খুমলকই; "হোয়, মতমদুদা ঐ লমজা লোইশঙ পামরম্মী, হৌজিক্লা ঐ লমজা লোইশঙগী মপু ওইরে।"

নিপাদুনা হায়রকই—"হোয়—অদুবু ফম কায়রবস্ু শেলগী অচিনবদি কোক্লিরোই?"

বাম্বলনা হায়রকই—"লমজা লোয়শঙগী তলবসিদি করিস্ু ওইদে—অদুনা শোইনা চোপ্তবা মওং ওইরবদি মপানগী শেলস্ু অদুম্মক মরোশিল্লি।"

নিপাদুনা য়ু গিলাস অনি অমস্ত পুরকউ হায়না হুকুম তৌরগা মিঃ বাম্বলদা হায়রকই "তাবিয়ু ঐ অদোমবু উনজগে হায়দুনা সহর অসিদা

লাকচরিবনি। অদুবু লাইবক ফবনা হেক উনজবা ফংলে। অদোমগী ঐ ঈ-পাও খরা খঙজনিংই। তৌবদি লেম্না ফংজগে হায়বা নত্তে —মদুগী প্রমান ওইনা—হৌজিক এয়না ওইনা খরসি পায়শিনবিয়ু। অসি হায়রগা পাউগু অনিখক বাম্বললোমদা লাম্থোররক্লে।

বাম্বলমা পাউগু অনি অদু কাপতুনা খোগুনা চাং য়েংলগা ফুরিৎখাওদা হাপচিল্লে। নিপাদুনা হায়রকই "হন্দাক্লি থবক্তী রা ভাংনরসি। মমাংদগী হৌখিবা থোদোকশিংদু অমুক্তা হঙৎতুনা য়েংবিবা তারে। চহি তরানিথোইরোমগী মমাংদা থোকখিবনি হায়না লৌবিয়ু। ইস্তুমথানি, লমজা লোইশঙদনি, মতম্না অহিংনি। লমজা মুপী অমনা অঙাং নিপা অমা পোক্লগা শিখি………"

বাম্বলনা মরক থৎলগা হায়রকই "অমত্তা নত্তে, অসিগুমবা থোদোক অসিদি য়াম্না থোকখি মমাংদদা।"

নিপাদুনা খোনফম হৌনা হায়রকই—য়াম্না থোকখিবশিংদু হন্দোকখো। ঐনা হায়রিবসিদি মী অমৎতগী বানি। কুগী দুকান্দা থবক তৌরম্বা নিপামচা অদুগী বানি ঐনা হায়রিবসি। অঙাং অদুনা কু মরক্তা নৈরগা মশাগী কু অমা শেমজরগা মতম কুইনগীদমক পোখাত্রিবা করিগীনো হান্নবসিনি ঐনা খঙ্গরিবা।"

- "ও: অলিভারগী বারা হায়বিরিবদু? অলিভার টুইষ্ট? লাইবক ফত্তবা অঙাং অদো………"

—"নত্তে, অলিভারগী মরমদা ঐ রা অমত্তা তাজনিংদে। মাগী মরমদা ঐ য়াম্না তারে। ঐনা খঙনিংঙিবদি হন্নুবীগী বানি।" অলিভারগী মমা ফমশেন্নরম্বী হন্নুবী অদো মাগী বানি।

“হন্নুবী অদুদি হাকুম ইন্নমথাদা শিখ্রে”—বাম্বলনা খংইল্লি

বা অসি তাবদা নিপা অদু চিন্ত' তৌই ; অদুদগী ‘করে’—হায়রগা চৎকদবগী থৌরাং তৌই অদুবু মীরৈহৎ তৈরবা বাম্বলন মাগী নুপীদা অসিগুম্বা পাও খরা লৈ, পাও অসিনা মরম ওইদুনা শেল খরা ফংমিংঙাই লৈরে হায়বসি উরে। মরমদি হন্নুবী অদুম শিবগী অহিংদা শিরমদাইদা হায়রম্ব' বাশিং অদু মতাক্লা খংহৌই অহিং অদুগী বা অদু নিংশিংদুনা মানা নিপাদুদা খঙগল্লে মদুগী হন্নুবীনা শিরমদাইদা নুপী অমগ' লোম্না বা তাম্নখি। তাম্নরিব বা অসিগা নিপা অসিগা মরী লৈনরম্বা যাই হায়বসি বাম্বলন তাক্লে। বা অসি তাবদা নিপা অসি লাংতক্লরক্লে। নিপ অসিনা হংলকই ; “অদুদি নুপী অদু ঐগ করম্না উনবা ফংগনি ?’

বাললনা মহাক্লা শিল্লগা নুপী অদু হয়েং উনবা যাগনি হায়বা বা অসি হায়রে।

—“অদু ওইরবদি হযেং অচিং পুং মাপম হেক তাবদ মহাকপু মী উকন্দনা মফম অসিদা পুনিরকউ।” অসি হায়রগা চেজেৎ অমদা ঠিকানা অমা ইরগা বাম্বলদা পিরে। মসিগী তুংদা বুগী মমল পিয়ম্লগা দুকান্দগী থোকখ্রে।

বাম্বলনা চেজেৎ অদু পায়রগা উরে—করিগুম্বা মিং অমতা য়াওদে। অদুনা মহাক্লা য়াম্না থুনা নিপা অদুবু তাম্নরগা কৌক্লবদা নিপা অদুনা খংলাও লাওরকই ; “কৈদোরে অমুক ? তাম্নরক্লিবা করিগীনো ?”

চে অদু উৎলগা বাম্বলনা হায়রকই ; " 'সিবু কনা হায়না থিরকদবনো ?"

—"মঙ্কস "

*   *   *   *

কালেনগী অহিংনি। মপান থোরিংদবা নোংচুবা অহিংনি। অতিয়াদা নৈচিন কুংনা থারি নোং-মুংশিৎ তৌরকপগী খুদমশু মরক মরক্তা উরি। মতম অসিদা মি: বাম্বল অমসুং মিসেস বাম্বল অনিনা খুন অমগী মঙ্গবা য়ুম অমগী মমাংদা লাকলগা লেপ্তুনা লৈরি। য়ুম অদুগী নাকন্দা খোংবান ঈরম অমা লৈ।

—"কনানো অদুদা লৈরিবা ?—মিনিট অমত্তা ঙাইখো।" বা অসি দুত্তনা মথক্তগী নিপা অমনা লুকথদুনা বাম্বল মতৈমনাও য়েংলগা হায়রকপনি।

ঙাইহাক লৈরগা নিপা অদু কুমথরকহুনা খোঙ হাংলগা হায়রকই ; "মনুংদা চংঙকউ"।

মিসেস বাম্বল অহানবদা খরা চিংনরপ তৌরম্মী, অদুবু অকোনবদদি ইচং থোনা মনুং চংলে। ইকাইবানি খংদে, কিবানি খংদে মিঃ বাম্বলসু মুপীগী মতুং ইন্নরে।

মঙ্কসনা হায়রকই ; "ভুত তৌনা অসিদা লেপ্তুনা লৈরিবা করিগীনো ?"

"ঐখোয়বো ? অঃ ঐখোয় খরা ইংলদুনা তৌবনি।" মখোন কাইরপ তৌনা বাম্বলনা হায়রকই।

"ইংবা ?" – মঙ্কসনা মমিৎ মমা ফাকতুনা হায়রকই ; মীওইবদি থম্মোইদা হৌরিবা মরক্তী মৈ মুৎহনবা ওম্বা করিগুম্বা নোং অমতা চুখিদ্রি——চুম্না চুরোই ! ফরে, মুপী অসিনা ?

"হোয়"—মুপীগী পাওতাক মতুং ইন্না বাম্বলনা শন্না খুম্মি।

অদুদগী মথোয় অহুম কৈরাক কাদুনা দুতলা মথক য়োঙ্খে। ইমুং চংলগা থোঙ থোঙনাও পুম্নমক থিংজিল্লগা মঙ্কসনা লেমটন দোসী লৈখরে। অদুদগী টেবিল অমনবা অমগী মাইগৈ মরিদা চৌকি অহুম থারগা মথোয় অহুম ফমথরে। বারী অমুম তৌবদা মুপী অদু মিঃ বাম্বলগী লোইনবী মুপীনি হায়বা খঙলে। মহাক্না মতম অমুক মাংহনবা তৌদনা মিসেস বাম্বলদা হায়রকই ; হুম্বী অদুনা শিবা মতমদা নং মাগী মনাক্তা লৈরমত্রা ? মানা নংঙোন্দ—"

মিসেস বাম্বলনা মপুরোহবা য়েংলগা হায়রকই ; "নংনা পল্লুবা অতাং অদুগী মমাংগী মরমদা হন্নবীনা এঙোন্দা বা থরা হায়রম্মী।"

মঙ্কসনা হায়রকই, অদু ওইরবদি অহানবা বাহংদি, করি হীরমদা মহাক্না নংঙোন্দা ও হায়রম্বগে হায়রিবসিনি।"

বাম্বলগী মুপীদুনা হায়রকই ; "মদু অনিশুবা বাহংনি। অহানবা বাহংদি—পাও আসগী মমল কয়া ওইগনি হায়সিনি।"

"মদুদি ভুত্তনা খঙই।"—মঙ্কসনা হায়রকই।

মিসেস বাম্বলনা হায়রকই, "অদু ওইরবদি অদোম্না খঙকম থোকই।"

মিসেস বাম্বলগী য়াম্না থোবা পাওখুম অসিদা মঙ্কস পুমঙক ঙকখে। মুপী অসি য়াম্না মথোনা লৈ, তাৎ-পাৎনা চৎলরোই

হায়বা খঙলদুনা লাং থাক্লে হাযনা মক্কসনা খল্লে। মরম অসিনা পাওগী মমল ওইনা পাউণ্ড কুন পাগে কায়বা য়ারে। মিসেস বাম্বল মতুদা য়ানিংদ্রে। মস্তিক্রয়বা ভুংদা পাউণ্ড কুনমঙা পীবা কায়না লেপ্পরে। খুদক্তা মক্কসনা পাউণ্ড কুনমঙা থিদোকভুনা টেবিল মথক্তা থম্লগা হায়রকই—"লৌয়ো, শেল অদু লৌশিল্লো। হৌজিক পিয়ানো খোংলক্কনি। খোংবদু লোইখ্রগা নংগী বারী তাসি।"

অচুম্বমক অকিবা ফংলবা মখোন অমা তারে। মখোন অদুদা য়ুমগী য়ুমথক অদু কিন্থরক্কদবোই নিংলে। মখোল অদু শামখ্রবা ভুংদা মিসেস বাম্বলনা বারী হোউই; "হন্নুবী অদুনা শিবা মতমদা ঐতমক মনাক্তা লেরম্মী অতে কনামতা লৈরমদে। মচাক্না নহান্নুবী অমগী বারী লী। নুপী অদু চহি কয়ামুক্কী মমাংদা মানা লৈরিবা য়ুম অদুদা অমম্বুং মানা হিপ্লিবা কমুং অদুমক্তদা অঙাং অমা পোকই হায়। শিরমদাইদা নুপী অদুনা হন্নুবীদা পোৎ অমা পিরম্মী। অদুগা নুপাদুনা অঙাং অদুবু য়েংলগা হন্নুবীবু পোৎ অদু চ্যেকশিন্না থম্বীয়ু হায়জরম্মী। অদুদগী হন্নুবী অদুনা পোৎ অদু য়োম্থোকই।"

"য়োম্থোক্লে?" মক্কস লাও-খোংনা হায়রকই; "কদাইদা? কৈদোউডে? কনাদা?"

মিসেস বাম্বলনা হায়রকই—"মসিদং হায়রম্লগা হন্নুবী অদু শিরে।"

"মীনল্বা ৱানি !"—মঙ্কসনা ফি-ফি কামদুনা হায়রকই—"ঐভোন্দা চলাক তৌবা কায়রোই। শোইদনমক হন্নুবী অতৈ খরম্ভ হায়রম্বী। ৱা পুন্নমক ঐভোন্দা খাওনা তম্মু—মজ্রবদি চংলকপদা মুংচাইনা থোকখিবদু অদুম হায়না থোকপা য়ারোই"

মঙ্কসকী ৱা তাবদা মিঃ বাম্বল কিখিবনা মুংগী মূর্ত্তিগুম চপ লেপ্তুনা লৈরে। মিসেস বাম্বলনা য়াম্না থৌন ফনা করিমত্তা কিদনা হায়রকই "হন্নুবীদু ৱা অমতা ফাওবা হায়রমদ্রে। অদুদা হন্নুবীনা মখুৎনা ঐগী ফি চেংনা পাইরমই। মহাক্না শিরবা তুংদা মখুৎ অদু কন্না শেত্তোকপনা মখুত্তা চে অসি লৈরম্মী মসি বঙ্কক্কী ৱসিদনি। হন্নুবানা পোৎ অদু মতম য়াম্না কুইনা পাঙ্জরম্মী। মপু অশেংব লাক্লগা শেন মতিক চানা লৌগে হায়না হন্নুবীমা থমজনমি, অদুবু কনামত্ত পোৎ অড় শিরদ্রে। হন্নুবীস্ত শেল য়াম্না চিনবা মতাং অমা শুইরক্তুনা বঙ্কান থমদোকলুবে। হন্নুবীদুস্তু চহি খুদিংগী শেন্দোই হুল্লি। চে অসি ফংবদা করিগুম্না কান্দা কায়রকপা যাই হাযদুনা ঐনা পোৎ অদু হন্দোকলুই"

"পোৎ অদুদি কদাইদা লৈ?—"য়াম্না খৌরাংবা মঙ্কসনা তকশিল্লকই।

"তো 'সিনি" অসি হায়রগা মিস্টার বাম্বলনা বেগ মচা পুথোক্লগা টেবিল মথক্তা থমদুনা মুংশাম্বর তোন্দোক্লে। মঙ্কসনা বেগ অদু শৎ হাংদোকই। বেগ অদুগী মনুংদা সনাগী ক্লাগোক মচা অমা য়াওই। ক্লাগোক অদুগী মনুংদা শম চবুন অনিগা লুহোংবগী খুদোপ অমগা চাওরম্মী। খুদোপ অদুদা "অগ্নেস" হায়বা মিং

অসি ইরম্মী, য়ুম্নাক য়াওদে—অদুগা অলিভার পোকত্রিবগী মমাংগী তারিখ অমগা য়াওহ।

মিসেস বাম্বলনা মঙ্কসতা হংই—“মসি কব্রি তৌনগদৌ-রিবগে? মসি হযেং-তুংদা ঐখোয়দা শোক্লোইকো?”

“কৈদৌউদস্ত্র শোক্লোহ। য়েংউ, ঐনা তৌবা। চেংকশিল্লু! খোংকম অমা পাওবা লেংগনু; নক্রবদি নখোয়গী পুন্সি অদু পাই নাতংপী অমগী মমল কংংোই।—” অসি হায়রগা মঙ্কসনা টেবল হম্থোক্লগা যোৎকী কোহেল্লী অমা চিংবদা হুরানখেঙ অমা হাংদোরক্লে।

মিষ্টার বাম্বলনা শ্বাই লাওদুনা খোংকম খরা তুংদা হন্দোকই।

অদুদগী মঙ্কসনা তাকপা মতুং ইন্না হুরান-খোঙ অদুগী মখাদা য়েংশরে। মখাদা ঈচেম কন্না তুরেল অমা চেল্লি। মঙ্কসনা হায়রকই—“ঐনা নিংলবদি নখোযবু তুরেল অসিদা থাদত্মা লোইথোকপা ঙম্বনি।”

মিঃ বাম্বলনা হায়রকই—“উঃ ঈচেন অসিদি! মসিদবু তারবদি ঙসি তাখিনসিনা হযেংদি মাইল তন্নানিথোই লাপ্না চেম্থখিনি, অদুগা মশানা মচেৎ মচেৎ তাগনি।”

মঙ্কসনা মিসেস বাম্বলদগী লৌবা বেগ অদু মথবাক্তগী লৌ-থোক্লগা তুরেল মনুংদা চুপ লাওনা থাদখরে অদুগা হুরানখোঙ অদু খিংজিল্লে। অদুদগী মিঃ বাম্বলদা হায়রকই—“নংগী মুপী-সিবুদি ঐ কিদে, অদুগা নংমে নচিন অদু কন্না মেল্লকো—কন্না-বতা হায়দোকনু। করে হৌজিক চৎপা য়াবনি।”

মথংগী মুমিত্তা বিল সাইক্সনা ভুম্বদগী হৌগৎলগা হংই—“পুং কয়া তাখ্রে ?”

সাইক্স হৌজিক হান্নগী ময়ুমদা লৈত্রে। হৌজিক মহাক মোৎখ্রবা গলি অমগী মনুংদা মোৎখ্রবা য়ুম অমদা লৈরে। য়ুম অদুদা মপোৎ-মচৈ থোইনা লৈতে। য়ুম অদু য়েংলগা য়ুম মপু অদু নংথরক্লে হায়বগী খুদম য়াম্না উই—

মফি ময়োল ইশে-শেগাইনা সাইক্স মশা ঙমদত্তুনা ফমুংদা হিপ্লম্মী। সাইক্স মকোই য়াম্না শাংলে—চয়োল অময়োম কোই কেকাত্রে। হুই অদুনা লুখুম ময়াদা কুন্দুনা সাইক্সগা য়েংদুনা লৈরম্মী, অদুগা মরক মরক্তা য়ারক্তা ঙংলম্মী। মিহুৎ ময়াদা ন্যান্সিনা মপুরোইবগী অভরকোট অমা ফোত্তুনা লৈরম্মী। ন্যান্সি অসি নংবদগী অমসুং অনাবগী সেংা হোৎনবদগী মশা-মক অনাবা লোইরে অমসুং মশ য়াম্না শোকথরে। ন্যান্সিগী মহৌশাগী শকফম অদু লৈত্রে।

সাইক্সনা হংলকপা বাহং অসিদা ন্যান্সিনা খুমলকই—“পুং তরেৎ তাখিবা ঙাইহাক ওইরে ঙসি কমদোই বিল ?”

—“পূমইং ইংখ্রে, ঈশিংগা চপ মান্নখরে! খুৎসি অমুক্তা শম্মু—তিংখংগা চপ মান্নখ্রে ফমুং অসি, ঐ অমুক্তা হৌগৎকে !”

মশা ঙমত্রবসু মাগী মরিল অদুদি হ·বা লৈতে। হৌগৎ-নবা লাক্রবদা ন্যান্সিদা অসি য়ৌনা থিনা লাওথোংদুনা চৈবিরে। মদুদি ন্যান্সি অদু বাম্বখ্রে।

মতম অসিদা ফাগিন ইমুংদা চংলকতুনা হংই—"কৈদোরে সিদি বিল ?"

সাইক্সনা শাওনা হায়রকই—"অদুদা লেপ্লগা নমিং অদু লাওবা য়েংলিবদু করিদনো ? "অমুক্তা য়েংবিয়ুদনা—উদ্রা—থ্যাবসি যাম্বরে"

ফাগিনগী মতুংদা কন্দ্রংগা চার্লি বেটসকা লাক্লি। কন্দ্রংমা ময়োম অমা সেগ্রোক্তা য়েপলকই। ময়োম অদু থারগা চার্লিগী মথুত্তগী লিক্লি অমা তাপ লাক্লে। য়ুগী লিক্লি অদু ময়ানা মথুম চিক্ত্তুনা তাংজগা শোই-শোইদে য়েংনবা খরা মতাও তংলগা ন্যানসিগী মচিন্দা কৈর কৈরগা হায়রকই - "চার্লি. হুমাই খরা কন্না হুম্মু নুংশিং লাংহনসি, নংনা মথুং অদু খর খর মানবিয়ু ফাগিন। বিল নংনা মফি-ময়েল অদু খরা কোমহল্লু।"

কন্দ্রংগী মরা মতুং ইন্না মথোয় পূন্নমক ন্যানসি সেবা প্রপ্ প্রপ্ তৌরকপা অসিদা ন্যা'াস খরা ফরক্লে। মতম অসিদা সাইক্সকী দমক্তা ফিরোন খরা পুরকচ হায়না ফাগিন্না তম্মে।

সাইক্সনা হায়রকই - "য়াম্না-ফৈ। অদুবু ঙসি অফিংদি ঐ শেন খরা পাম্মি।"

ফাগিন্না হায়রকই—"ঐডোন্দদি হৌজিক পাই অমা ফাওবা লৈতে।"

—"নম্মুমদদি য়াম্না লৈ।"

—"য়াম্না ?"

"উম্ য়াম্না। কয়া য়াম্বমো হায়বদুদি হুমদে, মংম্নু মত্তম খরা চংনা থিদ্রবদি হায়বা, ঙন্নোহ ঙসি অহিং ঐ শেন খরা পাম্মি।"

—ফরে, ঐ কল্লুংদা হৌজিকমক থারকে।" অসি হায়রগা ফাগিন্না মনুংদা সুংশাঙ্গর মপী অমা ফাজিন্দুনা থম্মি।

সাইক্সনা হায়রকই—"কল্লুং। উচ্ছ কল্লুং। মত্রু তৌম্মু। মামা থোকপা অমা তৌরক্কনি—মানা হায়রক্কনি। কাওয়ে, লম্বী লম্বাংনরে, নত্রগা পুলিশকা ফারুরে। লাক্কনবা চক্রো অমা শোই-দনা তৌরকনি। মত্রু ওইরোই। ন্যান্সি নং ফাগিনগী মকোন্দগী চৎলগা লৌক্ল।"

সাইক্সকী হুকুম মতুং ইন্না ফাগিন অমসুং নাগী চন্নশিংনা ন্যানসিবু পুদুনা চৎলে।

মন্নুম য়েৌবা মতমদা টোব ক্র্যাকিট অমসুং টম বিটশিংনা ইমুংদা জুয়ার শান্নদুনা লৈরম্বত্রু উরে। মথোয় লাকপা উবদা ফাগিন অমসুং ন্যানসি মপান থোরক্লে। ইমুংদা ফাগিনগা ন্যান-সিগদা ভাইহৌরে! ফাগিন্না উপু বাক্সি হেক হাংদোকে তৌবদা মক্কস চংলক্লে। মক্কসকী খোমকম তাবদা ন্যানসিন্থ হৎক ভক্লেদুনা মক্কসতা য়েংদুনা লৈরে।

অদুদগী মক্কসনা হায়জবদগী ফাগিনবু দলান মথক্তা পুখৎলগা অচেৎপা রা থন্না তান্নবা তৌরে। মথোয়্নন হেক কাখৎপিবগা ন্যানসিন্থ থোউউপ-ফুন্নিৎ লৌথোক্লে, মশাদু অমুক কিনা কুপশিল-লন্নগা থুনিং কাংনা কাংনা মথোয়গী মতুং ইন্নদুনা সিড়ি কাখৎলে।

মিনিট তরামভারোম লৈরগা ন্যানসি হল্লক্কুনা মক্কি হোং-দোক্লে। অদুদগী ফাগিন কুমথরক্কনা ন্যানসিগী মখুত্তা লুপা থিত্থুনা

পীয়ে। লুপা অমমম ন্যানসিদি পীবগ লোইননা ফাগিন্না সুংশা-ম্বয় মপী অমমম্ চোল্লি।

ন্যানসি লুপা পুডুনা নিংজিং মাংজিং হল্লক্লে। ন্যানসিগী ময়াইবক ফবনি মডুদি সাইক্সনা মথংগী সুমিও়া শেন অডুনা য়ু লৈদুনা য়াম্না সুংঙাইনা থক্লে। অস্নুম তৌরিবৈদা সাইক্সনা ন্যান-সিগী শাজৎ-লীচত্তা অহোংবা অমা থোক্লিবডু উবা ঙমহৌদ্রে।

সুমিৎনা ময়ুম চংখিবগা লোইননা ন্যানসিগা চিংনবা অমসুং থক্কৎপসি অস্নুম অস্নুম হেনগৎলক্লে। সাইক্স অসি য়ুদা লুপ্তুনা করম্বা কান্দা ভুমখিগদগে হাযবাসদা ন্যানসিনা খন্দুনা লৈরে। ন্যানসিগী মায়থোংদা লাংশিনবা মান অমা তারি, অডুগা মমিওম্বা অচাকপগী মে অমা হোৎরি, মডু সইক্সনা হায়কেওং ডরে। অডুবু ন্যানসিদা ঘা হংলুদনপ্ত অফবা পাওখুম পীরকত্রে।

অডুদগী সাইক্স অসি য়ুগী নিশানা ন্যানসিদা খোং লোইয়্যু হায়রম্লগা চিপথখ্রে। সাইক্সন ন্যানসিদ ঙাইহাক্কুং য়েংলগা মপুক্লিংদা থল্লকই "নত্তে, মহাকমুক খাজবা যাবা নুপী অত্তে লৈত্তে; নত্রবদি নহাম্না মঙক অসি কেল্লগদবনি।"

য়ুগী নিশানা থুক্কংখিদুনা সাইক্স খুনমক ভুমথখ্রে। ন্যান-সিনা প্রপ্ প্রপ্ হেনগত্তুনা কি শেচ্চিল্লে। অডুদগী তপ্না থোঙ হাংদোক্কুনা মপান থোরক্লে।

লন্মী য়ৌরগা ন্যানসিনা অসি য়ৌন থুন মথোঙ থাংই মডুদি লন্মী অচৎ-অওক্স ফাওবা মাবু য়েংনৈ। চৎনা চৎনা হাইড পার্ককী মনাক অডুন্নাইদা লৈবা হোটেল অমগী মপাদা নিংজিং

মাংজিনদুনা লৈরে। ডাইহাক লৈরগা পুং তরামাথোই খিংলকপা স্তাবদা হোটেল মস্থুংদা চংশিল্লে। খরা চংশিল্লগা থোঙশংবা লৈরম্মদা উবদা সিড়ি মথক্তা কাখৎলে। মতম অসিদা নহান্নুবী অমনা চংশিল্লক্তুনা করি পাম্বগে হংলক্লে। নহান্নুবী অদুগী থোনঙমদা য়াম্না উশিং থোঙইদবগী সূর য়াওরি।

ন্যানসিনা খুশ্মি। "মিস্ মেইলীগা উননিংই।"

নহান্নুবী অদুনা মীনাই অমা কোথোরক্লে। মীনাই অদুনা ন্যানসিদা হংলকই—"নমিং করি কৌই? করিগী মেইলী উবগ-নৌরিবনো ?" ন্যানসিনা মদু পুন্নমক তাকনিংদ্রে। মীনাই অদুনা মাথু পোঙ্গান তান্না ইল্লগা হায়রকই—"অদু ওইরবদি চৎলো।"

ন্যানসিনা হায়রকই—"মদু হায়রবদি, নবানি চংদুনস্থ ঐবু তাম্বোকপা ঙম্লোই।"

মতম অসিদা মবুক তপ্পা পূজারী চাকথোংবা অমা লাক্লে। মহাক্না হায়রকই—"আঃ পাওদদি তাকলুখোদনা ইবুঙ্গোশা!"

মীনাই অদুনা মেইলীদা তাকপা চৎখ্রে। ন্যানসিনা সোমদা মমায় লাংশিন্না মুংশাস্বর থিংদুনা পাও ডাইনদুনা লৈরি। মতম অসিদা হোটেলগী মুপীশিংনা মাবু য়েংলগা চিবোন চিবোন ডাংনরি অমস্থুং চৈ-থাংলি। ন্যানসিনা মসি পুন্নমক অসি তুমিন্না থাংদুনা লৈরে।

ডাইহাক লৈরগা মীনাই অদু হল্লক্লে অমস্থুং ন্যানসিবু মথক্তা পুখত্তুনা কা অমদা কমহল্লে।

ৰোজ হেক চংলকপদা ন্যানসিনা খরা কল্লগ্না হায়রকই—"অদোমবু উমনবা হোংনবসিদি য়াম্না য়াথ্রেনা। ঐনা মী খ্বাইদগী শাওদ্রনা চৎথ্রবদি অদোম য়াম্না য়ারৌরনি হায়না ভৌষনি।"

ৰোজনা হায়রকই—"ওঃ কমাগুম্বনা নত্তবা খোম থারম্বা থোক্লবদি, ঐ মদুগী দমক য়াম্না সুংঙাইতে। য়ারৌবিগনু, সুংঙাই-জবা পূম্বা কাওথোকপিয়ু হায়জরি। হৌজিক্কি হায়বিয়ু—ঐনা উনবিনিংলিবা করিগীনো?"

ৰোজগী খোইথুম্নবা ইংলবা য়াহৈ অসি তাবদা ন্যানসিনা হায়রকই—"ঐগী মরী-মখোঙ অশেংবা খঙবিদ্রিঙৈদা অদুম্না ব্যবহার তৌবিগনু। করে, মতম থেংজিল্লক্লে—আদগী—আদগী থোঙ অসি লোল্লিবরা?"

কিবনা খোঙফম খরা হন্দোক্লগা ৰোজনা খুম্মকই—"হোই লোল্লি। অদু করি মরমনো?"

ন্যানসিনা হায়রকই—"ঐগী অমসুং অতৈ মী খরগী অক-কম্ব অসি অদোমগী খুত্তা শিন্নজরি। হায়বদি পেন্টনভিলদগী ফাগিনগী মকোন তান্না অলিভারবু ফাগ্নলা পুবা মী অদু ঐহাক্নি।"

—"নং!"

—"হোই, ঐনি। ঐ মহাপাপিনী অদুনি হন্নানবা ভাকুশিংগা জোৎনদ্রনা নৈবী চৌজিল্লা জ্ঞান তারক্লবা মতমদা ঐগী কমা নৈজ-ক্লবী পাপিনী অদু ঐনি।"

য়েংজনা নুপী অদুদা জ্ঞান পূমমম মন্না য়েংদুনা লৈরে। অদুদগী য়ম্না ইংনা অরাবগী খোনফম্না হায়রকই—"নংগীদমক ঐ য়াম্না রাই।"

—"ইবেম্মদি খোজানবৈৗনি। ঈশ্বরনা ইবেম্বু নুংশাই য়াইফবা পীবিসনু। ঐ ইবেম্মদা পাও তমগে হায়দুনা চন্নকপনি। মখোয়না নাশোন খিক্তং ফংবদা ঐবু হাংকদোরিবনি। করে, ইবেম্মা, মঙ্কস কৌব নিপা অমা লৈরিবসি মশক খঙবিবরা?"

—"কদাই, খঙদে!"

—"অদুদি নিপা অদু কিজোন লোওুনা ঐখোয়গী ইরক্তা তিল্লে। ঐসু মওন মওম খল্লম্লিবনি। অলিভারনা ইবেম্খোয়গী শঙ্গোইদা শগুন তৌবা অদুগী তুংদা ফাগিনগা মঙ্কসকা লোম্না রা তান্নে। ঐনা চিংদুন লোন্ন তাই। অলিভারবু পুলিসনা ফুরিৎখাও চপ্পি হায়বগী মরীদা ফারুনদো মদুদা মঙ্কসনা অলিভারবু মশক খঙখি অমসুং মান থিরিবা অভাং অদু মতাক্কি হায়বসি তাংদাংবা খঙখি। অদুদগীদি মতাক্কা ফাগিনগা লোইননা লৌতুনৈ। ফাগিম্না অলিভারবু তুরানবা ওইহনবা ভঙ্গবদি ফাগিম্না মঙ্কসত্তগী লুপা খাউজাও ফংবগী করার তৌনৈ। অদুদগীদি ঐ অতৈ তাবা ফংদ্রে। মরমদি মঙ্কসনা ঐগী মি উরদুনা খংপ্রেক খংখি; অদুগা ঐনা উপায় অমা তৌদুনা উচিন-নাচিন্না চেম্মোকহৌই।"

—"অদুদগী?"

—"অদুদগী ঐ মঙ্কসবু নহান মুমিদাং উই। হন্দক্তি মানা উদনবা ঐ ফিমুনা ইশা পূন্নমক পূময়োম য়োমশিল্লি। মঙ্কসনা

ফাগিন্দা অসুম হায়—নিপামচা অদুগী মরী মখোঙ অদু ভুরেল মন্মুং য়োঙ্খে। মাগী মরী মখোঙ মমাদগী লোহোৱী হুন্মুরী অদুসু মোঙফমদা ভুমখ্রে। মঙ্কসনা অমুকসু হায় হৌজিক মপাগী সম্পত্তি ফংফম থোকপা মী অদুবু জেন্দা মরু তকতুনা থম্লগা সম্পত্তি অদু মঙাক্লা ফংগদৌরিবনি—য়াম্না মুংভাইবা থবক্নি। মশাদা থোক্তনা শেক্কদবা নৈত্রবদি মশামক্লা অলিভারগী চরম মেৎতুনা হাৎকদবনি। অদুদগী অরোইবদা মঙ্কসনা ফাগিনদা হায়রকই -'ফাগিন, ঐগী ইনাও অসিবু ঐনা অসিগুম্বা লাং থাকনি মদুদি—ফাগিন নং ফাওবা লাম্বা ফংলোই।"

রোজনা ওক্লা হায়যকই—"ইনাও।"

ন্যানসিনা হাযরকই- "উম্, ইনাও হায়। অদুগা মসিমসু মানা হায় মদুদি—অলিভারগী মরী মখোঙ থিনবা ইবেন্মখোইনা পাউণ্ড লিশিং লিশিং তিংডুনসু করিমতা ফংলরোই। ফরে, হৌজিক থেংখ্রে- ঐ চৎলগে। নত্রবদি মখোয়না ঐবু চিংনগনি।"

রোজনা হাযরকই—"অদু, পাও অসিদা ঐবু করি ভৌ হায়বগে ? অদুগা নহাকসু করি হায়না হনগদৌরিবনো। নচিন-মক্লা কৌক্তিক্তা হাযরে নংগী মীশিংদু যাম্না তমথি। ঐ ভদ্রলোক অমা কৌগে। ভদ্রলোক অদুনা নহাকপু করিমত্তা য়েথাই থিঙ্গাইবা নৈতনা নৈনবা থৌরাং তৌগনি।"

অদুবু ন্যানসিনা য়ানিংদ্রে। ন্যানসিগী লমচৎ ব্যবহার য়েংবদা :শম্বা য়ারি হায়না ন্যানসিবু চৎথিদনবা য়াম্না হায়জৈ। অদুবু

ন্যান্সিনা য়োক্তদা শেংনা তমেলে মতুদি হুয়ানবা ডাকুশিংগী মখক্তা খুাইদগী তমথিবা মিপা অমা লৈ। ন্যানসিনা মিপা অছুবু খাদোক-তুনা লৈবা য়াদে।

মমৈদা ন্যানসি খোঙশানখ্রে। চৎলমদাইদা ন্যানসিনা হায়রমই মতুদি দরকার ওইরবদি অমুক উনবা য়াগনি। ন্যানসিনা হায়রম্মী মতুদি মহাক অসি নোংমাইজিং খুদিংগী অহিং পুং তরা-মথোইদগী নোংয়াই ফাওবা লণ্ডন ব্রিজগী মথক্তা কোইনা চৎলি; মরম অসিনা কয়িগুম্বা শিখিপ্রবদি উনবা য়াগনি। কয়িগুম্বা উনবা ডারবদি ন্যানসি মতোমতা কল্লগা মী য়াওরবস্থ থক হায়দোক-লোইদবা অতুগুম্বা থাজবা য়াবা মীগতা উনবা য়োজবু বাশকহল্লম্মী।

* * *

অহিং অদু য়োজ তুম্বা য়াদ্রে। অয়ুক্তা হায়রীবু চিঠি ইদুনা কৌরগা বা তানগে হায়না লেপ্লে।

নোংডাল্লগা চিঠি ইগে হায়দুনা ফম্বদা কয়ি ইগদবনো খল-লিঙৈদা অলিভার স্বয় থবেৎ থবেৎ হোয়া চেনশিল্লক্লে। অলি-ভারনা মিঃ ব্রাউনলোনা য়ুম অমদা চংখিবত্ত উহৌরে হায়না হয়াওনা পাও তয়ে। অদুগা চে মচেৎ অমদা য়ুমগী ঠিকানা ইদুনা পুরকই হায়নস্থ হায়ে। য়োজনা চে মচেৎ অদু য়েংবদা ক্র্যাডন স্ট্রীটকী য়ুম অমনি হায়বা খঙলে। খুদক অদুমকতদা শগোলগাড়ী অমা নেক্লগা অলিভার পুরগা মিঃ ব্রাউনলো খিবা খোয়ক্লে। চৎলমদাইদা ভাইচাক্তুং অলিভারগা কোইথোকলুগে হায়না মিসেস মেইলীদা তাক্লম্মী।

অলিভারবু শগোলগাড়ী মনুংদা অদুম্মক ফমহল্লম্মগা রোজনা মিঃ ব্রাউনলো উনবা চংই। ব্রাউনলোনা রোজ উরগা হায়রকই— "চংঙকউ, ইবেম্মা, চংঙকউ! ঐগী মরূপ গ্রীমউইগনি। গ্রীমউইগ, মং মপান্দা ভাইহাক্তা থোক্ল।"

রোজনা খামলগা হায়রকই—"এঃ অসুম ফম্বা য়াই ঐন্মা লাক্লিবা অসিগী মরম অসি ভদ্রলোক অসিস্থু খঙই।"

ব্রাউনলোগী বা মতুং ইন্না হৌগৎলুরবা গ্রীমউইগ অসি রোজগী বা মতুং ইন্না অমুক ঙেক লাওনা ফমধরে।

রোজনা ব্রাউনলোদা হায়রকই—মতম অমদা ঐগী মরূপ অঙাং নিপামচা অমবু থৌজানরম্মী।—মাবু খ্বাইনা অলিভার টুইষ্ট হায়রগা খঙমৈ।"

গ্রীমউইগনা লাইখিক অমা পাগে হায়না তৌশিন্নরম্মী; অদুবু রোজগী মচিন্দগী অলিভার পনবদা লাগরিক অদু মথুক্তগী পোপ তাখ্রে অদুগা ময়া কাদুনা রোজদা য়েংদুনা লৈরে।

ব্রাউনলোস্থু ঙক্কবা নত্তে। মানা হায়রকই; "থৌজাল-উজানগী বা থমখো, ইবেম্মা, নংনা হায়রিবা অঙাং অদো মদুগী মরমদা ঐ য়াম্না নিংবা কাইদুনা লৌরবনি।"

গ্রীমউইগনা হায়রকই; "অঙাং অদুনা খিত্তা হেক কয়ারবদি ইকোক চাবা শক্কে।"

রোজনা হায়রকই, "অদোমগী কোক অদু অদোম্না অদুম্মক তাম্বিয়ু। অদুবু ঐগী বাসিতদি তাবিয়ু ময়াম্না ফত্তে ভাকপিন্নিবা অঙাং অদুম্মক কবদি পংনা লেতে।"

গ্রীমউইগনা শুকথদুনা হায়রকই ; "ঐ চহি হুম্ফু মাথোই শুরে। মসিগী মনুংদা ঐ য়াম্না উরে। অলিভার হায়বা অভাং অদু মহা শয়তান্নি—মসিদা ঐ কন্নিমতা চিংনদে।"

ব্রাউনলোনা হায়রকই—"ইবেম্মা, মাগী ৱাসি লৌবিগনুকো। ঐগী মরূপ অসিদি চিনবান্তদা পংডাং ঙাংবনি। মুম্না খন্তৱগা হায়রকপা নত্তেকো।"

গ্রীমউইগনা ভংলগা হায়রকই—"শয়তান্নি হায়রিবসিনি।"

ব্রাউনলোনা কক্ষমদগী ক্ষৌগৎতুনা শাওরগা হায়রকই—"কদোইৗদস্ত শয়তান ওইদে।"

"মহাক্না শয়তান ওৎরমদ্রবদি যেৎলিবা মীডুগী মকোক চাগনি।" গ্রীমউইগনা ঙংদুনা হায়রকই।

"মহাক্না শয়তাম ওইরমলবদি যেৎলিবা মীডুগী মতক থুদেকপনা মতিক চাই।" —ব্রাউনলোনা হায়রকই।

গ্রীমউইগনা লৈমাইদা চেশুনা কোক শুরগা হায়রকই—"কৈ, কমানা কনাগী মকোক চাবগী থৌনা লৈবগে যেংসি।"

য়োজদি পূমডক ঙকখ্রে। অসি য়োন' ‥ ‥ ‥ ‥ ‥েবদা হম্মুবা অনিদুনা নাসিক মহৈ মতৈ পুথোকনরগা মনা৻তো৹ মনাক্তোন্দা হাপ্নরে, অদুগা মহোশাগী স্বভাব ইকাই ক ইদন' মথুং শোক্লবি। মরূপ অনি অসিগী মতৌ অসি অঙকপান।

অদুদগী ব্রাউনলোনা হায়রকই :"ফরে, ইবেম্মা, হৌজিক্তি নংগী ৱারীদু লীরো। মাগী ফনবা ঐ য়াম্না হোৎনরম্বনি ; অদুবু ঐ অসি মাবুক্তওবনি হায়না খনবা তাবদা ঐ য়াম্না ৱাথি"

য়োজনা শমলপা অলিভারগী বারী পূম্নমক লৗরি। ম্যানসিনা হায়রম্বা বা অদুদি কোয়া চিক্লা হায়গে হায়না খাকহৌই।

য়োজগী বারী তাবদা ব্রাউনলো যাম্না হরাওরে। মমায় মায়থোং পাক্লা হায়রকই—"যাম্না হরাওরে, যাম্না নুংঙাইরে! অদুবু অলিভারবু পুথিরকত্রিনা মরিগীনো হায়বসি ইবেম্মদি হাযনিংই।"

অলিভার গাড়ী মনুংদা লৈরি হায়বসি য়াক্না হম্বদ ব্রাউনলো মপান্দা চস্তোকখ্রে।

ব্রাউনলোনা থোকখিবগা লোইননা গ্রীমউইগনা ফক্ষনদগী হৌগৎতুনা চাহৌ চাহৌ ঙাংলাক চংলি। অদুদগী খঙহৌদনা য়োজবু কোল্লগা মরাহনল্লা চুপগা হায়রকই—"এগী আন্দাজ লাল্লিবসে—মসিগীদমক এ যাম্না হরাওরে।"

মতম অসিদা অলিভার পুংনা ব্রাউনলো চংলক্লে। গ্রীম-উইগনা হৌগৎতুনা অলিভারবু তরাম তরাম কৌশিল্লে।

ব্রাউনলোনা হাযরকই—"য়াম্না নুংঙাইরে; অদুবু মতাং অসিদা মী অমা চিথরে।" অসি হাযরগা মনা মিসেস বেড্ডুইনবু কৌহল্লুরে।

বেড্ডুইনা মনুং চংলক্রগা মবুংঙোগী হুকুন ভাম্রদুনা ভুমিম্না লেপতুনা লৈ। মদু উবদা ব্রাউনলোনা ঙংদুনা হাযরকই—"আঃ বেড্ডুইন! নমিৎ অদু থিতিগী অম্নুন অম্নম শোকচিল্লব্রা?"

হন্নুবী অদুনা খুম্মকই— "ইবুংঙো, এগুম্বী হন্নুবীগী মিত্তি কদাইদগী পংক ফরগনে?"

ব্রাউনলোনা হায়রকই—"মতু ঐখোয়স্থ থঙই। হৌজিক নংগী আনক অদো হাপতুনা অমুক্তা য়েংউ - মাংখিবা নংগী মণিদো কংব্রা অমুক্তা য়েংউ।"

হমুবীনা ফুব্বিংখাও হুমদুনা আনক লৌথোক্কদবগী তৌরি। অদুবু ভাইঙমদ্রদুনা অলিভারনা চেনশিল্লগা "ইবেন" হায়দুনা কোল্লুরে।

—"অলিভার নত্রা? জয় ভগবানগী জয়! অঃ—ঐদি থঙই—নং হল্লকথিনি হায়বা ঐ চপচানা থঙই। ইবুংঙো নংদি অস্নককুইবসি কৈদা লৈরুই? মা'নি—মাইথোং অদুমক্নি—মিত্তা অদুমক্নি! মায়থোং অসে, মিত্তা অসে ঐগী থমোইদা তত্তনা লৈরি।"

অসি হায়না হায়না বেডুইম্না কপ্পগা নোকপগা ইল্লান য়াম্নশল্লে।

য়োজনা ব্রাউনলোদা হ্যানসিগী বা অদু চিক্না তল্লে। অদুদগী মুংদাং পুং নিপান তাবদা হোটেনদা য়োজগা উননবা অদুগা মিসেস মেইলীদা য়াম্না চ্যেকশিন্না মরোনপুন্থা তাক্লবা ব্রাউনলোনা য়োজদা হায়রে।

য়োজনা অলিভার পুদুনা হোটেলদা হল্লক্লে।

মুমিদাং অদুনা ডাক্তর লসবার্ননা তাও পূম্নমক তাবদুনা মৈ হৌনা শাওরে। ফাগিনগী কাংবু অদু পুলিসপু খোং খোংনা ফাহনসি হায়দুনা লসবার্ননা কল্লা হায়রে। মিঃ ব্রাউনলোনা লসবার্নবু উচিন নাচিন্না থেমদুনা ইংথহল্লে।

ব্রাউনলোনা হায়রকই—"কাংবু অদুগী পোলোষ্টগীদমক অদুক য়াম্না খল্লুবগী কৱিস্থ দরকার লৈতে। হৌজিক ঐখোয়গী ইহান হানবা ইথৌদি—অলিভারগী মপা-মপুগী মরী মথোক থিবা অদুগা মহাক্কা সম্পত্তি ফংবা য়াবা য়াদবগী ৱাফম অদুগা তশেংনা খঙদোকপা অসিনি।"

লসবার্ন ইংথরদুনা হায়রকই—"হোই মদুনি। অদুবু মখোয় খরদি ফাঁসিগী শগাইদা য়ান্দবা য়াদে—অদুগা খরনা কালাপানিদা থাদবা য়াদে।"

ব্রাউনলোনা নোকমি নোকমি তৌনা হায়রকই—"অদু ফাঁসিগী লম্বীগীস্থ অদুগা কালাপানিগী লম্বীস্থ মখোয় মখোয়না অড়শ্মক শেমজরগনি। অদুগা ৱোজনা ন্যানসিদা হায়রম্বা ৱা অদুদি কাইহনবা য়াদে। ন্যানসিগী পাম্বৈনা মঙ্কসপু মতোমতা হাম্না কানবা হোৎনগদবনি। অদুবু নোংম'ইজিং নত্রবদি ন্যানসিগা উনবা ফংলোই। ভসিদি নিংথৌকাবদা ওইরি। অদুদি নুমিৎ খরনিসিদি ঐখোয় তুমিনা লৈবা তারি—অলিভার ফাওনা করিমতা খঙহনবা য়াদে। অদুগা ঐগী মরূপ গ্রীমউইগপু ঐখোয়গী মী অমা ওইনা ঐনা য়াওহনবা পাম্মি। নিপা অদু মশং অমা তৌরবস্থ য়াম্না শিংই, ঐখোয়গী ইতেং য়াম্না ওইগনি। ঐগী মরূপ অসি উকীল ওইরম্বদগী তল্লি হায়দুনা তোকখিবনি; মরমদি চহি কুনগী মনুংদা মভোন্দা কেশ অমদগী হেন্না লাক্তে।"

লসবার্ননা ব্রাউনলোগী ৱাফম অসি য়ারদুনা হায়রকই—"অদু ওইরবদি ঐস্থ ঐগী মরূপ অমা ঐখোয়গী ইরক্তা য়াওহনবা

তারে মী অদুদি হন্নুবী অসিগী মচানি, ইবেম্মসিগী চান্নবা মরূপানে।" আস হায়রগা লসন্নবা মিসেস মেহলী অমস্থুং য়োজবু য়েংহল্লি।

হন্দক্কী রাথোক অসিদা চংগদবা শনমথৈ করিমতা চিংনবা লৈতনা পুথোক্কনি হায়না মিসেস মেহলীনা মথামদা খঙহল্লে।

*    *    *    *

সাইক্সাবু তুমহল্লমগা ন্যান্সিন য়োংক্লগা উনবা চংপা নুংদাং অসিদা নিপা অমগা নুপী অমগা লণ্ডনগী শর্ডক্তা মখোংনা চৎলম্মী।

নিপা অদু মযাং কংই, শরুগ্ভাগুং ওইনা তোঙ, খুকউ শুপ্পি, চিংদুনা চিংদুন চংলে। মরেংজুমদা চৈ অমা থোংলি। চৈ অদুগী মতোংদা কুমাংনা পেৎযোম মচা অমা কিরি। নিপা অসিগী চহি অস্তক শুরে হায়না তুমদে। নুপী অদুদি মশা-মউ ফৈ, নোইপেল্লি, মনঙ্গন্দা পোরিবা পোৎলুম অদুমক পুবদা মতিক চাই।

মখোং লাণ্ডন লাননা থাংদুনা নিপা অদুনা নুপীওদগী হেন-গৎলম্মী মরক মরক্তা তুং হন্না য়েংলগা পোৎলুম পুরিবী নুপী অদুদা হায়রি—"শার্লটি চৎখৎলকও! নংসে ওস্তোরা লেংঙম-শাঙমখিদ্রে!"

নুপী অদুনা খুম্নি—"পোৎ অসি য়াম্না লুম্মীনে নোযা!"

—"লুম্বা! করিনো নং হায়রিবিনো। পোৎলুম পুননবগী-দমক্তা নুপীগী মপোক্তা পোকপ নত্রাও? ... অমুক পোথাখ্রে!

ফৈ, পোত্থ'ও ; সোয়ারবেরীনা হাত কড়া চন্দুনা মরাইনা চিংহুনা পুজরক্কনি ”

শার্লটিনা খুম্নকই “ঐ বুতা চনগদ্রা ? নংবুস্ত মরাইনা হাত-কড়া চঞ্জগনি ”

—“উপু বাক্সিদগী শেন হুব'নবদো নংনে ।”

—“ঐন হুবদু কনাগীনো ? নংগীদমক্কনে ।”

—“অদুবু শেন অদুবু ঐনা থমব্রাও ?”

থমদে, নোযা ক্রেপোলনা শেন অদু মঙোন্দা থমদে শার্লটিবু পাযহল্লি লাগানা শার্লটিবু যাম্না থাজহুনা থমহনবা নত্তে । তশেংবদি কবিগুম্না ফাবা ত'রনস্ত্র রাশক্কুনা ‘ঐ লৌদে’ হায়বা যানবা শার্লটিবু পাযহনবনি ।

যাম্না চোবশিন্ন শডক অচৌবা লাম্হোক্কুনা লৈরক ফাওহুনা চৎলগ সেণ্টজোনগী শডক তারে' মীথুংফম-শঙ খুদিংদা মূনা মূনা যেংবদা মী তিনবা ডাক্তা গুহরমহুন নোয়ানা মথাবাই তাবা যাওদ্রে । মমৈদা ‘ত্রিভঙ্গ’ কৌবা মোংখ্রব মীথুংফমশঙ অমদা থুংলুরে ।

শঙ অদুদ হহুদৗ পাখং মচা অমা লৈরম্মী, অতৈ কনামত্তা লৈরমদে । পাখং অদুদা ভসি অহিংদাদ লেকখিগে হাযনা নোয়ানা হায়রুবদা নিপামচাহুনা হাযরকই - “লেকপা য়াগক্রা খঙদে—ঐ হংলুখিগে ।”

—“অদু মাহ-নিৎ তানবা ঈশিং থরগা—চানবা শা অশোংবা অমস্থং থক্লবা য়ু থরদাদি হাম্না পীরমখোদনা ।”

ইহুদি পাথং অদুগী মমিং কর্নি কৌই। মোয়ানা হায়বা মতুং ইন্না মখোয়বু পীজ পীথক্লুয়গা মথক্কা কাখৎখ্রে। মামা কাখৎ-খ্রিবা মথক্কী কা অদুদগী মখাদা লৈরিবা মীশিং খোৎ-খোৎপা উই, বা ঙাংনবা ফাওবা তাই। কর্নিনা মথক্কী কা অদুদা চংগে তৌরি, মতম অসিদা ফাগিন লাক্লে। কর্নিনা ফাগিন্দা হায়—"তুমিললৈয়ু, মখাদা মীনৌ লাক্লে। মখোযসি চেল্লকপনি—নংগী খোংবুনি।"

বা অসি তারগা ফাগিন মথক্কী কাদা চংখ্রে অদুগা নোয়া অমসুং শার্লটিগী বা শোন্না তারে।

নোয়ানা শার্লটিদা হায়রকই—"ঐ ভদ্রলোক ওইবা পাম্মি।"

শার্লটিনা খুল্লকই—"ঐসু অদু পাম্বনি, অদুদা নিতিগী উপু ফক্কাইবসিদি তোকপা তারেদো।"

মোযানা হায়রকই—উপু বাক্সি অদু মৈদা থাদোকখো। মসি নত্তবা অতে যান্না লৈরিনা—ফুরিৎখাও, মুপীগী হ্যাওবেগ, য়ুম, ডাকগাড়ী, ব্যাঙ্ক—কযামুক লৈরি। ঐ ডাকু কাংবু অমগা তিন্নিনিংই। কন্নিনা নং অসিসু ঠাট্টা য়াবা মুপী নত্তেদো—মুপী য়াথেগা লাম্বা যাবী, মীরৈহৎ হৈবী, তৌ-ঙম্বী মুপীনিদো—ঐখোয় থবক যান্না কান্ননি।"

মপুরোইবমক্তা থাগৎলকপা অসিদা শার্লটি অদু হুয়াওবদা মিংদোন পিং পিং চোংলে। মোয়ানা অমুকসু হায়রকই—"উম্, ঐ ডাকু কাংবু অমগী সঙ্গার ওইনিংই।"

মতম অসিদা থোক্ত হাংদোক্তুনা ফাগিন চংলক্লে অমস্লুং ফাগিন্না হায়রম্মী—"লৌবাইদগী লাকপিবা ওইরবরা ?"

নোয়ানা হংলকই—"করম হায়না, খঙবিবগে ?"

নোয়ানা তোংলিবা খোঙউপ অদুদা খুদোনবীনা থিল্লগা ফাগিন্না হায়রকই—"শহর 'সিদদি উফুল অদুক য়াম্না তৌদে।"

—"অ····অদোমগী মিৎসিদি য়াম্না থোই! হাঃ হাঃ হাঃ শার্লটি উরবরা ?"

ফাগিন্না হায়রকই—"শহরদা—লৈবা তারবদি মিৎ-না শিংবা তাইদনা! শহরসিদা নিপানা মতম লৈবখিবিক্তা উপু বাক্সি, মুপীগী হ্যাণ্ডব্যাগ, যুম, ডাক-গাড়ী অমসুং ব্যাঙ্ক লুট তৌবা তাই"

বা অসি তাবদা নোয়া কিবনা পাখৎলে। ময়াম অদু উফুল-গুম্না মকশিনখ্রে।

ফাগিন্না মনাক্তা খরা চংশিল্লগা হায় "নরাইবক ক্কৈ ভাই, মংনা মদু হায়বদা ঐতনি তাহৌবা—অতৈ কনামতা তাদে।"

নোয়ানা শার্লটিদা য়েংলগা লকক্ লকক্ তৌনা হায়রকই—"ঐদি করিস্নু হুদে—মানি হুরান চিস্থিগী থবক তৌবা।"

ফাগিন্না হায়রকই—"অমনবু হুরবসু করিস্নু কাইদে। ঐসু লম্বী অদুগী মীনি, শঙ অসিদা লৈরিবা মীংশিংসু অদু মঙাই। মং মকম চানা থুংলরে। 'ত্রিভঙ্গ'দগী হেন্না শাফবা শঙ শহরসিদা অতৈ লৈত্রবনি। করে, বা তাও, ঐগী মরূপ অমা লৈ মহাক্লা নংগী বিংবা থুংহনগনি।"

য়া অসি তাবদা শার্লটিবু খাল মথক্তা পুখত্তুনা থম্মুনবা ফাগিন্না হায়রে। শার্লটি চৎখ্রবা তুংদা ফাগিনগী মরূপকা তিন্নবা হায়বসি য়াররম্না হায়না নোয়াদা হংই।

নোয়ানা হংই—"মরূপ অদুবু—দর কয়া চাউবা মীনো ?

ফাগিন্না খঙহল্লে মতুদি মরূপ অদু কারণার অসিদা মীকোক থোংলিবা মীনি, মাগীদা কনাগুম্বা লৌরাক্তগী মী অমত্তা য়াওদে, পুম্নমক শহর মচা ঙাক্তনি। অদুগা তৌদদি মাগী কাংবুদা য়াওগে হায়রবদি মিঃ সোয়ারবেরীগী টুপ্প থুগাইডুনা পাউণ্ড কুন খক লৌরকপদু মিংকনশেন ওইনা খরদি পীবা তাই। ফাগিন্না নোয়াদা মসিমক্ত খঙহল্লি মতুদি শেন অদু নোয়াদা করিমতা কান্নরোই; মরমদি সোয়ারবেরীনা নোট নম্বর খোং খোংপা ইশিনবা মরম্না কাইথোকপা য়ারোই, চেক কাইথোল্লুবদা চেক্তা ফাগনি।

নোয়ানা অদুদগী হংলকই—"ফরে, অদু ওইরবদি ঐ থাদা তলব কয়া ফংগনি ?"

ফাগিন্না হায়রকই—"তলব ? তলব করিগী ? লেন্না লৈগ-দৌরিবনি, লেন্না চাগদবনি, হিদাক, চুরুট, য়ু পুম্নমক লেন্না ফংগদৌরিবনি। অসিগী মথক্তা নহাক অমসুং নহাক্কী মরূপ-শিংনা তানবা শেল অদু তথ্বাই তথ্বাই যেন্নগদৌরিবনি।"

মমাংঙৈগী মতম ওইরবদি শেল করাম্বা নোয়ানা হায়রিবসি য়ারোইদবনি! অদুবু হন্দক নোয়া অ'ম দশা কাবনা লকক্ লকক্ তৌনা হায়রকই—"অদুবু ঐদি ... .গে।'

ফাগিন্না হায়রকই—"কৈনে। গুপ্তচরগী থবক অমতং ফংলবদি নং য়াম্না হন্নাওগনি হায়না মুপীদা বারা তৌরম্বদাই। ঐগী মরূপকীসু গুপ্তচর অমা দরকার ওই।"

নোয়ানা হায়রকই—"মদুনদি ঐ করিমতা ফংলোই।"

ফাগিন্না হায়রকই—"হোই ফংলোই! ফরে, হনুবীগী ছাওব্যাগ শৎপদি কমদোই?"

—"অদুবু হনুবীশিংনা য়াম্না লাও-খোংদুনা তৌরোইদ্রা? মদু তোক্লগা অতোপ্পা অমা পীয়ু।"

—"ফরে অদু ওইরবদি সভাং মুনবগী থবক তৌরো।"

—"মদুনা অমুক করিনো?"

—"অভাংশিংনা দুকান্দা শিকি, মথাই অমসুং লুপা পুদুনা পোৎ লৈবা চৎনি। মতম অসিদা নংনা মথুক্তগী শেন মুল্লগা চেনগদবনি—অতৈ করিসু নত্তে। অভাংশিংনা শেন য়াম্না চেৎনা পায়, অদুগা চৎপসু তপ্পা চৎলি। মরম অসিনা নহাক্না অভাংশিংবু ইস্নুগদবনি। তুবাসদা মথুক্তগী শেন চোংথোরকপদু নংনা থুল্লগা চেল্লকদবনি—হাঃ হাঃ হাঃ হাঃ!"

নোয়াসু ইখি খিগৎতুনা নোক্লে। অদুগা নোয়ানা হায়রকই—"ফরে, ফরে মসি ঐগা চুনরনি।"

মতম অসিদা শার্লটি হল্লক্লে। হয়েং অমুক পুং তরা ভাবদা ফাগিন্না মাগী মরূপ পুরকতুনা নোয়াগা উনবা হায়না লেপ্লরে। নোয়ানা ফাগিন্দা মমিং মিঃ বোল্টার কৌই অদুগা

শার্লট্টিনা মাগী মুপীনি হায়না তারে। মসিগী মতুংদা ফাগিন বিরায় লোখ্রে।

*   *   *

সুমিৎ থরসিগী মমুংদা স্যানসি মশা য়াম্না শোকচিনখ্রে। মতম ময়াম্বদা মচাক অসি ক্ষমতুনা লৈ, করিগুম্বা রাখল অমা থনবগুম তৌই—করিগুম্বা মতমদস্তু ময়ম ইচা চাদনা লোকই। করিগুম্বদস্তু অঙকপা মতৌ তৌই। স্যানসি অসিবু ভাওরব্রা?

নোংমাইজিংগী মুমিদংদা সাইক্লকা ফাগিনগা ক্ষমতুনা বা তাম্নরি। মতম অসিদা গিজ্জাগী ঘড়িদা পুং তরামাথোই তাবগী মখোল তারে।

সাইক্লনা হায়রকই—"থবক ইনথাং তৌগে হায়রবদি ভসিগী মুমিৎ অসি য়াম্না ফরনি।"

ফাগিন্না করিমতা থুমদনা স্যানসিদা তুমিন্না ঈঙ্গিৎ তৌই। স্যানসি অসি মপান থোকনবগী মকি হোংবা সাইক্লনা উই। সাইক্লনা লাও-খোংদুনা হংলকই—"হায়য়ু, অমুক থেংনা কদাই চৎকদোরি?"

—"অথাইজনি।"

—"ঐনা হংলিবসিগী পাওখুম পীখো। কদাই চৎলি?"

—"থঙদে কদাই চৎলিবনো।"

সাইক্লনা অশাওবা ফাদুনা হায়রকই— "মনম তাকনরবদি চৎলোই।"

ন্যামসিনা মাঙ্খোক্তুনা চৎকদবগী হায়রকই—"হকচাং ঙমদে. অদুনা মুংশিৎ অশেংবদা অস্থুম কোইথোকলুগে তৌবনি।"

সাইক্লনা ঘান্না চৌংলেম্না হায়রকই—"অদু ওইরবদি মিচুৎ হাংদোকলগা মিচুং ময়াদা ফম্মু -মুংশিৎ মরাং কাইনা ফংগনি।"

অদুমক্তদা ন্যানসিনা মপান্দা থোক্কদবগী চক্রি তৌরে।

সাইক্লনা মতম অসিদা থোঙ পৌরোন থারগা হায়রকই—জেরিবা মকমদো অদুদা অদুম্মক লৈয়ু। তুম্মিন্না কমদুনা লৈয়ু—নংনা হাওরা চাবগী করিস্থ দরকার লৈতে।"

ইমুং মমুংদগী ন্যানসিনা মমায় মকশিন্না লাওরকই—"করি হায়রিবনো বিল, নংনা তৌরিবসি করিনো?"

"করি! ঐনা করি তৌরে?—ফাগিনলোমদা ওনশিল্লগা সাইক্লনা হায়রকই—"মুপীসে ঙাওরেনে, নত্রবদি মা ঐগী চিন্থক্তা খুল্লোইদবনি।"

মা অসি তাবদা ন্যানসিনা মথুৎ অনিনা মথবাক মমথরগা তুমিন্না শোল্লি—"নখোয়না ঐবু ঙাওহনগদৌরি।" অদুদগী ফোংনা লাওরকই—"থোঙ হাংদোকউ, ঐবু থাদোকউ, মিংকুপ অসিগী মমুংদা থাদোকউ।"

সাইক্লনা ঙংদুনা ধমকা তৌরকই—"য়েংউ লমহেনগন্থু। ইন্দকমুক নখোন থোরক্লবদি নখোয়বু অদু মেক্তুনা পুন্সিচুপ্পা মখোন থাকহল্লোই।"

ন্যানসিনা অদুফাওবদা চৎনবগী লাও-খোংলম্মী। অদুদগী সাইক্লনা ন্যানসিবু কা মচা অমদা চিংশিন্নগা পুনা হাপচিন্দুনা থমখ্রে।

গির্জ্জাগী ঘড়িদা নোংয়াই য়ৈবগী মখোন তাবগা লোইনবা ন্যানসি খরা খিক্তং ইংথরে। মপান থোকপগী আশা তপ্না তপ্না থাদোক্লে ।

সাইক্সনা ফাগিন্দা হায়রকই— "অসি ঐনা বাশকপদগী খরা তেয়বরা নিংলুই ; অদুবু মহৌশাগী মহৌশাগুম্না অসুম তৌরম্মী।"

কা মনুংদা বিলগী বা অসি তারদুনা ম্যানসিনা থিক থিক মোকলকই।

* * *

য়াম্না কুইনা ভাইরবা মতুংদা ফাগিন্না মাগী নৌনা খংনবা মরূপ অদুগা উনরে। মরূপ অদুনা তেক লাকপগা অয়ুক্কী চারা অদু কিৎ কিৎ নমদুনা চারক্লে।

ফাগিন্না থোক্তুনা নোয়াবু কৌরুবদা মোয়ানা হায়রকই ; "চাব-থকপা লোইদ্রিবদা করিগুম্বা থবক অমতা ঐভোন্দা হায়রকনু ”

মখুক মনুংদা কারাম্বা মরূপ নোয়াগী মরক থৎনা থৎনা ফাগিন্না হায়রকই ; "অদু, অদুম চানা চানা বা ভাংবদি য়াইদনা ?"

—"হোই, মদুদি য়াই। বা ভাংনা ভাংনা, শাম্ন শাম্নমা কনা য়াম্না শুজিনবা য়াগনি।" বা অসি তায়না তায়না ডবলরুটি খরা করুগা হায়রবই ; "শার্লটিদুবু কদাই চৎখ্রবনো ?"

—"ঐ নংগা বা অমতা চিক্লা ভাংনগে হায়দুনা মপাম থোকহনখ্রে।"

—"অদু চক্রিভৈদা মাখন খরা তৈত্তুনা টোষ্ট শেমলম্বা য়াগনি "

ফাগিন্না লংনবোইনা হায়রকই; "ঙরাং নংগী থবক অদু য়াম্না চংখোল্লি- কন্নিনা অহানবা লৈহৌগক্কদা লিশিং তরুক্কা পেনি মাপন মখাই তাই। অমুম্ন অঙাংনুবীদগী শেন লাকপসে মসিনা নং নুংঙাইবা ওয়বদু ওইরগনি।"

মসিদমু নত্তনা য়ু হাপ্নবা পাত্র অহুম অদুগা যঙ্গোম হাপ্নবা পাত্র অমগমু য়াওরি হায়না নোয়ানা ফাগিন্দা হরাওনা তম্মি। ফাগিন্না বা অসিদা নোকর্না নত্তুনা নোয়াবু থবক অমা শিজিন্নগদোগী তোরে। থবক অসি খুদোংথবা নত্তে শুপ্নগী নুপী অমগী মতুং ইনগদবনি। মাসিগীদমক নত্তোন্দা পাউণ্ড অমা পিগনি হায়না ফাগিন্না হায়রে। পাউণ্ড অমা হায়বা বাফম অসি ফাগিন্না নোয়াগী অপাম্বা পোক্লবা খরা হৌনা অমমুং ময়েক শেংনা হায়।

নোয়ানা থবক অসি য়ানিংলদুনা হায়রকই; "অদু, ঐবু কদাইদা চৎলু হায়বগে?"

ফাগিন্না খুমলকই— "মতাং অদুদি ঐ খংহল্লকে, মংতা শেমশাদুনা লৈয়ু।"

নোয়ানা নিতিগী শেম-শাদুনা লৈ: অদুবু ফাগিন্না নিংবা কাইনা মতম ওইদ্রি হায়না হায়রে। অদুদগী নোংমদি ফাগিন্না নোকমি নোকমি তৌদুনা নোযাদা হায়ররে; "ঙসি মহাক মপান থোক্কনি। মানা য়াম্না কিবা মী অদু ঙসি য়ুমদা লৈত্রে— হয়েং নোংঙাদ্রি কাওবা হল্লক্লোই। চৎলো, হৌজিক শেম-শারুরো।"

থোক্লা খোঙবা লৈয়ক কয়ামরুম ফাওরবা তুংদা অনিমক সাইক্লকী মকোন্দা য়োয়ে। মীথুংকম শঙদা নোয়ানা উথিনা ইম্নী পাথং মচা অদুনা থোঙ হাংদোকলকই। পাথং অসিগী পাম্বৈনা নোয়ানা মশা কুপশিন্দুনা ঋানসিবু নিংথিজনা য়েংথোক্লে।

ঋানসিনা য়ুমদগী থোরকপগা লোইননা নোয়ানা তুংথমাংথ থোকমিন্নদুনা থাপলপ্না মতুং ইন্নয়ে।

* * * *

অহিং পুং তরামাথোইগা মিনিট নিফুমঙা চৎপা মতমদা লণ্ডন ব্রিজগী মথক্তা মী অনিখক থোরক্লে। নোয়ানা য়াম্না চোকশিন্না ঋানসিগী মতুং ইন্নরি

মম্বনা শুক শুকখ্রবা অহিংনি। মখাদা হী অমা অনিদ থানবা থাওমৈ মঙান্না লৈচিন নোংফাই থরমখৈ ফাওদতুনা মমীশামী ওইনা ঙাল্লি। সেন্টপল গির্জাগী ঘড়িদা নোংয়াইগী পুংজা থিংলি। কোন্নুং, য়ু দুকান, জেল, অঙাওবগী শঙ, চাবোকশঙ, শিরমদাইগী ফমুং, অনাবগী কা, অতুম্বা অঙাং পুম্নমক অসি নোংয়াইচবুক্তা মমীনা কুপথ্রে।

মিনিট অমা অনিগী মতুংদা মফমদুদা অনেকপা গাড়ী অমা থাররে। গাড়ী অদুদগী হন্নুবা ভদ্রলোক অমা লৈশাবী মচা অমগা লোইননা কুমথরক্লে। ঋানসিনা প্রক্ প্রক্ চংশিল্লগা হায়; "অসিদা মরক—অমজাও সড়ক অসিদা বা ঙাংনবা কি; আদা সিঁড়ি মথা অমিদা কুমসি।" অসি হায়রগা কুমপদোরিবা সিঁড়ি অমদা পুক্লোনদা থিল্লি।

অরাপ্পদগী ম্যানসিগী থুদোনবী মায়গৈ য়েংদুনা ঙোয়ানা থুনিং কাংনা কাংনা চত্তুনা সিঁড়ি মথাদা থুপ্তুনা লৈখ্রে।

ম্যানসিনা মাং থাদুনা হন্নুবদুগা লৈশাবীদুনা সিঁড়িরোম্না কুমথরক্লি। থরা চৎলগা ভদ্রলোক অদুনা ম্যানসিদা হায়রকই—"লৈশাবী মচাসিবু ঐ অমুক থাপ্পা চৎকল্লরোই। নংগীদমক ঐখোয় ক্না থাপ্পা লাক্লেনা!"

"ঐগীদমক!"— ম্যানসিনা য়াকলপ্পা হায়রকই। "তাকপিয়ু! তাকপিয়ু! ঐদি হায়না হায়রিবদুনি — লমজাও সড়ক মথক্তা অদোমগা হায়রী শাবা কি ঐ ঙসি কয়ি তৌরবনো পংক্লিন্না কি। অশিবনা তম্বরি, ঙসি নুমিংচুপ্পা অমা ঈতেবা অশিবগী মুর্শিদা উদুনা লৈ। য়াচংবা মতুংদা লাইরিক অমা পারুই—অদুবু ছাপা ময়েকশিংদু ঈনা পূমঙাং ঙাংঃ।"

লৈশাবী অদুনা ভদ্রলোক অদুবু শ্যানসিগা নিংথি মিংথিজনা ঙাংনবা হায়জে। ঙসি শ্যানসিনা মপাম থোকপসিদা কনাগুম্বনা খঙলমগনি হায়না চিংনবা য়াত্রা হায়না হন্নুবদুনা হংই। ন্যানসিনা চিংনজে হায়না থুম্নকই।

ভদ্রলোক অদুনা মথা হংলকপা শাওথুমদা ন্যানসিনা ফাগিন ফাবগী য়াকম অসি য়ানিংদে হায়না ফোংদোকই। য়ানা হায় —"অচুম্বনি, মহাক কত্তুবা মীনি। অদুবু ঐশু অকবা নত্তে। ঐখোয় লৈমিন্নবনি মখোয়না মিংলবদি ঐগী কত্তুমমদু মখোয়না তৌবা য়াবনি, অদুবু মখোয় হৈদু তৌদে।"

ভদ্রলোক অদুনা হায়রকই—"অদু শুইরবদি মঙ্কসবু ইথুৎ চলহল্লু। ঐ রাশক্লিনসিনি নখোযগী মাংনবা করিমতা তৌরোই, নংগী মরা তাদনা ফাগিনবু আদালত্তা কাহল্লোই।"

ন্যানসিনা নৈশাবীদুদা হংই; "ইবেম্মবু হায়রিবা রাশক অসি শকপিরিব্রা?"

রোজ কোবী নৈশাবাদুনা হায়রকই; "উম, ঐসু রাশক অদু শক্লিবসিনি।"

অদুদগী ন্যানসিনা অসি য়োম্না তপ্না রা ভাংবা তৌখ্রে মতুদি নোয়ানা মাগী লোৎকম অদুদগী রা করিমতা তাবা ফংদ্রে। মঙ্কসকী মরমদা ন্যানসি খঙবা উবা পূন্নমক ভদ্রলোক অমসুং নৈশাবীদুদা তয়ে। মানা হায—"মঙ্কস হায়নসি মরেপ রাংবনি; মিংহন্নবা চৎপনি, চৎপা মতমদা নাকল যেৎ ওই অনিদা কোইরুপ কোইরুপ য়েংবনি, মমিৎ যাম্না কুৎপনি – কুচুদি মশমদোনা রাও থাংনবনি, মতম নৈবা খিবিক্তা অভরকোট অমা লিৎলগা মঙকশম লোত্তুনা চৎপনি. মাগী মঙক্তা •• ••• •••

—"অভাংবা দাগ অমা নৈ।" ভদ্রলোক্তনা হায়রকই।

—"এঃ অদোমবু মাবু খঙবিব্রা?"

- "খঙবগুম তৌই। ফরে, নংনা ঐখোয়গী ইতেং য়াম্ন পাংলে। হৌজিক ঐখোয়না নংগী করি তৌ হায়বগে?"

ন্যানসিনা থুম্নকই—"করিমতা তৌবিন্নু, করিমতা তৌবিগন্নু।" ন্যানসিনা করিগুম্বা অমতা লৌ হায়বা য়াখিদ্রে

মতমহুদা ভদ্রলোক অদুনা হায়রমই—“অদুদি ঐখোয় হৌজিক কম্নি তৌগনি! ফজে,—ঐখোয় হৌজিক চ'লগে—ইবেম্মা নংবু ঐখোয়না কুইনা পলহল্লে।”

ম্যানসিনা ইপা পাথংনা হায়রকই – “হোই।”

রোজগা ভদ্রলোক অদুগ' চৎখ্রে। ন্যানসিনা সিঁড়ি মথক্তা লোংখাক লোংনা লেপ্লগা হিক্না চিক্না কপ্পুনা পুক্রিংগী অবাবা খরা কোকহল্লে। অদুদগী মশা শোন্থরবা ন্যানসিনা মশা থক থক নিক্না মকম অদুদগী চৎখ্রে।

নোয়ানা মাগী লোংফমদগী লোম্না য়েংলকপদা পুন্নমক চৎখ্রে হায়বা উরে মতম অসিদা মহাক্না থোরক্তুনা ফাগিনগী ময়ুমলোমদা প্রপ প্রপ চেল্লক্লে।

*　　　*　　　*

নোংঙানগদবা পুং অমা অনিরোম রাৎলি। বসন্তগী ঋতুদা মতম অসি নোংয়াই চবুক্কি হায়না লোবা য়াই। মাইকৈ মরিমক্তা পূর্মচিক চিকখ্রে। ফাগিন্না মাগী গুহাদা ফমদুনা লৈরি—মাগী মমায় অদু য়াম্না মকশিল্লি, মম্নিৎ ঙাংশং ঙাংই। লৈমায় থক্তা নোয়া হাঁশ শিনা তুমদুনা লৈরি।

ফাগিন অসি চিন্তা ঈগক ঈপোমদা তাওদুনা লৈরি। মাগী মশাদু ন্যানসিবু তুকচ্চবা অমসুং শাওবনা থক থক নিকখ্রে। মাদু ন্যানসিনা মাবু ফাহন্দনবা তৌরম্মী হায়রসি নহাক থাজবা ঙমদে।

মতম অসিদা মথুক্তা ময়োম অমা পায়রগা সাইক্স থুংলরে। পোৎ ময়োম অদু ফাগন্দা পীরগ হায়রকং, মসি লৌথংলু—

পোচৈচশিংসি খোমজিনবা কুইনা চংখ্রে ····· নত্রবদি পুং অনিগী মমাংদা থুংলগদবনি।"

পোংয়োম অদু লৌখংলগা ফাগিন্না সাইক্সতা মিংকম হোংদনা য়েংদুনা লৈরে। সাইক্সনা হুংলকই—"করি তৌরে ? করিগীনো নয়া কাদুনা ঐঙোন্দা য়েংদুনা লৈরিবদি ?"

ফাগিন অসি যৌনা থক্কংলম্মী মদুদ বা ঙাংগে হায়রনা হোংনবদু ঙাংবা ঙমদ্রে। সাইক্সনা শাওশিংলদুনা হায়রকই—"করি তৌরে ? ঙাওরবরা ? অদুম তৌনা ঐঙোন্দা য়েংদুনা লৈরিবা করিগীনো ? ঐবু যেগেরা ?

ফাগিন্না উচিন-নাচিন্না হায়রকই ; "নত্তে, নত্তে, ঐ মংবু করিস্ত শাওদে।"

সাইক্সনা ফাগিন্দা মুন্না য়েংংগা ফুরিংখাওদা য়াওরিবা পিস্তলা অদু মথুংনা মাহ অদুগা হায়রকই—"শাঙদ্রবদি কৈ ; নত্রবদি ঐরা মংরা অমা শিবা শোয়দবনি। কনানা হান্না শিগদগে হায়বদুগী মরমদা কোক শারুদুনা কান্নদে।"

বা অদু করিগত' তাদনা ফাগিন্না হায়রকই—"নংগা ঐগা বা ঙাংনগদবা লৈ, বিল।"

সাইক্সনা হায়রকই, "প্রপ প্রপ হায়য়ু, নত্রবদি ম্যানসিনা ঐবু শিরমাল্লে হাযনা নিংগানি।"

—"অদুনি—মহাক্সা শিনবগী লম্বী শেমলদ্রে। করে, খল্লু, বিল অসিদা ভুস্লিবা অঙাংসি"—অসি হায়রগা ভুস্লিবা মোয়াবু য়েংলগা হায়রকই ; "অঙাং অসিনা য়েক্রবদা ঐখোয়গী অরোনবা

পূন্নমক তাকলুয়বনি—অদুগা মখোয়গী লৈকম চাফম অমসুং শকওং-শাদা শিংশিংনা তমথোকলুববদি—নং অভাং অসিবু করি তৌগনি?

—"অদু ওইরবদি ঐগী খোংউপকী য়োপী অসিনা শিংকুপ শামা নেংকনি।"

—"অওইববা?"

—"ভমনি ভম্পোষ্ট-তৌরগা খভগনিদনা।"

—"চার্লি মত্রগা কন্দ্রংনা থবক অসি তৌরবদি? মত্রগা—"

—"অমা ওইগে ওইয়ু, অম' ওইগে ওইয়ু—খোং খোংপা চপমান্নমা অবাবা ফংগনি।"

বা অসি তাবদা মমিং লোংনা বোলটার কৌরিবা নোয়াবু হৌদোক্লে, অদুগা ন্যানসিগী বারী পূন্নমক লীহল্লে। নোয়ানা কয়ম্না মহাক্না ন্যানসিগী মতুং ইন্নবা, অদুগী কয়ম্না ন্যানসিনা হন্নুবা অমসুং লৈশাবী মচাদুনা উনদুনা মঙ্কসকী বারী শাবা পূন্নমক চিথ-দনা তম্লে।

—"হিংচাবী! হিংচাবী!" হায়না লাওরগা ফাগিনগী মখুৎ কম্বয়ম্লগা মপান্দা চেম্হোকখ্রে।

ফাগিন্না মাবু ফাগে হায়না হোংনরুবদুসু অরেম্বা তারে। অরোইবদা ফাগিন্না সাইক্সতা পাখক্তুনা হায়জে—"য়াম্না থিনা তৌরুনুকো বিল! মত্রবদি ঐখোয় অবাবা তাগনি!"

করিগুম্বা পাউথুম অমতা পীরমদনা সাইক্স চেনখ্রে। অদুদগী করিমতা পন্দনা অমসুং করিগুম্বা অমতা য়েংদনা ময়ুমদা চুমত্রিং

লাক্লগা ভুমিগ্না ইমুং চংদুনা থোঙ লোমশিল্লে। অদুদগী সাইক্লনা ত্থানখি হৌদোক্লে। ন্যানসিনা ইফিং ফিংনা হৌগংলক্লগা হায়-রকই—"বিল, নং ওইরে ?"

ইমুং মনুংদা মোমবাতি অমা থাল্লম্মী। সাইক্লনা মোমবাতিদু মুংথংলগা লাক্লুনা লংথোকখ্রে। মোংঙানবগী মঙাম উরদুনা ন্যানসিনা মিহুৎকী পরদা চিংখৎকে হায়না তৌজে। সাইক্লনা খাল্লগ হায়রকই—"পরদা'দু অদুমক লৈফসনু, ঐনা তৌদোরিবা থবক অসিদি অংম্মক য়াগনি।"

ন্যানসিনা কিরদুনা হায়রকই "বিল, নং ঐঙোন্দা অদুম হায়না য়েংদুনা লৈরিবা করিগীনো ?"

মহাপাপী সাইক্লনা ন্যানসিবু ঙাইহাক মুন্না য়েংলগা মঙক লাক্লুনা লময়াইদা পুরক্লে অদুগা মচিন কপ্পা মেনশিল্লে।

ন্যানসিনা নাম্থোক্লবা কপ্পা হোৎন-হোৎননা হায়রকই—"বিল, বিল, ঐ নাওয়োই, ঐ কপ্লোই—ঐনা করি তৌরবগে হায়য়ু !"

মহাপাপী অদুনা ময়া ক্রক ক্রক চিক্লদুনা হায়রকই—"ফিংচাবী, ঈরুপ্পগা ন'না লোপ্পা লোপ্পা ঈশিং থকপদাই ? খঙব্রা নং—ঙসি নঙুংদা গুপ্ত চর ইন্নে, নংনা মফম অদুদা চত্তুনা ঐখোয়গী মাং তাক্লবা তৌরুরিবদো ঐ খোং খোংপা খঙই।"

ন্যানসিনা তেংথাদুনা হায়রকই—"বিল, ঐবু থাজো, ঐ নংবু কন্নবা হোৎনরুবনি—নংগী মাংবা ঐ করিমতা তৌদে। ঐবু হাৎত্রিঙৈদো ঐগী বা সিঙদি তাখে—ঐগী ফনবগী দমক

হায়বা মন্তে, নংগীসু কনবা হায়ৰিবনি—বিল, ঐবু হাংত্ৰিৰেলা অমুক্তা ভাইখো। ঐ চুন্না হায়ৰিবসিনি, ঐবু থাজো, ঐ নংগী নাংনবা তৌদে।"

সাইক্সনা মথুং মাম পাদোক্লগা পিস্তল শংলে। অদুবু পিস্তল কাপ্লবদি মী তান্নরক্কনি হায়বসি মৈ হৌনা শাওৰিইভে অসিদসু সাইক্সনা ভাব তাই। মরম অসিনা পিস্তল মনিংনা ন্যানসিগী মমায়দা য়াম্না কন্না কন্না শুরে।

ন্যানসি লৈমায়থক্তা তুথখ্রে—মরাইবক্তগী ঈ রা রা লাওনা হাথরে। ন্যানসি খাংবা ভমদ্রে। অদুবু য়াম্না রানা মথু শৌদুনা অমুক্তং ফম্লগা মথাদগী রোজনা পীবা রুমাল অদু পায়রগা মমায় নোংথক ওন্দুনা ঈশ্বরদা প্ৰাৰ্থনা তৌই। মসিগা লোইমনা মাগী মমিৎ অনি অদু মতম চুপ্লগী দমক উইশিনখ্রে।

সাইক্সনা মতুদসু পেনখ্রে। ন্যানসিগী মশাদা থরাইগী মমী খিত্তুং লৈরিবা ফাওবা সাইক্সনা থাগে নিংদ্রে। মরম অসিনা চৈতুপ অমা পায়রগা ন্যানসিগী অশিবা মশাদা হন্না হন্না ফুধরে! অদুদগী মহাক্না কম্পোর অমনা ন্যানসিগী অশিবা মশাদু কুপ-শিল্লে। ন্যানসি লৈমায়থক্তা ইথোং মরক্তা শতুম মপৈ অমা তাদুনা লৈরি।

সাইক্সনা মৈ চুখৎলগা ন্যানসিবু ফুরুবা চৈ অদু মৈ থাজোক্লে। মমায় মমিৎ তাথোক্লে অদুগা মক্ষি-মরোন্দা পকপা ইশিংদু তক্ক তক্কদুনা শেংদোক্লে। মফিদঃ চোংলিবা ই অদু ঈশিংনা চাক্লম

ফাওবা কোকত্রে হায়বা উরদুনা অদুবা মফম অদু কাটিনা কক-খৎলে। অদুদগী হুই পুদুনা মপান থোরক্লে।

লম্বীদা চৎনা চৎনা মথক্কী মিহুখোংদা অমুক্তং য়েংই, অদুবু ন্যানসিনা মঙালগী দমক হাংদোকে তৌরুবা পম্বদা অদু অদুম্মক থাদদুনা লৈবা উই।

অদুদগী সুমিৎ থোরক্তুনা মথং মথং য়ুম অসিগী কা মন্নুং-দন্থ মঙাল চংবা হৌখ্রে।

সাইক্সনা হুই খোংদুনা হুই কৌরগা মখোং প্রপ প্রপ থাংদুনা চৎপা হৌরে।

*                    *                    *

সুমিৎ তানিং-তামাং তৌবা অদুবাইদা নেকলকপা গাড়ী অমদা তোংদুনা লাক্রগা কোম্পোং ময়াদা মিঃ ব্রাউনলো কুমথরে। মাগা লোইননা অতোপ্পা মী অনি অদুস্থ গাড়ীদগী কুমথরক্লে। মখোয়না ব্রাউনলোগী ঈঙ্গিৎ মতুং ইন্না মঙ্কসবু গাড়ী মন্নুংদগী কুমথহল্লে।

অদুদগী সিঁড়ি কাখত্তুনা য়ুমগী কা অমদা মঙ্কসবু পুনশিনখ্রে। মঙ্কসনা ইমুং মন্নুংদা চৎনিংদবা মতৌ থবা উবদা ব্রাউনলোনা চংত্রবদি পুলিস তাক্তুনা কাহনগনি হায়রে। বা অদু তাবদা য়াত্রদুনা মঙ্কস ইমুং-মন্নুং চংলে। ব্রাউনলোনা মাগী মীশিংদা হায়রকই—"নখোয় থোঙ লোনশিল্লম্মু—ঐনা কৌরগা হেক চংলকউ।"

মী অনিদু চৎপ্রবা তুংদা মঙ্কসনা ব্রাউনলোদা হায়রকই—"ওঃ অদোমদি ঐগী ইপাগী মরূপ্নি হায়রগা ঐবু ওস্থোকপা মওং অমদা লোইনবিরি।"

ব্রাউনলোনা হায়রকই—“নংগী নপাগী মরূপি হায়ড়ুনা অসুমা লোইমবা তারিবনি। তাও, মমাংদৈদা নংগী ননেগা ঐগা লুহোংবা হায়না লেপ্পরম্মী। অদুবু মীনা নিংবনা অমা লাইনা তম্বনা অমা হায়ড়ুনা শনে অদু লুহোংত্রিদৈদা শিখি। মহাক নিংশিং-লুবদা ঐনা ওসি নংবু লুনা তৌরিবসিনি. এডবার্ড লীফোর্ড।”

মঙ্কসনা হায়রকই—“মিং অদুগা ঐগা করি মরী লৈবৈ?”

—“করিমতা লৈনদে। নংনা মিং অসি হোংদোকপসে ঐ ওস্থোক্লা য়াম্না মুংঙাইরে। অমুকস্ত তাও -নংগী মনাও অমা লৈ। মাগী মমিং পনবদা নংনা ঐখোয়গা চৎমিন্নসি হায়বা য়াদড়ুনা লাক-লিবসিনি।

– “ঐগী ইনাও অমতা লৈতে।”

ব্রাউনলোনা হায়রকই—“ঐনা হায়রিবসি তাও। নংগী নপাদু করিগুম্বা মরম অমদগী নৌনা লুহোংবা তারম্মী। লুহোংবা মতুং থরা লৈরগা মহাক অসি মতম চাদনা পোকই। নতোমতা পোকই। অদুদগী নমাগী শাক্কৎ-লীচৎ ফজদবদগী নংগী নপাগী পুক্নি অসুম অসুম ফংখিদে। মতম অসিদা নমানা নংবু দেশ-বিদেশতা কোইপু পুড়ুনা চৎলি, অদুগা নপানা ইংলণ্ডদা অদুম্মক লৈহৌই।

মঙ্কসনা হায়রকই—“ঐ অসি পুম্নমকসি অমতা খঙদে।”

ব্রাউনলোনা হায়রকই—“নং পুম্নমক খঙই হায়বা ঐ মুম্না খঙই। অদুবু অমুকস্ত তাও—অদুদগী নংগী নপানা পেন্সম কংলবা ঊশিং লাম্নীগী থবক তৌবা নিপা অমগী মুপী অমত্তুং মচানুপী অনিগা য়ান্নী-য়াতাই শাবা হৌই। মচানুপী অহন অদুগা নপাগা

লুক্ষোক্‌লা হায়না লেপ্লে। মতম অসিদা নুপী ময়ুমগী পিথা অমা শিলদোৌী তৌরকুবদা নপানা য়োমদা অনাবা পুদুনা লাইশ্নেংৰা চৎলি। য়োমদা চৎকগা নপা অদু অরুবা লাইনা অমনা অদুম্মক শিথ্রে। নপানা শিত্রিৱৈদা কায়গুম্বা উকল অমতা তৌরমত্রে। মরম অসিনা মহাক্কী সম্পত্তি পূম্নমক্তু নহাক অমম্তুং নহাক্কী নমানা ফংবা তানা লৈয়ে।”

য়ামা মতাং অশ্বাহসি মঙ্কসনা ব্রাউনলোদ, য়েংদ্রবস্থ নুংসা-ম্বম ফাওবা হোন্দনা মুম্না ভারম্মী অমম্তুং উইলগী মরোল তাবদা তাইবং ফাওদুনা হ-কারবা মমায় অমম্তুং মথুৎ নাম্ভোকলম্মী।

ব্রাউনলোনা অমুক হায়থরক্লে—মায়েবাক্তা চত্রিৱৈগী মমাংদা নপানা ঐগীদা লাক্তুনা পোৎ থম্না শিন্নরম্মী। মসিগী মন্থুংদা নপাগী মথুৎমক্না য়েকপা মভোন্দা থাজরনী নুপী অদুগী তসবীর য়াওই। নপাগী সম্পত্তি পূম্নমক যোম্ভোক্লগা শেন থম্না নংভোন্দা অমম্তুং মমাদা পীরগা অতৈ অয়েম্বদুনা নমাতোন পুরগা মায়ৈ-বাক্তা অমুক চল্লক্তনা চৎখ্রগনি হায়না ঐভোন্দা লোম্না হায়রম্মী। নপাগা ঐগা উনবসি মসিনা অয়োইবনি নপা শিরবা মতুংদা নমাভোমগী মরী-মথোং লীরুবদা হান্নগী য়ুম থাদোক্তুনা চৎথ্রে, কদাইদা কনামতা থডত্রে হায়রে।

মঙ্কসকী মায়থোংদা নুংভাইবগী ঈথক হৌরক্লে।

ব্রাউনলোনা চৌকি অদু মঙ্কসকী মনাক্তা থম্না নকশিন্নগা হায়রকই—“নুমিৎ থরগী মমাংদা ঐনা নংগী মমাও অদুবু ভাকুশিংগী মথুক্তগী কনখি। ঐগীদা মশা শোক্তনা লৈবা মতমদা নপাম্না

য়েক্রম্বা মমাতোমগী তসবীর অসিগা মনাওগা য়াম্না মান্নবদুদা ঐখোয় পূমগুক ভকই। অদুবু অঙাং অদুগী মরী-মখোং খঙদ্রিঙৈগী মমাংদা অঙাং অদু লম্ফেদা অমুক চিংবিখ্রে। অদুদগী ফনা য়াম্না থিদুনম্ম ঐনা মাবু ফংদ্রে। মসিগী মমাংদা নংগী নমাম্ম শিগ্রবনি। মায় অসিমা ঐনা নহাকপু থিগে হায়দুনা "ওয়েষ্ট ইণ্ডিজ"দা চৎলুই। অদুবু নহাকপু মুমিৎ কয়ানিমরুম চংনা থিদুনম্মু ঐ নংবু ফংলকত্রে।"

মঙ্কসনা হৌগত্তুনা পোঙনা হায়রকই "বারো অসিনরা ঐবু হুরানবা ডাকু শিরিবা? অদোনদি ঐগী ইপাদু মুপী অমদা অঙাং পোক্লমত্রা পোক্লমদত্রা হায়বা ফাওবা খঙদে।"

ব্রাউনলোনা হৌগৎলগা হায়রকই—"অহানবদদি খঙলমদে; অদুবু হৌখিবা থাথাইসিগী মনুংদা খোৎ-খোৎপা খঙলে। হায়বদি নংগী নগাও অমা পোক্লম্মা, অদুগা নংনা নগাও অদুবু মুম্না খঙহ। নপাগী উইলম্মু লৈরম্মী; অদুবু নমানা ডইল অদুম্মু মাংহনখ্রে। অদুগা নগাওবু পোকপা নপাগী মরী-মখোঙ অদুম্মু নংনা হায়থি-বদুনি—"অঙাং অদুগী মরী-মখোঙগী অমতা ভাইবা খুদম অদু তুরেল ঈয়াহদা লৈখ্রে। অদুগা মমাগী মখুওগী পোৎ অদু লৌহোবা হনুবী অদুম্মু মোঙফম য়োম্রে।" নং নপাগী মাতক চাদবা মচানি, পাংদবনি, মীনম্বনি—নংনা হুরানবা ডাকুশিংগা লৌতুনরি করিগী লৌতুনরি? নংঙোন্দগী য়াম্না হেনবা মী অমবু হাৎকদবগী। অঙাং ওইরিঙৈদগী হৌনা নংনা নপাগী পুন্সি মাংহল্লকপনি। নংসি

অবুক ফত্তবনি পাপ অমসুং নরমচং ফত্তবনা নংগী হৌনশানি। হৌজিক নং ঐনা হায়রিবা বাশিংসি য়েংনিংলিবরা, এডবার্ড লীকোর্ড?"

মিষ্টার ব্রাউনলোনা থাঙ্গৎলকপা মরালশিংসিনা থুম্মৎখিদুনা মখীল য়াওদবা মঙ্কসনা তেংথারকই—"য়েংলোই—য়েংলোই—য়েংলোই।

শাওখিবনা মশা নিক্তুনা ব্রাউনলোনা হায়রকই—"ভুকচচরবা শয়তান ফাগিন্দা নংনা হায়বা বা পূম্নমক ঐ তাই।" নৈহৎ-পীরবা অঙাং অসিগী মতৌ উবদা ন্যানসি ফাওবা শাওরকই। অলিভার কম্নবা হোৎনবদা মথম্বাহ থাখি। ন্যানসিবু হাৎলিবা কাংবু অদুদা নংসু য়াওই—মীহাৎ অসিগী দমক্তা মহাক ঈশ্বরগী মখুত্তগী নাম্থোকপা য়ারোই।"

বা আস তাবদা মঙ্কস য়াম্না কিরে। মিঃ ব্রাউনলোনা হায়বা মতুং ইন্না মঙ্কসনা সাক্ষীগী মাংদা বা পূম্নমক হায়দোক্তুনা মশানা য়ারে হায়না সই তৌরে অদুগা মপাগী মাংহনখিবা উইল অদুগী মতুং ইন্না অলিভারদা মাগী ফংকম থোকপা সম্পত্তি শরুক অদুস্ম তাক্কে হায়না য়ারে। অসি পূম্নমক অসি ব্রাউনলোনা মঙ্কসপু করিমতা তৌবিরোই হায়না হায়বদগীনি।

মতম অসিদা ডাক্তর লসবার্ন ইমুং অদুদা চংলক্তুনা পাও তম্মরে—মতুদি সাইক্সপু ফাননবগী দমক মাইগৈ মরীদা মী শিন্নখ্রে। মাবু ফাবা মীদা পাউণ্ড চামা পীনি হায়না সরকারগী ভরফত্তগী লাওথোক্লে। বা অসি তাবদা ব্রাউনলোনা মশাগী ওইনা মনা পাউণ্ড য়াংখৈ অমসু পীনি হায়না ফোংদোক্লে।

টেমস ত্তুরেল মগান্দা তারিবা মীশিংদু লণ্ডনগী অয়াম্বা মীশিংনা খণ্ডদে। মোৎখুবা, নমথিখুবা অমস্তুং খোইদ্রিং খোইদ্রাং তৌবা লৈরক অখুবা কয়ামরুম চৎলগা মক্ষম অসি য়োই। লৈরকশিং অসিগী ময়াদা লৈরিবা মী অয়াম্বনা লাইরবা ভারি। নাকল য়েং-ওই অনিদা অহোংবা দুকান পরেং লৈ। লম্বীদা থবক কংদবা কুলীশিংনা ওমদুনা লৈ। টেমস ত্তুরেলগী খোংবান অমা লৈ। খোংবান অসি ক্ষোয়ারগী মতমদদা ঈশিং থুম্মি। মক্ষম অসিদা লৈরিবা য়ুমশিংসি য়াম্না মল্লি—মপু কনানো হায়বস্তু মক্ষম খণ্ডদে। অসিগুম্বা য়ুমশিং অসিদা অরোৎবা মী মত্রগা মীশিংমা তুমিন্না চংদুনা লৈ।

মক্ষম অসিগী অচৌবা দুতলা অমগী কা অমদা টোবি ক্র্যাকিট, টম চিটলিং অমস্তুং চহি য়াংখৈরোম শুরবা ডাকু অমগা ক্ষমদুনা লৈরম্মী। ডাকু অহন অসিগী মমায়দা মমাংভৈগী দাগ অমা লৈ। মাগী মমিং ক্যাগস কৌই।

মুংথিল পুং অনিরোম তাবা মতমদা ফাগিন ফাখ্রে। হায়-বসি চিটলিংনা তশ্মি। চার্লিগা চিটলিংগসি মৈখু উতোংদা লিৎ-থোক্তুনা চেল্লকপনি। বোলটার হায়বদি মোয়া অসি কোম্ফু অহাংবা অমগী মমুংদা লোৎপনি, অদুবু মমৈদা ফাখি। ন্যামসিগী অশিবা মশা উবদা বেটস্ কৌবা মুপী অদুনা পাখংখিদুনা লাও-দুনা চেম্থোরকপদা উপু শারংদা থেংজিন্দুনা মকোক কাইরে। মহাক হৌজিক হোসপিতালদ' লৈ। 'ত্রিভঙ্গ' শঙগী মী পূম্নমকস্তু ফাখ্রে।

বোলটার শোইদনা নিংথোগী সাক্ষী ওইখিনি ক্যাগসনা হায়।

মতম অসিদা সাইক্সকী হুই অদু ভংল ভংলদুনা ইমুংদা চংলকই। মংথোয়না হুই অদুবু ঈশিং খয়া পিথকই। হুই অদুনা ঈশিং অদু তেংনা থকতোই। সন্ধ্যা য়াচংলক্লে। য়ুমগী মিহুৎ থোংশিংদু হান্নদগী লোন্দুনা লৈরম্মী। মোমবাত্তি অমা চুথৎ-লগা টেবিল মথক্তা থম্লে অদুগা মথোয় ময়াম চেক-মোক লাও-দনা ক্ষমদুনা লৈরে। খঙহৌদনা থোঙজাওদা থিল্লক্লে।

মখোন অদু তাবদা হুই অদুসু মমিৎ-মনা চপ য়ুংলে। ক্র্যাকিটনা থোঙ হেক হাংদোকপদা মী অমা চংলক্লে। মী অদু মমায় তাইফেৎ তাই, মমিৎ কুশিৎ কুৎলি—মমিৎ হুম্নিরোম মকোই কোক্তুবা 'সিদা মকোই-ময়াং চোম্মি - লাক্লিবা নিপা অসি সাইক্সকী ভূত ওইরবোই নিংই।

বা অমা অনি ঙাংনয়বা তুংদা সাইক্সনা ক্র্যাকিটতা হংলকই— "মংদি য়ুম অসিগী মপুনি······নংনা ঐবু যোম্স্তোক্কদ্রা মক্ত্রগা ইরাং নেমদ্রিবা ফাওবা ঐবু অসিদা লোৎহনগদ্রা ?"

ক্র্যাকেটনা ঙাইহাক্তুং নিংজিং-মাংজিংনয়গা হায়রকই — " 'সিদা লৈরগা ফগনি খল্লবদি লৈবা য়াগনি।" ন্যানসিগী অশিবা মশা অদু মতম অদু কাওবা কবর তৌদ্রি হায়বসি সাইক্সনা হংলকপদগী মথোয়না হায়রকই।

অমুকসু থোঙজাওদা থিল্লক্লে। হন্দকত্তি চার্লি বেটস চংলক্লে। মহাক হেক চংবগা সাইক্সপু উয়গা তুংহন্নবা হন্দোকই অদুগা

হায়রকই—"মখাদা লৈরিবৈদা করিগীনো ঐভোন্দা তাকত্রিবা? ঐগী অতোপ্পা মকম অমা পীয়ু।"

সাইক্সনা চার্লিগী মনাকতা চংশিল্লগা হায়রকই—"চার্লি, চার্লি, নং ঐবু খঙদ্রবরাও?"

অঙাং অদুনা খরগা অমুক হন্দোক্লগা হায়রকই—"নং ঐগী ইনাক্তা চংলকনু, হিংচাবা!"

মা অসি তাবদা সাইক্স মরু লুকথদুনা লেপ্তুনা লৈ। চার্লিনা খুদুম শিংলগা লাওনা হায়রকই—"নখোয় অহুম্না সাক্ষী- নিকো ঐ মাবু কিদে—ময়াম্না মাবু ফাবা লাক্লবদি ঐনা মাবু ফাহল্লগনি। মাগী মতিক লৈরগা ঐবু হাৎসন্ন—ঐনা মাবু শোই- দনা ফাহনগনি = হাৎলে—হে' হাৎলে—কনা লৈবগে ঐবু কনবিরো।" অসি হায়না লাওরগা মহাক্না সাইক্সনপু লৈমায়দা ইনথুরে।

চার্লিগী মতৌ অসি উবদা মখোয় পূমভক ভক্তুনা লেপ্তুনা লৈরে। অদুনা সাইক্সকা চার্লিগনা লৈমায়থক্তা নম্নরি। সাইক্সকী কীল থৈদোক থৈদোক্তুনা চার্লিনা মতেংগীদমক কন্না লাওরি। অকোনবদা সাইক্সনা চার্লিবু নম্লগা মখুনা মঙকতা চপ্লগা থম্রে। মতম অসিদা ক্র্যাকিটনা কিবোই খংবোই মিহুৎলোমদা খুদোমবীমা থিনবদা মন্নাম পুন্নমক্না লৈরক্তা মৈঙান অমা চংলকপা উরে। মসিগা লোইননা মীয়ামগী নিনখোংবা মখোল তারে। মসিগী মমুংদা অমথক্তি শগোল মথক্তা তোংবা ওইনা উই। মসিগী মতুংদা থোঙ-থোঙনাওদা কন্না কন্না ফুজিল্লক্রে, মৈ হৌনা শাও- রবা মীয়ামগী অকিবা ফংলবা খোল্লাওনা পূমনিল মিনখ্রে।

চার্লিনা মখোনাও তৎপমখৈ লাওরকই—"হো 'সিদা লৈরে, হো 'সিদা লৈরে। থোঙ নমথেকলকও।"

সাইক্সনা হিংচা-য়াইতম্বগুম্না হায়রকই—"অভাং শয়তান অসি কাজিন্দুনা থম্বা য়াবা কা অমতা পীয়ু"

চার্লিবু চিংদুনা পুরক্লগা কা অমদা শো কোনশিন্দুনা থমখ্রে। সাইক্সনা ক্র্যাকিটতা হংলগা খঙলে মদুদি য়ুমগী থোঙ, থোঙনাও য়াম্না নিংথিজনা লোল্লি। অদুদগী সাইক্সনা মিছত্তা মকোক থিন-দোক্লগা মীয়ামদা লাওরকই—"নখোয়না ভম্বা শক্তি হোৎনজো ঐ নখোয়গী নতিক নগুণ য়েংগে।"

বা অসি তাবদা মীয়াম্না বা বা নিল্লক্লে। শগোল তোংবা নিপা অছুনা ময়ামদা লাওথোকই—"কৈরাক অমত্তুং পুরক্কনা পীবা ভম্বা মীদা গিনি কুনগী মনা পীগনি।" মীয়াম পুম্নমক বারোল অসি বা বা লাওনা ভাংনরক্লে। কনা কনাগুম্বনা কৈরাক, "কৈরাক অমম্তুং মুংথং, মুংথং" হায়না লাওই, অদুগা খরনা মৈনম খুত্তা পায়রদুনা কোইচেন চেল্লি, অদুগা খরনা অভাওবগুম্না চেকপন লানগদবগী হোৎনৈ। মখোয়গী মতৌ অসি নোং-মুংশিৎ মরক্তা লৌবুক্তী ফোনানা তৌবা মতৌগা চপ মান্নে।

সাইক্স থৌরি লিশাং অমা পায়রগা য়ুমগী য়ুমথক কাথৎখ্রে। য়ুমলোন কৈরোম্নবগী মুপী নহাশিংনা সাইক্সনা য়ুমথক কাখিবত্তু উরদুনা মীয়ামদা 'মথক কাখ্রে' হায়না কোইরাও লাওই। য়ুম-থক্তা সাইক্সনা খাঙেন্দা লেপ্তনা মখাদা য়েংথবদা উরে মদুদি থোংবান্দা ঈশিং লৈত্রে, লৈখোম লৈনাং ভাক্তা ভাইরে।

সাইক্সনা ভৌদৌম্বিবা মতৌ অমসুং উপায় লৈতবগী মওং অদু উবদা মীয়ান্না করাওরদুনা অমুক্কা হেন্না লাও-খোংলক্লে। হন্নু-ম্বা ভদ্রলোক অমনা মখোল হৌনা মীয়ামদা লাওথোকই— "মহাকপু হিংনা ফাবা ঙম্বা মীদা পাউণ্ড য়াংখৈগী মনা পীগনি।"

য়াফম অসি মীয়াম শিনবা থুংখ্রে সাইক্সপু ফামমবগী দমক মীয়াম অদু অমুক্কা হেন্না খোইরাংনরে। সাইক্সনা শিরুম শিরুম ভৌরদুনা মৈখু-উতোং মথক্তা কাখৎলে, অদুগা ময়া অমসুং মচিন্না মিৎকুপ অমগী মন্নুংদা কোঙ্গাই অমা য়ান্না হৈনা শেপ্লে। থৌরীগী মচিন অদু মৈখু-উতোংগী মখোংদা পুনশিল্লে। মতম চানা থৌরী করুবগী দমক মথুক্তা ছুরি মচা পায়রে অদুগা কোঙ্গোই মন্নুংদা মঙক হুক্রবা পোৗরাং তোরে। মাগী মতৌ অসি উবদা মীয়াম অদু অঙকপা ফংনা লাও-খোংলক্লে।

সাইক্সনা তহা তহা মঙক অদু কোঙ্গোই মন্নুংদা হুকচিনবদা ইখঙ খঙহৌদনা ওন্থোকপা খোনফম অমনা লাওখি—অমুকস্থ মিৎ অসে !"

অদুদগী নিক্কা নিক্কা চোংথরক্লে। অদুবু কোঙ্গোই অদু শেগ্রোক্তদি পনদ্রদুনা মঙক্তা পল্লে। মসিগা লোইমনা সাইক্সকী মথৱাই য়াওদ্রবা মশা অদু থৌরীদা য়ান্দুনা লৈরে - ছুরি পায়রবা মখুৎ অদু তপ নপশিনখ্রে।

মতম অসিদা সাইক্সকী হুই অদু কদাইদগীনো থোরক্লে অদুগা সাইক্সকী মঙকী থৌরী অদু উবদা মদু তন্না চোংথরকই। অদুবু নাম্থোক্তুনা মথাদা সুংদা মকোক য়ৈশিন্দুনা শিরে।

থোদোক অসিগী মুমিৎ নিনি কোনবদা অলিভারনা গাড়ী অমা ভাড়া তৌরগা মাগী পোল্লকম লমদমদা চৎলম্মী। মাপা লোইননা মিসেস মেইলী, রোজ অমসুং মিসেস বেডুইনসু চৎলম্মী। মিঃ ব্রাউনলোনা অতৈগা গাড়ী অমদা তোংদুনা চৎলম্মী।

লম্বী লমশাং অদু চৎপদা ময়াম্না ব্রাউনলোগী মচিন্দগী মঙ্গসকী ঋারী ময়া কানা তারম্মী।

গাড়ীনা লমথুংকম অসুম অসুম নকশিল্লকপগা লোইনমা অঙাং ওইরিবৈদগী দৃশ্যশিংদু অলিভারগী মমিৎনা উবা হোৌরক্লে—লম-জাও শড়ক, শম্বন-লুকলাং, যুমকৈ করি অমুক হায়নি লমজা লোইশঙগী থোঙশংবা ফাওবা মহোৌশা লেপ্পা মঙ্গমদা অদুম্মক লেপ-লম্বা উরে। মসি পুম্নমক উরগা অলিভারনা অমুকসু মোকই... অদুগা অমুকসু কপ্লি।

গাড়ী অদু শহরগী থ্বাইদগী হেন্না লুবা হোটেল অমগী মাংদা থারে। অঙাং ওইরিবৈদা অলিভারনা হোটেল অসিদা মূনা মূনা য়েংজৈ। হোটেল অসিদা মিঃ গ্রীমউইগনা ময়াম্বু তরাম তরাম্না ওক্লে। হন্দক্তি মিঃ গ্রামউইগনা মকোক চাগে হায়ব্রে। কল্লি অমুক হায়নি লম্বীদা গাড়ী থোরিবদুগা গ্রীমউইগকা লম্বী অশম্বগী মরমদা মরৈ য়েংনবদা গ্রামউইগনা মকোক চাগে হায়না অমুকসু শম্বী শোনখিল্লে।

চাক তোক্লবা মতুংদা মিসেস মেইলী, রোজ অমসুং অলিভার মতম কুইনা ফমদুনা লৈরে।

মুংদাংগী পুং মাপল্লোম তাবা মতমদ। গ্রামউইগ অমসুং ব্রাউন-লোমা মঙ্কসপু পুরগা হল্লক্লে। মঙ্কস উবদা অলিভার খ্বাই লাওই, মঙ্কসসু অলিভার উবদা কল্লক-মীতৌবমা পাখৎলি।

মিঃ ব্রাউনলোগী মথুক্তা চে মপুন অমা পায়রম্মী। লণ্ডনগী ভদ্রলোক কয়ামকুমগী মমাংদা মশামা মানা সই তৌরবা মঙ্কসকী জবান্নি হায়না ব্রাউনলোমা হায়। অদুদগী অলিভার উৎলগা ব্রাউনলোমা মঙ্কসতা হায়রকই—"এডবার্ড লীফোর্ড, মসি নংগী মমা তিম্নদবা মনাওনি—নংগী নপাবুং অমসুং অগ্নেস ফ্লেমিংগী মচানি।"

মিষ্টার ব্রাউনলোগী হুকুম মতুং ইন্না মঙ্কসনা হায়রকই মদুদি য়োম শহরদা মপানা য়াম্না কন্ন। মারবা মতমদা মমামা মপাগী মনাক্তা চৎলি। মপানা ইরম্বা চেশিং অদুদা অলিভারগী মমাদা ইবা চিঠি অমসুং উইল য়াওরম্মী চিঠি অদুদা অগ্নেস অসি মভোন্দা থাজরবা মুপীনি হায়না হায়রম্মী। মসিদা নত্তনা উইল অদুদা মসিমসু শিল্লম্মী মদুদি মঙ্কস অমসুং মমানা চঙি খুদিংগী পাউণ্ড চানিপান ফংগনি অদুগা লেমহৌবা সম্পত্তি অদুনা অমি থোক্লা য়েনগনি—শরুক অমনা অগ্নেসনা ফংগনি অদুগা অমদুমা অগ্নেসকী মচামা ফংগনি। অদুবু অগ্নেসকী মচানা সঙ্গ ফত্তবা ভিন্দুমা ডাকু-ভয়'ং ওইরবদি মাগী শকক অদু মঙ্কসনা ফংগনি।

মঙ্কসকী মমানা চিঠি অমসুং উইল অসি মৈ থাদোকখি। অদুদগী অগ্নেসকী শাগে নাহৈশিংগী মসুংদা অগ্নেসকী মরমদা মঙ্ক

ওইদবা কয়া প্রচার তৌই। অসিদগী অগ্নেসকী পরিষ্কারন্ম লৈরিবা য়ুম থাদোক্ল্লু না কনামক্তা তাক্লমদনা অতোপ্পদা চংখি। অগ্নেসমি চয়োল অমগী মমাংদা য়ুম থাদোকখ্রে। য়ুম থাদোক্লবা মঙ্গুম্দা অগ্নেসকী মপা অসি মথবাই শোকখিবনা হার্টফেল ওইদুনা শিখি।

থোদোক অসিগী মতুং কাইনথংদা মঙ্কসকী মমানা ব্রাউন-লোদা লাক্ল্লু না মচাদু সজ্জ ফত্তবা তিন্দুনা উৎসম্ম শান্বে হায়না তস্ত্রে। মাগী মচা হায়বসি মঙ্কস অদু মতমদুদা চহি তরাবিশগীম শুত্রে। মহাক্লা চহি মতাং অসিদা মমা থাদোক্লু না চেনখি। মঙ্কসকী মমা অসি অক্লবা ব্যাধি অম' থুংডুনা নাই। শিদ্রিভৈদা মচা অমুক্তং উনমিংই হায়। অদুদগী য়াম্ন' থিরব মতুংদা মঙ্কস কংডুনা মহাক্লা ফ্রান্সতা মমাগী মনাক্তা চৎলি।

মক্তম শাংনা নারয়রবা তুংদা মমাদু শিখি। শিরমদাইদা উইল অমস্তুং চিঠিগী অয়োনবা ময়োল তাক্লম্মী—অদুগা অগ্নেসকী মচা নিপা অমা পোক্লমাল্লে হায়না মমানা নিংখি হায়বসিস্তু মঙ্কসনা তস্মে। অগ্নেসকী মচানিপাদুবু চোকশিন্নবা মমানা মঙ্কসতা হায়-রম্মী। মঙ্কসন, মমাদা অগ্নেসকী মচাবু ভম্বমখৈ ওৎকনি হায়না বাশকই।

মমা শিরবা মতুংদা মঙ্কসনা অলিভারবু কাজিন্দুনা লন্ডনগী মবাক কাগিন্দা শেন য়াম্না পী হায়না মিঃ ব্রাউনলোনা হায়। কিনানাল বাজারদগী অগ্নেসকী কাপোক অমস্তুং খুদোপ লৌথুনা মাংহল্লি হায়বসিস্তু মঙ্কসনা মশানা য়াম্বে।

মক্কলনা ওাংবো লোইরগা ব্রাউনলোনা ঈঙ্গিত তৌতুনা গ্রীম-উইগনা থোকখ্রগা মিঃ বাম্বল অমসুং মিসেস বাম্বলবু কৌশিল্লুরে। মমুন্না হেক চংলকপগা চায়শিন্দুনা মিঃ বাম্বলনা হায়রকই— "আই! আই! অলিভারনিনা! অঃ অলিভার নংগী দময়ক ঐরুখোয় কয়া ঝানরবা!"

মিসেস বাম্বলনা থমকা তৌদুনা হায়রকই— "তুমিল্লেম্ম, বুর্বক!" মিঃ বাম্বলনা হায়রকই "আঃ মিসেস বাম্বল! মংঙ্গদি থৎলিরোই মসিদি ময়েক্লা তাবা মহৌশানি। ঐনা মাবু অমুক ঝানা অমসুং চেংকশিন্না য়োকলকপনি—মাবু ঐনা কাওবা য়াব্রা? ঐনা মাবু মমাংঙৈদগী হোমনা লুনা তৌজরকপনি—ঐগী ইবুঙ্ঘো-শুগা লুনা নিংজবনি। অলিভার, নংগী তাধন ভদ্রলোক অদুগী পাও তাকরা? হৌথিবা চয়োলদা মহাক শিখ্রে।"

গ্রীমউইগনা খোন থরা য়াকপপ্না হায়রকই—"আঃ অদোমগী স্বমচু থরা খিত্তং হোম্বিবিয়ু"

মিঃ বাম্বলনা হায়রকই—"ও, কৈ, কৈ। অদু করম তৌকি-রিবগে স্যার?—ব্রাউনলোদা ওনশিন্দুনা হংই।

ব্রাউনলোনা য়াহংগী পাওথুমদি খুমত্রতুনা মিসেস বাম্বলদা মঙ্গল থওব্রা হায়না হংই মিসেস বাম্বলনা থওদে হায়না শেংনা খুমিয়। সনাগী কাগোক অমসুং পুদোপ অদুস্থ থওদে হায়না মিসেস বাম্বলনা চেপ্লে। অদুদগী ব্রাউনলোগী ঈঙ্গিতগী গ্রীমউইগনা শেঙ্গা শেঙ্গা চতুনা কুষ্টী থুংবী হনুবী অনিখক কৌশিল্লুরে। হনুবী অনিদুনা তাকথোক্লে মতুদি স্যালী কোবী হনুবী অদুবা

শিরমদাইদা বাম্বলনা মখোয়বু মপান্দা তাম্বোক্লগা শ্যালীনা মিসেস বাম্বলদা বা খরা হায়। বা অদু মখোয়না মপান্দগী শেংনা তাবা ফংই। মসিদসু নত্তনা মখোযনা সনাগী ক্বাগোক অমসুং খুদোপ অদু মিসেস বাম্বলনা বন্ধক লৌবা তুকান্দগী হন্দোকখিবদু উহৌই।

মসিগী মতুংদদি মিসেস বাম্বল কব্বিমতা য়াদবা তৌদ্রে। মাগী বা অদু লৌইরগা মিঃ বাম্বলনা মিঃ ব্রাউনলোদা ঘটনা অসি-দগী মহাক লমজ্বা লোইশঙগী থবক তোকপা তাগদ্রা হায়না হংই। ব্রাউনলোনা তোকনি হায়না খুম্মি। মিঃ বাম্বলনা হায়রকই—মদুদি থবক অসিদ মাগী খুং কব্বিমতা য়াওদে, পুম্নমক মাগী মুপীগী খুজিন্নি। বাম্বলগী বা অসি আইনগী থোংদা লৌবা য়ারোই হায়না মিঃ ব্রাউনলোনা হায়। মরমদি মিঃ বাম্বলনা মশানা খঙনা উনা মরী-মখেঙগী খুদম অদু মাংহনখ্রবনি অমসুং মাগী মুপীনা মবাগী মিৎলৈ মতুং ইন্না চচ্চবনি।

মিঃ বাম্বলনা হায়রকই—"আইন্না অদুগুম্বা মওংদা চত্থরবদি আইন অসি গাধা অমনি অদুগা আইন হায়বসি কদোইঙেদমু লুহোংদে হায়বা য়ারে।"

বাম্বল মতৈ মনাও চৎখ্রবা তুংদা ব্রাউনলোগী বাহংগী পাও-খুমদা মঙ্কসনা হায়রকই মদুদি মহাক্না য়োজবু মমাংইঙো তোইনা উখ্রে। মঙ্কসনা মথাসু হায়খরকই—"মম-মপা কাইনদুনা অয়েসকী পিক্লিবী মনাওমুপী অদু চংজকম লৈতদুনা লৈ। অদু-দগী থাংপোকশঙদা লৈবা লাইরবা অমনা মাবু য়োক-থাকই। শাগৈ নাতৈশিংনা অঙাং অসিগী মরী-মখোঙ থিবা ফংব্রগনসু ঐগী ইগানা

অঙাং অসিবু খিদুনা লৌথোক্লুই অদুগা মাবু য়োক্লম্বা মী অমুদা শেন খরা পীরম্লগা অগ্রেস অমস্তুং মনাওমুপীগী মরমদা কন্তবা বদনাম কয়া শন্দোকই। অঙাং অসিবু চংজকমদগী লৌথোক্লুবা লমজা ওইহনবনা ইমাগী উদ্দেশ্য ওইরম্মী। মতম অসিদা লৈবাকমচা তাবী লুপ্পা অমনা মুপীমচা অসিবু মুংশিবিদুনা য়োকপিখি।"

ব্রাউনলোনা হংলকই—"অঙাং য়োকই হায়রিবী মুপী অদু মফম অসিদা লৈব্রা ?"

মস্কসনা খুম্মকই— "লৈ, অদোমগী খুত্তা ভাদুনা লেপ্লিবী মুপী অদুনি।"

মিসেস মেইলীনা পাখত্তুনা য়োজবু মথাদা কোমশিল্লগা হায়রকই—"বা পুন্নমক অচুম্বা ওইরবস্তু, য়োজদি ঐগী—পৃথিবীগী সনা-লুপা পুন্নমক পীদুনস্তু ঐ মাবু থাদোকপা ঙম্লোই।" অলিভারনা য়োজবু কোল্লগা হায়রকই—"ঐদি নংঙোন্দা ইন্দোম হায়না কৌরোই—ইচে হায়না অস্তম্মক কৌগনি।"

ঙাইহাক লৈরগা হ্যারী মেইলী কা মমুংদা চংলক্লে। মতম অসিদা য়োজ অমস্তুং হ্যারীবু কা মমুংদা থনম্লগা ময়াম পুন্নমক থোকখ্রে।

হ্যারীনা য়োজদা বারী পুন্নমক তাযে হায়না খঙক্লে। হৌজিক য়োজগী বদনাম কোক্লবনিনা লুহোংবগী বা হৌদোক্লে হায়না লাক্লিবনি হায়রে।

মোঙ্কস মতুদগী য়াদ্রে, মরমদি মদনাম কোক্লমগী মোঙ্কসী সম্পত্তি কনিস্ত লৈত্তে। অসিগী মথক্তদা হ্যারীদি ইমাক কৈমাক খুমবদা মতুনা পার্লিয়ামেন্টকীগী মেম্বরনি।

হ্যারীনা অপনবা অতু লৈত্রে হায়না মোঙ্কসনা খঙহন্নি। মরমদি মোঙ্ক অমসুং হ্যারীগী থাক খেন্নবতু কোক্লনবা হ্যারীনা পার্লিয়ামেন্টকী মেম্বর ওইবা তোকখোক্ত্রনা খুমগী পাদরী ওইবগী কম অমা পায়রে হন্দকুগীদি মাগী পুন্সি অসি য়াম্না ইংলগনি, মরা ভপ্নগনি অমসুং ঈয়াং য়াওয়রোই।

মোঙ্ক হৌজিক্তদা য়াদবা য়াত্রবদুনা লুহোংবগী থাকম অতু য়াখ্রে।

* * *

অহিং অমা চাক চায়বদা মিঃ গ্রীমউইগনা লাংজবা অমসুং হনাওজব অতুদি তমদুনা থাজরোই! ইকুই-কুইদনা লুহোংগ-রোয়বা মতৌমনাও অনিবু থম্মোক য়াওনা য়াইফমিজো কোরে।

হয়েং ফাগিনবু ফাঁসি তৌগদৌরি। জেল মমাংদা মী য়াম্না তিল্লম্মী। মখোয় খুদিংনা দণ্ডি অতু হোংদোকখিবরা হংঙ্কে। হোংদোক্কে হয়েং ফাঁসি তৌগনি হায়বা তারদুনা তিল্লম্বা মী পুম্নমক অসুম অসুম চৎনখি। ব্রাউনলোগা অলিভারগা বন্দি অতুগা উনগে হায়দুনা ম্যাজিস্ট্রেটকী চে অমা উৎলে।

জেলগী মী অদুনা হংলকই—“ইবুঙো অসিসু চংগত্রা? অঙাংশিংদি য়েংবা মুংঙাইরোই, স্যার।”

“অওইবনি, মরূপ,” ব্রাউনলোনা খুম্মি; “অদুমু ঐঙোন্দা অসি অঙাং ফসিগা মরী য়াম্না লৈনৈ। অমুক অনি-অনিনি অনিদা

থমথেংনা কচ্ছিনৈদা লোইয়কপনিমা মাগী পোলোই কমদৌবগে হায়বদু য়েংহনবনা কগত্রা খল্লি।"

জেলগী মী অদুনা অলিভায়দা অঙকপগা লোইনবা য়েংই। অদুগী অমনা অমসুং থেক্কোই থেকোই তৌবা লম্বী কম্বামকুম কাংলোক্লগা জেলায়দা ব্রাউনলো অমসুং অলিভায়বু ফাগিনা লৈবা জেল মনুংদা পুশিনখ্রে।

ফাঁসিগী দণ্ড ফংলবা বন্দি অদু কমুং মথক্তা কমলম্মী। মশা অদু নাক-য়েৎ ওইনা নোমলম্মী। মহাকী শককম অদু খী মান্দে, লাংদা থুরবা শা মাল্লি। মহাক অসি মাগী হাক্নগী থবক থৌওংদা লুপ্লি। মী লাক্লিবদু উদে। মচিন্না মকুম মকুম শোল্লি। "বেশ্ বেশ্ চার্লি—সাবাস অঃ অলিভায়বু···হাঃ হাঃ হাঃ অলিভায়সু—হাঃ ভদ্রলোক পুর' ওইরে······অডাংদু কমুংদা পুশিনখ্রো।'

"ফাগিন, জেলায়না কৌয়কই।

"ঐনি ফাগিন হায়বদু"—মহান বিচার নুমিত্তা তৌখিবা মওং অদুদা হায়রকই—"হনুবনি, মাইলোর্ড, য়াম্না হনুয়বা মী অমনি।

বার্ডয়না মথবাক্তা নমথরগ। হায়রকই -"য়েংউ, 'সিদা নংবু উনগে হায়দুনা মী লাক্লি, নংডোব্দা বা থরা হংনিংমাল্লে। অস্লিবরা ফাগিন্, নংবু মী ওইরিবরা?

"ঐ মী ওইরোইদবা কুইররোই" অসি হায়নগা অশাঙবা মমংসুং অকিলগী মুথুনা চৈরকই—"হাংলো থোৎ-থোৎপা মহাক্নানা ঐবু কক্সিলীদমক মতুপ মতুপ লেরগদৌরি?"

জেলারনা ফাগিন্দা হায়রকই - "ভপথৌ।" অদুদগী ব্রাউন-লোদা গুনশিন্দুনা "স্যার, হায়বিগদবা হায়বিহৌয়ো মহাক অসি অমুম অমুম ফচিন্নক্কে, খরা থুবিয়।"

"নংভোন্দা চে খরা লৈ," ব্রাউনলোনা চংশিল্লগা হায়রকই, চেশিং অদু মক্কন কৌবা অমনা চ্যেকশিন্না থম্নবা নংভোন্দা শিন্নরম্বনি।"

"মচিন থিবা ভাক্কি," ফাগিন্না থুম্মি। "ঐভোন্দা চে অমতা লৈতে, চে অমতা লৈতে।"

"ঈশ্বরগী থৌজালগী দমক," ব্রাউনলোনা লেম্না হায়রকই, "চৌজিক শিন্নমদাইদা অদুম্না ভাংগনু। চেশিংদু কদাইদা লৈবগে হায়মু। নংমু খঙলিবনি সাইক্স শিরে, মক্কসনা খোৎ-খোৎপা চায়দোক্তুনা মশানা য়ারে; অদুনা হৌজিক করি কান্নগনি? চেশিংদু কদাইদা লৈ?

"অলিভার" ফাগিন্না কৌরকই। "সিদা লাও, সিদা লাও, ঐ লোম্না নংভোন্দা তাকে।"

"ঐ কিদে"- অলিভারনা মিঃ ব্রাউনলোগী খুৎ নাম্মোক্তুনা লোম্না হায়।

"চেশিংদো," ফাগিন্না অলিভারবু চিংশিল্লগা হায়রকই "ক্যানভাস বেগ অমদা য়াওবনি। বেগ অদুদি মহাক্কী মমাংথংবা কাদা পাল্লিবা লৈথু-উভোং অদুগী খরা চৎথৎলগা অহোবা অমদা লৈবনি। ঐ নংগা য়ারী শানিংই, ইবুঙ্ঙো ঐ নংগা য়ারী শানিংই।"

"হোই, হোই শাসি" অলিভারনা খুম্মি। "ঈশ্বরগী নাম অমুক্তা শোনখিগে। নংস্থ ঐগা নাম শোনমিন্নসি - খুকউ লৈভানা অমুক্তং শোনসি। অদুদগী হয়েং অমুক ফাওবা বান্নী শাসি।"

"মপান্দা, মপান্দা" ফাগিন্না অঙাং অদুবু থোঙলোমদা ইল্লগা লাওরকই। অদুদগী অলিভারগী কোকথকবাইদা শুন্দ্রংদা য়েংলগা হায়রকই—"ঐ তুমত্রে হায়য়ু নংবুদি মখোয়না থাজগনি। নংনা ঐবু পুথোকপিরবাদি থোকপা য়াগনি। অদুদি, অদুদি!"

"হেঃ ঈশ্বর লৈখা তারব' মী অসিবু ঙাকপিয়ু" অলিভারনা মমিৎতা ঈরা চেন্না শিজরকই।

"চুম্মি, চুম্মি," ফাগিন্না হায়রকই, মদুনা ঐখোয়গী উপায় ওইগনি। মসিগী থোঙ অসি হান্না। শগাই মপাগী অদুবাইদা ঐনা কিদুনা নিক্কবস্থু নং করিমতা খনগনু, খুরে', খুরো—হৌজিক, হৌজিক, হৌজিক!"

"অতৈ বা হংখিগদবা লৈত্রেকো, স্যার"—বার্ডরনা হংলকই।

অতৈ লৈত্রে" ব্রাউনলোনা খুম্মি। "ঐনা তৌগে নিংলবদি মহাক্না তৌরিবাস করিনো ভাব তাহনবা ঙমগনি—"

"মদু কাম্নরোঙ, স্যার" নিপাদুনা খুমলকই, "হৌজিক্কি—মাবু থাদোকপিরম্বনা চেন্না ফরনি।"

সেলগী পোঙ হাংদেক্লে। মন্ত্রীশিং চংলক্লে।

"প্রপ্, প্রপ্, প্রপ্," ফাগিন্না লাওই। "তুমিন্না তপ্তি তপ্তনা খুৎলৈ থুনা, খুৎলৈ থুনা।"

সদ্রীশিংনা অলিভারবু কাগিনগী খুৎলাইদগী শেৱোক্লে অদুগা বন্দিবু জেল মনুংদা খামহৌরে। কাগিন্না খবাই খুবাক্তা লাগ্তুনা খোকে তৌই, অদুদগী ঙমত্রদুনা হৌনা হৌনা লাওখোৎলৌই। কাগিন্না মনুংদা লাওখোংবাস জেলগী থারবা চেকপন অদু কাওবা কাওদত্তুনা মপান য়োনা তাই।

অকিবা ফংলবা দৃশ্য অসি উবদা অলিভার মুংবান ওল্লুনা পুং অমরোম চৎপা ঙমদে।

নোংডাল্লক্লে, মাইগে পূম্নমক পূমমিল নিল্লক্লে। অসোমদনা ফাঁসিগী শাগাইদা থৌরানচিংবা শেম শাদুনা লোইরে।

*                    *                    *

মসিগী মতুং তাবদি খরা শমজিল্লে। থা অহুমগী রোজবু পুরগা মিঃ হ্যারী চংখ্রে। মিসেস মেইলস্ন মখোয়গী মতুং ইন্নরে।

মপাগী উইল মতুং ইন্না অলিভারনা সম্পত্তি পূম্নমক ফংবা তারবস্থ মিঃ ব্রাউনলোনা হায়বা মতুং ইন্না শরুক খরদি মঙ্কসতা পীথোক্লে। মঙ্কসনা শেন অদু পাযশিল্লগা আমেরিকাগী থাপ্লবা প্রদেশ অমদা চৎখ্রে। মফম অসিদস্থ সঙ্গ করবা তিল্লুদুনা পুখিবা শেন পূম্নমক উড়াইরে; অদুদগী মীহাৎ-মীপুনগী বাথোক্তা খবক শুবা অরাকম তারে। অদুগা জেল মনুংদা কন্না নারক্তুনা মঙ্কস অদুম্মক শিখ্রে।

ব্রাউনলোনা অলিভারবু পোষ্যপুত্র ওইনা লৌশল্লে। হায়রী অমস্তুং য়োজনা লৈরিবা জাগা অদুদগী মাইল অমরোম লাম্লাপ্লকমদা মিঃ ব্রাউনলোস্তু হোংলক্তুনা লৈরম্মে।

ডাক্তর লসবার্ন থবক্তা পুক্লিং চংল্লে। মহাক্না মাগী ডাক্তর-খানাদু মাগী ঙমখংদা শিল্লরগগা হায়রীনা লৈবা থুন্দুগী মচি অমদা থাংপোকশঙ অমদা লৈরম্মে। মফম অসিদা লসবার্ননা হৈ-রা থাবা, লৌউশিংউবা, ঙা-চাক তানবগী থবক তৌই। লসবার্নগা গ্রীমউইগকা হান্নদগী থোনা য়াম্না লুনা তিন্নে। মরম অসিনা গ্রীমউইগনা লসবার্নগীদা নৈদুনা লৈ, অদুগা লৌউ শিংউবা ঙা ফাবনচিংবগী মরমদা মানা হায়রিবদুনা চুম্মি হায়না হৈরে য়েংলি। নোংমাইজিং থুদিংদনা হায়রীগী বক্তৃতা অদু ইতংতত্তনা য়েংপনা মাগী—শিস্থা অমা ওইরম্মী। মসিদসু নত্তনা গ্রীমউইগনা ব্রাউনলোগসু মরৈ তখংনৈ। গ্রীমউইগনা অলিভার হল্লকত্রি, লৈরিবঃ অলিভার অদুদি মমাংঙৈগী য়ুম্নাক শাগে মফম খংদবা অলিভার অদু নত্তে হায়না য়েংলি।

নিংথৌগী সাক্ষী ওইবদগী মোয়া ক্লেপোল চৈমাক ফংল্লে। হৌজিক মহাক লমাই ওইনা গুপ্তচরগী থবক অসি অঙন্মক তৌরে। অদুদগী নিতিগী লাইথুম্নবা মতমদা শার্লটি পুদুনা লাইশঙদা চংলি। মফমসিদা মহাক্না মত্রগা মপাম্না হেক হেক য়াম্নশিনৈ। মরম অসিনা মখোয়গী অকোয়বদা মীয়াম হেক পুল্লি। তিল্লিবা মীয়াম অদুনা মথল মথা অয়াম্বা বা ঙাংনৈ। ময়ামগী

য়াৱী য়াতাই তারগা নোয়াগা ক্রেপোলগনা অৱোনবা য়াগী লঃ খুঞ্জিল্লি ।

বাম্বল মতৈমনাও চাকরি তোক্কনা লমজা ক্লোয়শঙদা, ৎ মংনা পুন্সি লেল্লে ।

জাইলস অমসুং ব্রিটলস অনি অসিদি কনাগী মীনো হ খঙদে । অমুক্না মেইশাগীদা নৈ, অমুক ব্র'উনলোগীদা লৈ, অ অলিভারগীদা, অতুগা অমুক্ক ডাক্তর লসবার্নগীদা নোমলিক হেক্কা লৈথোকই ।

চার্লি বেটস অসিনা অচুম্বা পুন্সি লেল্লগে হায়না কম্না য়াশ তুনা অহানবদা অৱা-অনং কযামরুম মায়য়োক্লে । মমৈদা নর্দাম্প শায়ারগী খুাইদগী কেন্ন ইনাকথুনবা যক্লেনবা অমা ওই

য়োজ অমসুং মিঃ ব্রাউনলোগী থোজাল অমসুং যত্নগী মথ অলিভার অসি নোংম নোংমগী মখল মথা অয়াম্বা বিদ্যাদা মঃ কায়ক্লে ।

* * *

অলিভারগী পোক্লফমগী গির্জা অমনবা অতুগী শুমাংদা য়োংব মথক্কা মুংদা সনাগী ময়েক্না অগ্নেস' কৌবা মিং অমা হৎলি অতু উঁবদা লম্বী চংপা মীশিংনা ওসি ফাওবদা লেপ্তুনা য়েংনরি ।

## লোইরবা